# তেব্বুংগী তেরা পাম্বীদা

## শাংপা মৈবুল



# তোর্ব্বুংগী তেরা পাম্বীদা
# শাংপা মৈবুল

প্রমোদিনী

কোঙদোকচবী

খাইদেম প্রমোদিনী

কাকৈথেল, ইম্ফাল।

মথুম যেকপা

অহনজাও




অহানবা ফোঙবা — ১৯৯৩

কোপী মশী — ১০০০

মমল লুপা ৫০

নম্ফম

আর বি প্রিন্টিং হাউস

নাগামপাল, ইম্ফাল।

# য়ুমদা হঞ্জিল্লকপগী ম্নুংঙাইবা

প্রমোদিনীগী "তোর্বুংগী তেল্লা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল" লমকোয় ব্বারীমচা তরানীথোইখক্লা পুনশিনখ্রা লাইরিক্কি। কোসবাদ লৈকোলগী লৈরাং, কাশমীর হৈকোল অমস্নুং মুশৌরিগী ব্রেকফাষ্ট রাঙ্কিগী চাকলেন হায়বা লমকোয় ব্বারী-মচা অহুমসি লৌথোকখ্রবদি লেমহৌরিবা মাপলম্নকসিদি অয়াম্বনা মণিপুরগী কাচিন কোযাদা থোকপা, ঙসিগী চাও-খৎলবা মণিপুরগী মীয়াম্না খঙজিন উশিনবিদ্রবা লমদমগী ব্বারীনি। মফমতুগী মীওইশিংগী খুৎশেম য়াওদবা ব্বাখল, পূক্নীং অমদি থম্মোয়গী অশেংবা মুংশিবগী মশক্তুনি। চীংনা কোযনা পানশাবা মণিপুব সনা লৈবাকসিদা লৈশেমচৈদগী চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নবক্লবা চীংমী তম্মীগী তংনা থানবা লৈত্রবা থম্মোয়গী লীপূন অহুবু ফোংনা উৎথোরকপসিমক লাইরিক-সিগী তোপ তোপ্পা মশক অমনি হায়বা য়াই। মরম্নদি লাইরিক্কসিদা য়াওরিবা য়োংচাক চরোং, হাওচোংগী মুঙপাক, চাসাদগী তেজবাৎ পাম্বী, মুঙবীগী থাং অমস্নুং কৈনা খোৎ লম্নবা মীনচিংবা ব্বারীশিংনা মথক্কী ব্বাফমসি শোগৎনবগী চাউরবা খুদমনি। মরীসি থদৎনবা হোৎনরিবা অমদি থম্মোয় অনীগী মরক্তা মুংশিনদনবগী শীংচেপ থাম্নবা হোৎনরিবদি পূক্নীংগী অশোনবা থিত্নুনা অমস্নুং কাঙলূপকী অপীকপা

য়াখল্লোন শাগৎতুনা লৈঙাকলোন শান্নবা মতমসিগী মমায় লোঙবা লৈঙাকলোয় অমদি লাইবিক লাইগু হৈববা অঙম অথৌশিংননি হায়বসি হন্দক্কী লৌখৎলক্লিবা লমকোয় য়ারী মচাশিংসিনা নাকোইননা উৎলে। মসিমক্তা চীংমী তম্মীগী অপূনবা শক্তম অমা শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইগনি নীংই। কন্নিগীসু ওইরোই। লৈশা অমত্তদা হৌরগা লৈহাও অমত্তদা চাউমিন্নরকপা অমসুং ঈশিং মুংশিং অমত্তদা হিংমিন্নবকপা থম্মোয অনীনি। তোর্ব্বান থুগায়রকপদা মুংশিবগী ঈচেলদা মীৎকূপ অমগী ওইনা নৈহল্লকপদি য়াই অতুবু ইপোম নাইরকপা খূদিং থম্মোয়গী তোর্ব্বান অমা নত্রেগা অমদদি অম্মুক মথেংলগদবনি।

পাউ চেংশিংগী হঞ্জিনবা পাউ কযা অমসুং য়ারী লাইরিক ইবশিংগী মরনাইগী ওইবা মঙন্রেং অমদা যুম্ফম ওইবা অশেম্বা য়ারীগী মীত্রংদা মমীৎ থকউ যাত্রবা তম্মরবা অপাব-শিংগী থম্মোয়দা হন্দক প্রমোদিনীনা পুথোরক্লিবা লমকোয য়ারীসিদি লৈকংলাগী মরুত্থানগুম্বনি। অশেংবা থৌদোক্তনা মুয়ুং ওইরগা পূক্লিংগী ইথিলনা মফেল লাকপা অমদি থম্মোয়গী কোকঙমত্রবা মচু শঙলবা য়ারীশিংসিনা হন্দক্তী অপাবা-শিংদা পূমনৌ নৌবা মহাও অমা পীগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অমদি থমজনীংই। লৈয়েংগী মহাও খেন্নবগুম্ অনৌবা মহাওসিগী মুংঙাইবা অপাবশিংদা খেন্নবা যাই। ঐগীসু ঐগী ওইবা মমুংঙাই অমদি লাইরিকসিদা অতুম

মরৈজে। অমমম লৌথংতুনা হায়রুবগী থোইদোক্লা কান্নদে নীংজে। মরমদি লাইরিকসি ইথস্তগী নংতবনিনা মসিমদি অপাবশিংদা শিল্লথোক্লীংই। মত্রবদি অপাবশিংগী হক ইথস্তনা লৌশিনবগী থৌনা ঐগী লৈজদে।

অতুমকপু অরোইবদা হায়জনীংবদি অসিগুম্বা মথলগী তৌশিল্লবা যাদবা খুংই অমা পুথোরকুনা মণিপুরী সাহিত্যগী তাঙনা ফংলবা লমকোয় য়ারীগী মখলসিদা অইবীলক্তগী তোমথিন ঙাল্লবিবসিমদি তশেংনা থাগংতবা ঙমদে। মণি-পুরী সাহিত্যবু মুংশিবা মীওই খুদিংমক্না লমসিদা মায়পাক্না চঙশিল্লক্লিবী অইবীসিবু তরাম্না ওকফম থোকই। মত্রবদি মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনা অচৌবা মাঙজবা অমা শোয়দনা ওইগনি।

লনচেনবা মীতৈ

খু চৈচং ১৯।৪।৯৩ ইং

লুচিংবা

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি

ইম্ফাল।

# ঐগী পাউদমগী ৱাহৌদোক

লোইবী চীংলোন লাল্লুরে। পোইরৈ তাম্না চংলুরে। মহৌশাগী ফজবগী ফজবা ভাক্তা ভাইরম্লে। তোনদা তোল্লবা লাঙ্গৈর-অনং কযাগী অৱা মুংভাই খিবিকস্মু থেংনরক্লে। চাউদা চাউবা অচৌ-অশাং, ভমদা ভস্বা অভস্বা কযাগী ফুরা, দলান, কোম্মুং চঙলুরে। মুংভাই-য়াইফ কোনগী মুংভাইবস্মু যাংক্লরে। স্নজীং চীংগী চীংখোঙ যৌরুরে, ঈংলবা উন মপৈ মপৈ মপাক মপাক উরক্লে চীংথকমক কাবা ভম্নক্রবস্মু। অচৌবা, অশাংবা, অপাকপা তুরেলগী ঈচেলদস্মু তাউথরুরে। পুল্সীগী অৱা-মুংভাইগী তোরৈ ঈরৈ কয়াদা ঈরাক্লরুরে। নোংলৈ মুংশিং অকনবা কয়ানা মাযগৈ শালাই থঙদনা পুরুরে। বঙ্গোপ সাগর, আরব সাগর অমদি ভারত মহাসাগর লাইজা ঈপাক অহুম ঈতিনফমগী তোর্ব্বান্দস্মু লেপলুরে। কোরৌহনবা অঙানবনা চাংজৌ নাইদ্রবা পান্নবা লাইজা ঈপাকথক্কী ঈমায়দা লিংখংলক্লুনা থোবকপা অমুকস্মু মুমিদাংৱাইরমদা ঈমায়দা লৃপথখিবা। পূম্নমক যেংলুরে পুম্নমক উরক্লে। থাহুনা লোইবা নাইদে, লোইনা ইবস্মু ভস্বা নত্তে। পূম্নমক পাউদস্বস্মু ভইখোক্লে।

নীংশিংবগী পারংদা য়াওরকপা থরদং খনগংচৈ। পলেম ইমা অপোকপীনা তম্বীরকপা লোল। পম্মৌ শক্লবা ইখুং

পায়ত্নুনা তম্বীরকপা ওজাশিংগী লোলদো রাহয়দো খরা লৈজহৌই ঐডোন্দা। মহু শীডিরত্নুনা ইজবনি। অত্নুগা ময়ামদা পাউদমজবমি। থম্মোয়গী য়ারানি থম্মোযগী পাউদমনি।

অমা অনী নত্তুনা অয়াম্বদি থাঙ্গৈশেংবা মমিং ভাক্তা শীজিন্নজে। শাগংপা অশেম্বা রারী য়াওজদে। খুৎথাওগী লৌশিং নচ্চদে। থাঙ্গৈশেংবা ভাক্তুনি। মৈতৈ সাহিত্য লৈকোশদা খুদোল তমজবনি। কনানা উবি থওঝিদ্রবস্নু, কনানা থওইবিদ্রবস্নু লৈকোলগী চিদাই কাচিন অমদা হৌজত্নুনা লৈরাং লৈশাং তমজবা ফংলবদি হোৎনবগী মহয় য়াম্লে খনজগনি।

ফাইরেন— ২০ নি পানবা

১৯৯৩

প্রমোদিনী

# তোর্ব্বুংগী তেন্না পাম্বীদা শাৎপা মৈবুল

১

# ম্নোংচাক চরোং

নিংথম থানি। ঈংণ্ডি। মতম হৌখিবা খঙহৌদে। সুমিং তাশিল্লকদৌরে। পূং ৪ই তাগদবা পূংথায়মুক্তা মণ্ডায়রে। পূং ৪ই তারবদি ওফিস ছুটি ওইরনি। ঐনা ঐগী পিয়ন কৌশিল্লি হায, "যেংঙো মপান্দা কাংপোকপি ম্নোক্কী জীব থাদুনা লৈরমনি। মহু ঐবু লৌবা লাকপনি। বি, ডি, ও, না থারকপা। ড্রাইভবনা মমিং হরিদাস কৌবনি। ঐ ওসি থাঙ্গাল শুকং চংকনি। নওস্মু যাওগদবনি। হরিদাস বাবুগা নওগা যুমদা চংলু ঐগী বেদীং য়োমদুনা থনস্বনি মন্থ লৌকচো। নওগী বেদীংদি নও তাহবিদাসকা তান্নরগা পুরকউ। যুমদস্মু ঐ থাঙ্গাল শুকং চংকনি হাযরস্মু। থুনা হল্লকউকো। ঐ চে চাং থরা শোইশিল্লমথিগে অদুগা অফিসতা ডাইবস্মগে।"

পূং ৪ মিনিট ৪৫ রোম তাবগী অদুবাইদা গাড্ডী লাকুনা চংকদবগী গাড়ী কাখংলে। জীব মন্থুং অদুদা যাওরিবা ঐখোয় মী ৪ নি। বি, ডি, ও, না ঐবু লৌরু হায়না থারকপা ই, ও, (এগ্রি) মাওরী। ঐনে, ই, ওনে ড্রাইভরনে, পিয়ননে ঐখোয় ৪ নি।

গাড়ী য়ায়া কল্লা য়াওনা থৌই। ড্রাইভরনা হায় "এ, ডি, সি সাহেব গাড়ী থরা কল্লা থৌগেকো। মুংশা খীবিস্থু কৈমত্তা তৌরোই। মতম ফত্তবসিনা থরা ওল্লা য়োহৌবনা ফগত্রা হায় তৌবনি।"

গাড়ীছু কল্লা থৌই। খংত্ত গুথবগী, কোনা খংথেক থেকপগী গাড়ী মনুংদা তোংলিবা ঐখোয় ৪ দো ক্রে ক্রে হাইরে। পায়কম লৈবা খুদিংদা কল্লা কল্লা পায় খাংডি তুদনবা তাহৌদনবা। ব্রাদি মচেৎ অমত্তা ওাতনদে। থরা চৎলগা চীংগোল অমগী মথাদা চীংয়াদা নপ্পা গাড়ীছু থৌই।

ঐনা ড্রাইভরদা হংডি - হরিদাস বাবু থাঙ্গাল গুরুং য়োগদবা কয়াম রাংলি?

'রাংলিবসি মাইল ৬ কুম্বগী প্রায় ওইগদরা অত্তুম হায়না ওইরমনি।" ড্রাইভরনা খুম্মী। মহাক গাড়ী থৌবদি লেপ্তে। থৌরি হায়গুম।

তুংদগী ই, ও, (এগ্রি) না হায়রকই, "ইচেম্মা ' চীংগোলসি লাম্হোক্লগদি মুপ্পগী মাইল ৬ তা মওাইরবনি য়োগদবা। বি, ডি, ও গা থাঙ্গাল গুরুংগী কেম্পর ময়ামগনা ইচেম্মবু থৌরাংনা ওাইরমনি। ঐওোন্দা ইচেম্মবু শোয়দনা পুরকউ হায় শিন্নরকপনি। ইচেম্মবু মখোয়না য়াম উনীংডি হায়।" অতুগা নোকই হরাওনা।

ঐনা হেন্না মহোয়বু উনীংলিবনিনে। অতুনা মুংদাং অথেওবদা ওফিস লোইরগা লাক্লিবা অমিনী।

চীংগোল অছু য়ৌদ্রিবৈদা হুমিংথঙি ঙসাইনা তাখ্রবনি। হুমিং অহুগী হুন্দাংলো থাবলমু কৈ। পুর্ণিমা ঙকয়া ওইরম্বা য়াই। লৈচিলমু পারম্বা থায়।

ড্রাইভরনা হায়—"এ ডি, সি সাহেব চীং থঙথেক খেকপা অমা লৈরিসে মসি লাম্বোক্লবদি লম্বী অফবা তারনি য়ারগোই।"

মছু হায়রিবৈ তানজা অহুদা মো'শোং মকমদগী মুপা৩/৪ খোরকই। গাড়ী থাম্মু হাবহুনা মথুংনা সাইন তৌই। গাড়ী মনাক নক্না মখোয়ছু চঙশিল্লকই। ড্রাইভরনা থামগে তৌই। ঐনা থামগনু কল্লা থৌ হায়রবদগী থামদ্রে। লম্বীগা হায়দগী ফবরনিনা কন্না থৌরে। গাড়ী কল্লা থৌরবনিনা য়ৌরে। থাঙ্গাল শুরুং য়ৌরে।

বি ডি, ওনচিংবা ময়াম ঐবু ঙাইহুনা লৈরম্মী। বি, ডি, ও না হায় "ইচে যৌরকমনদবহুদা করি তৌরবনো হায়হুনা মুংশা থীরুববনিকো। ঐনা ময়ামদা ইচে শোয়দনা লাক্কনি হায়বনি। ইচেদি হাযনখিবা থক শোযগনদবনি লাক্কনি হায়রবদি হেক্তা লাকপনিনে।" মযামদা ওনশিন্দুনা "ঐনা হায়ত্রাও লাক্কনি হাযহুনা।' অহুগা ময়া ইহি হীগংহুনা নোকই।

ঐনা খুম্মী "লাক্লেদনা। ময়াম উল্লরে। য়াম মুংঙাইরে। ঐ পাউ অমা হান্না তমখিগে। ঐখোয়না ইফালদগী থাঙ্গাল পাংলকপদা চীংয়াদা চংলিবৈ চীংগোলহুদা খুনীংথেক অমা লৈবা তুরেললকা লৈবদো অহুরাই যৌরকপদা থাবলমু হাইফেং

থোকইদনা। লৈচিনসু থরা থরা থায় হায়বা। লৈচিন মরক্তুদা মোংশোং, মরুমদনী মুপা ওইবা তাই ৩/৪ থক খঙহৌদনা থোরকই অদুগা গাড়ী থাম্মী। হরিদাস বাবুনদি থামগে তৌই। ঐনা পাড়ী থামগনু হায়দগী হেন্না কন্না থৌ হায়। ঐনা হায়বতুদা মাসু পাড়ী থাম্নগে অদুম থোক্তুনা লাক্লে। মথোৎমু অদুম লৈহৌরে।"

ঐগী হায়বীসু তাবদা ড্রাইভারনা "ঐদি মহোযনা গাড়ী থাম্মু হায়বতুদা থামগে তৌবনি। থামগ্রগা নোংমৈনা কাপলকত্রা হায়তুনা। অতুদা এ, ডি সি সাহেবনা থামগনু হায়বতুদা থামত্রবা।"

বি, ডি, ও না, "থাম্মমদবনা ফরিবনিনে। থায়মবদি খুদোং কয়া চারোই। অন্দরগ্রাওন্দগী মী কুনমুক হাইজিন-থরে। ইচেহোয়না থেংনরগা মফমদো অতুরাই য়ৌগ্রে হায়বা পাউ ফংলবনি। ইচেথোয় করিমতা তৌবিরক্তবসে লাইনা চানবিরবনি। খুদোংথীবা অমতা থোক্তে দনা ফরে।"

ওহাক হায়রী অতৈ অতৈ শারবা তুংদা থাঙ্গালগী উইম্যেন্ সোসাইটিগী সেক্রেটারীনা হায়, "ইচেগী চানবা চাক ইনশাং তোঙাম্না থোংতুনা থম্নবনি। থোঙ খুৎ শেংদোক্লগা মায়-মিং তাথোক্লগা চাক চানবা তৌরসি, থেঙগ্রনি। ঙসি হুংদাংগী প্রোগ্রাম পুম্নমক হুক্লেং অয়ুক তৌরসি ইচে হায়স্মনি ঙসি হুংদাংসি পোৎথারসনু হায়না বি, ডি, সাহেবনা হায়।"

হুমিদাংগী চাক চাবা লোইরে। তিন্নবা মুপী

ময়ামস্থু ময়ুম ময়ুমদা হয়রে। ঐগী ভুৱবা কনুং শেমলি অওমলান। অওমলা থাঙ্গালগী উইমেন সোসাইটিগী সেক্রে-টারীনি। মানা হায় লোঙ্গপনা মী অতে তাদনবা "ইচে চাক ইনশাংহু হাওব্রা চাবা য়াব্রা?"

চাব্রা য়াই হাওরে।

অদো ঐখোযনা থোংবা নত্তেরে। মৈত্তৈ নুপা অমনা থোংবনে। ঐখোয়গী কেম্পকী চাক থোংবা চা লোনবা, ভল হৌবা মা লোই তৌযে। যাম হৈবনে।

বি ডি, ও না পুরকপা মীরা?

নত্তে। মাদি ঐখায়গী খুন্দা লৈবনে। মৈত্তৈনে। থাঙ্গাল নুপী অমা লৌতুনা লৈবা চহী ১৫ রোম থর হেল্লে হায। মহাক্তিনে মৈত্তৈলোন সুকলোন লোন্দ থাঙ্গাল মবোলতমক লোল্লি। মৈত্তৈ লাক্লস্থু মৈত্তৈলোন ঙাওদে। মৈত্তৈনি হায়বস্থু মহাক তাথোক্তে। ঐখোয়গী থাঙ্গাল খুনগী মী ওইতুনা লৈরবনে।

অহুদি যাম যবা য়ানিনা। মাদি কদাইদগীনি হাযবগো?

ইচেহোয়গী ইম্ফালদা কৈশামপাং হায়বা খুল অমা লৈবরা?

লৈনে।

মতুদগীনি হায়না তাযনে। মাদি হায়দোক্তেয়ে। মীনা ঙাওনবদৈ তাবনে। চুমবরা চুমদবরা হায়বস্থু খঙদবনে। য়াম কুইরবা য়ানিদা।

অঙমনাগা ঐগা ন্নান্নী শানা শানা ঐগী ফমুং শেম্বা কৈজুপানচিংবা লোনবা লোইরে। অতুপা ঐবু পোংথারো হায়রম্নগা মাম্নু থোকথ্রে। ঐ ফমুং চঙঙে ইতোমতা ভাইরব-তুদা। ফমুংদা হিপ্না হিপ্না থম্লি তাইকদা থোক্লিবা থৌদোক ন্নাথোক ময়াম। তাইবং মীওইবগী পুন্সি অসে মখল মথেল করানি। থল্ল থল্ল তুমথখি।

নোং ভাল্লে। ময়াম পুম্নমক হৌগংনথ্রে। ঐস্নু হৌগংলে। মপান্দা কেম্পর ময়াম চা থক্কদবগী, তল চারম-দাইগী কোয়রাও লাওনবি। থুংভি থুংদ হায়নরি লাউনরি ভাঙনরি। অঙমলা চঙঙকই হায়রে কেম্পর ময়াম অযুক্কী চা থকপা লোইনথ্রে। সোসিয়েল সার্ভিস লোইবগা ভহাক পোংথারগা ক্লাসতা চঙপ্রগনি। মরক অতুদা ঐগী অযুক্কী থবক লোইশিন্নবা হায়রবনি।

কেম্পর অনীগা অঙমগা মথোয় অহুম চঙঙকপনি মথং মথং। ঈশিং অশাবা মথোয়না লুমহুনা পুবিবকই। খোঙহামফমদা ঈরুজফমদা ওরুবা থম্বীরম্মী। অতুদগী অওম্না ম্নারগাদরা হাযনা হংঙি। ঐনা ম্নারনি হায়বদগী মথোয় অহুমত্নু কেম্পকী মফম তাম্না ক্লাস লৌফম অতুদা চংখি।

নোংমন্নীদমক মথোয়না শেম্নম্বা খোঙহামফম ঈরুজফম কয়াদা ফজনা শেমলম্বা। য়েংবদা ম্নুংভাইবা অমা পোকই। চীংনি উশা, উ পাম্বীগী, মশা ময়েঙ মরাঙ কায়না ফংবনিনা উচুক ৪ ম্নুংলগা কৈরেল ৪ মথক্তা পুম্লি। মনা ম্নাংবা উশানা পরেং

শানা য়াম্বহুনা উনা অশঙবগী পোনজনা অমা শেম্বনি। মচুংদা খোংবাল মরাক মথুং নাইবা মচা অমা তৌরগা উ মপুম মচা কয়া চাউবা ৩/৪ থাহনা থারা মচা অমা শেম্বনি। মহুনা থোঙ হাম্বক্মনি।

লম ২/৩ চৎথোক্লগা অমত্তু লৈ। মহুনা চাউবা খরা হেল্লি। শাৱিবা মওং মতৌদি অমহুগা মাগ্রে। খেন্নরিবা হায়ববু লৈপাক অহু লৈতেম মায়না তেমথোক্লগা উ মপুম মচা মচি মরাঙ শেংনা হিংদ রুবা ৭/৮ লোম পাকনা থাই। মহুনা ইরুজকমনি। চিন য়া শেংবা, ঈরু মায়থঙবা লোইরে। শমা হাযরবদা অমুক্কী পাঙথোকনবা তৌগদবা থবক পুম্নমক লোইবে।

অওয়া ঐবু কৌবৈ ক্লাস লৌনবা। ক্লাস লৌবা লোইরবা মতুংদা কোয়না চৎতুনা থাঙ্গালগী ইমুং খুদিং চঙহুনা মথোয়গী ফিভম, যুমলৈ কৈরৈ অমদি লু নানবা হকশেলগীদমক পাঙথোকপা থৌওং থোরম য়েংশিল্লুই। মী য়েংবা লাকদৌরি হাযহুনা শেংদোক খোংতোক থবা তৌবনরা কররিননো খঙদে কনা তরু তনাল্লি ইমুংশিংদা যুমশিংদো।

শুমিং য়ুংবা মতুং পুং ১ তারে। ক্লেম্পাকী লোইশিনবগী থোরম অহু পাঙথোক্লবা শেম শাবা লোইক্রে। কংসন হোরে। কলচরেল প্রোগ্রামনা হাননা হোই। ঈশৈ শকই জগোই শাই অহুগী মতুংদা মনা মথুম য়েল্লি। মনাশিং অদো মমল য়াম্বদি

অমত্তা নত্তে। অত্তুবু ময়ামত্থনা হয়াওনা লৌবা উবদা পুক্লীংদা শুংঙাইবা অপেনবা অমা পোকই।

ইকোন কোনবদা উইম্যেন সোসাইটিগী চেয়ারম্যেননি হায় থাঙ্গাল খুলগী মহুংদা ময়ামগী থবক্তা থরাই য়াম্না য়াওবনিস্থু হায়। থৌরম পাঙথোকফিবত্থু লোইশিল্লকপদা মহাক থোরকই। মখুৎ ওইনা য়াম্না নৌরিবা য়োংচাক চরোং অমা পায়। মখুৎ য়েংনা ফি অমা পায়। পোং অনীমক্তু ঐগী মাঙদা থারিবা টেবল মথক অত্থুদা থম্মী। অত্থুগা মখুৎ অনীত্থু ত্তিংথোরকই ঐগা খুৎ শোক্লে খুৎ চিংনৈ। অত্থুদগী ফি অত্থু লৌখৎলগা ত্তিংথোক্লুনা ঐগী নঙ্গলদা কুপ্পী অত্থুগা হায়বকই -

"ইচান্নুপী, ফি অসি ঐনা পীবা নত্তেকো থাঙ্গালগী উইম্যেন সোসাইটিনা পীবনে। ঐদি নঙোন্দকো ঐগী ওইনা যাম পীনীংবনি। অত্থুত্তা নমা লাঙ্গৈরবী ওইপনা কৈস্থু পীনীংঙাই লৈত্তে। য়োংচাক চরোং অসে ঐগী ইংথোলদা হৌপা য়োংচাক পাম্বীদগী হেকপনে সে নঙ হরাওনা লৌখোকো নমা লাঙ্গৈববীনা স্থু শিনা পীপনি থন।" ঐস্থু ত্তরাম্না খুৎ অনী ত্তিংথোক্লুনা লৌই য়োংচাক চরোংত্থু থাঙ্গাল ইমাগী মফমদৈ।

ইচান্নুপী। ঐ র্না অমা হংকেকো। নঙ নিংথৌ চরাই-রোংবা হায়পত্তো ত্তাক্সবরা? মাগী মচা মুপা নিংথৌ ওইথিবা পামহৈবা হায়পত্তুস্থু ত্তারবা নত্রাও?

নিংথৌ অনীমক্কী ত্তাজৈ ইমা।

নিংথৌ ওইখিবা পামহৈবা হায়পতুতি থাঙ্গাল ঐখোয়না য়োকপীখিপনিকো থাঙ্গালগী চেঙ চাত্থনকো মহাক চাউখিপনি। মতুগী য়ারী পুন্নমক নঙ তারবা নত্রনে ?

তাজয়ে ইমা।

অতুগা নখোযগী থাঙ্গাল জেনরেল হাযবা অতুতি ?

ইমা মাগী নীংশিঙ হুমিৎ চহী খুদিংগী পাঙথোকই। মরৈবাক নীংবা অথৌবশিংগী নীংশিঙ হুমিৎ হায়তুনা মখোযবু ইরাৎ পূজা হেক হেক তৌই।

নিংথৌরেল পামহৈবা, থাঙ্গাল জেনরেল অনীনা থনম্বা মৈতৈ নখোযগা থাঙ্গাল ঐখোযগা তৎনবা য়াদবা মরী লৈবনিকো খঙেঙা ইচানুপী। অতুনা নওবু ইচানুপীমকনি খনগ্রেনকো। নহোয় ঐখোয কাযনবা য়াদবনি কাউনবা যাদবনি।

ইমা হাযরগা ঐ লু লুকথৈ। অহল লমনদা পুন্নবম্বা থম্মোয়গী লীপুনবু কনানা থৎপা ঙমগনি ? যোংকী যোংহিলংদি কোহিলং কায়। থম্মোযগী নুংশি লীপুনদি শূম চাদে, কোহিলং কাদে। কুইব কুইরগা উইবা হেনজিল্লকই লীপুন চেংপা হেনজিল্লকই।

থাঙ্গাল শুরুং থনয়ে। যুম পাংলক্লে। যুম যৌযে। ইমানা মাঙ্গোলদা ফমতুনা লৈবম্মী ঐনা হল্লকপা ঙাইতুনা। ইমাদা থাঙ্গাল ইমানা পীবকপা যোংচাক চয়োং অতু পী। ইমানা ঐগী থুংতগী য়োংচাক চবোং অতু লৌরগা পাযতুনা মুন্না য়েংলগা হাযরকই— অম্বুক নৌবা খেৎতুনা চাবম্মু য়ারোইদবা

অসিবু হেক্তোকলকইবা করিগীনো ? হৈজীং ফারগা হেক্রবদি ফগদবা।

ইমা। ইমাগুম্বা অহল ওইরবী থাঙ্গাল ইমানা "ইচাম্পী নঙোন্দা ইমাগীদি পীনীংঙাই কৈস্থু লৈতে। পীনীংমনগ্রহুনা ইংখোলদা হৌবা পাম্বীদা পানবা য়োংচাক চবোংসি হেকলক ইবনি" হায়না মুংশিনা পীরকপদা ঐনা চাবা য়ায়োই, পুংরাই করম্বা হায়গনি। ঐনা পুরকইবা অসিদি য়োংচাক চরোং নত্তে থাঙ্গাল ইমাগী মুংশি চরোংনি।

২

# হাওচোংগী মুঙপাক

কাংচুপ চীংখোঙদগী খরা হাইগংলগা কাংচুপকী ইন্সপেকসন বঙ্গলো লৈ। লমদমদো চীংমায়দো চীকই ঈংঙি। মীচিক মীবাওখোল তাদে। সহরগী নিলখোংবদগী লাপনা লৈ। নোংপোক পাংনা যেংবদা উই ইম্ফালগী ফজবা ফুরা দলান ইরং লংবা জীংঘগী য়ুম। থেকনা খোয়না উমং রামং নারক মোংশোংদা লোং লোংতুনা চেল্লিবা তুরেল। লোক্তাক পাং অশৈবনা শৈথাবম্বা—"লোক্তাক মিংশেল তোর্ব্বান্দা।" অহানবদা খল্লম্মী খোংজাম পর্ব্ব অমদি পেনা শকপনা পংশক শকপনি অম্মুম্মা। ঙসিদি কাংচুপ চীংথক্কুগী যে থরকপদা উরে লোক্তাক মিংশেল অশেংবদো। কয়াদা পুক্লীং হুনা ফজথ্রবা নীংথিথ্রবা। মণিপুর ফজবদা থানৈ হায়নৈ মথাম্না অনীশুবা কাশমীরনি হায়না। মণিপুরগী ফজবনা মহৌশাগীনি কাশমীরগী ফজবনা খুৎশেমগীনি। থেম্নৈ মাম্নদে অনীসি।

ওহাক পোৎথাবা ওইনা হকচীক লাংনা ফম্মী আই, বিগী

মাঙ্গালদা। মহৌশাগী ফজবা কোয়না য়েংঙি। উরকই নোংমায়জীং। ঐখোয়গী তমপাক্তদি নোংমাইজীং চীংনা খ্বাই দগী য়াংবা খ্বাইদগী চাউবা চীং ওইনা উই। অহুবু কাংচুপ চী থক্তগী যেংবদদি চীংঙা পিশুমদগী হেন্না পীকপ্রে। লৈপুং মচা অমগুমপ্রে। চীংঙা পিশুমদি উবু উখিদ্রে। নোংমাইজীং উবদা নী শিংদবা ওমদে নোংমাই পেতঙা লৌথীবী নীংজবা থুংখিদ্রবী। নী বা কাযতুনা যুমজাও লাইরেম্বী ওইনা শাই-ওনখ্রবী। নোংমাইজীংগী অকোয়বদা তারিবা খুল পেতঙানা কোনবা লমনি। মণিপুব সনা লৈবাকতা সনা লৈবাক্তি খনখি মুমিং অহুদা।

ঐখোয হাওচাং পাংনা গাড়ী থৌবে। লম্বী ফত্তে। কাংচুপ চীংদগী হাইথবগা নিংথম থাদনা খোং মচা কযাদি চাউদবা ২/৩ লাল্লি। কালেন থাদনা তুরেল খোঙনুং অহুদা লৈরম্বা মুভজাও, মুও মচা মযামনা গাড়ী থৌবদা অপনবা ওই। ঐখোয চংলিবশিং অহুনা কুমথহুনা শেম্ল শেম্লগা গাড়ী থৌই। মাইল ২০ মুক্কী লম্‌পী ওইরবস্থ মাইল ৬০ রোম চংপগী মতম চঙখি। উচিন নাচিম্না হাওচোংদি যৌবে।

হাওচোং য়োবদা ঐখোযবু ওকলম্মী পালমৈ অমস্তং অশাংলিয়ু অনীনা। মখোয অনী অয়ুক্তগী ঐখোযবু ঙাই বনি। হেক উবমক্তদা মোমোন নোক্তুনা হরাওনা লাক্লবোইদ্রা খল্লহনি লংক্তি লাক্লেদনা হায়। লমদমদো ওম্বোক্লা মুংশিগ্রে,

চীংমায়দো ওস্নোক্না ফজপ্রে, পূক্লীং হুনা নী,থিজৈ। য়েংবগী পেনবা নাইখিদে।

হাওচোংগী অকোয়বদা লৈবা খুলশিংগী মীহুৎ অমমম অনীনী লাক্লুনা থুংলরে। মী ফনা যাম্না তিল্লে। অহানবদা খুঙ্গংশিংহু উবদা খল্লম্মী যুম পংতা তাদমাল্লে হায়না। অহুবু তিল্লরিবা মীয়ামহু উবদা খল্লি কদাযদগী লাক্লিবনো? মীযাম-হুগী অরাৎ অপা কবিনো করম তৌরগা থরাখিৎ মীয়ামদা শাফগদগে হায়বসি খল্লে নৈনৈ। শেম্হু, পীরকপা পূম্নমক অমনা ওইববস্নু অমনা ওইববস্নু খুনজাশিংনা মফম চাবা যেংহুনা থরায য়াওনা পূক্লী, চঙনা শীজিন্নববদি থুনা অবাবা থবদি কোক্কনি। খুঙ্গ হুদা লৈবিবা খুনজাশিংগী য়াইফবা শোযদনা ওইগনি।

খল্লা নৈনবগী থবক পাঙথোক্লবা মতুংদা ঐখোয়গী লৈফম তাম্না চংলে। ঐখোয়গী লৈফমহু স্কুল অমদা শেমলম্মী। মহৌশানা স্কুল হাযবসিদি লমহাংদা শাগল্লি। হাওচো,দা ঐখোযনা লেক চাহুনা লৈগদৌরিবা মফমহু লমহাংদা লৈবা স্কুল অমদনি। চীংথক্লো লৈবনি মুংশিৎ য়াম্না কনবা মফমনি। লৈগদৌবিবা কাহু খাজিল্লি ফমুং থারিবহু ব্রাগী কাংথকনি। কাংথক ওইববস্নু ফমুংহু ফজনা থায। হিপ্পদা মু,ঙাইগদবা মাল্লি।

তূম্বা চঙলে। অহুবু মযা থৌরবা চীংগী মুংশিংনা তুমহন্দে ঐবু। ইঙবনা মরম ওইহুনা ঐহাক মিৎকী ককলা

অমত্তা উইশিনবা য়াখিদে। অসুম অসুম থেঙজিল্লক্লগা সুংশিং কল্লা শিংকংলকই ইঙবসু হেনজিল্লকই।

নোং ঙাল্লগা ঐনা পামলৈদা হংঙি— "ঙরাং অহীংদি ঐ তুম্বা য়াদে। মফম অসিদা অহীং অনী অমসু লেকখিবা তারিবরা ঐখোয়বো?"

"মেদাম খুল অতৈদদি কয়া সুংঙাইবোই হায়ে তৌবনি। সুরাইগী খুল অসিদি য়াম নংঙিনে। লম্বী থোংসু ফাত্তদে। হোৎবন্দি তুম্বা সুংঙাইনবা, খুনদগী ফি য়াম্না থোমলুরগে ফৈজুপ সুপ্পবা। মেদামকো অহীং অনীদি অসুম লেকখিসি। অতৈ খুদোংচাবা মফম লৈতে।" পালমৈনা খুম্মী।

পালমৈনা হায়বা মতুং ইন্না অহীং অনীতুমসু মফম অতুদা লৈরে লেকলে। মহৌশাগী ফজবদা লাম্বা লৈতে পানদমনীং-ঙাই লৈতে মফম অদো। চীংদোং মচা মচাদা তাবিবা খুঙ্গং মচা মচাময়ামন্দা চৎলি কোয়রুই মযামদো থুংনবা। কযা রানা কযাম সুংঙাইনা লেপ্লিবা মখোয়দো। মখোয়দা মরাঙ কায়না ফংলিবা হায়ববু মহৌশাগী ফজবা, উমং রাসং, চীং লেমলবা চীংজাও চানবা ইনশাং হায়রগা য়োংচাক চরোং অচুম্বা। মরক মরক্তা উয়েন পারেংসু শম থম্না থম্না লৈহৌবা উরক্কবা নত্তে। যোননবরা চাননবরা মতুদি হংলক্তে খঙলক্তে।

চৎনা চৎনা পালমৈনা হায়রকই 'মেদাম নঙ হাওচোংগী সুংগপাক উরমখিরোই যেংনীংদরা?"

ঐনা খুম্মী কমহাইনা উদৌরিবনো? থোঙচৎ অসিনা

ঐগী হাওচোংদা লাকপা অহানবনি। মসিনা ঐগী হাংচোং খোঙচৎ অরোইবা ওইবসু য়ানা লৈরি। করিগী য়েংনীংলোই-দৌরিনো য়েংনীংঙি য়েংঙ্‌সি।

পালমৈনা খুম্মকই, "মেদাম ভসিদি নোংমাইজীং নত্তর-নিনা মুণ্ডপাক লৈবা শঙদা থোঙ হাংঙোই। মুণ্ডপাক লৈবা শঙদো য়েংঙ্‌বদি য়াই মুণ্ডপাক্তি মশক উরকলাই। মুণ্ডপাক অদো য়াম পাকই। মথক্তা মৈতৈ ময়েক্ক করি করিনো য়াম ইবনি। ঐখোযদি পাবা থোক্তে। নিংথৌ অমগী হাক্তা ইরম্বনি হায়। মৈতৈ নিংথৌদা মমিংকাদি কাউথোকখ্রে। মানা হাওচোং লোই চল্লম্মী হায়বগী খুদম খঙনবা থনম্বনিসু হায়।"

পালমৈগী ৱা অদু তাবদৈ মুণ্ডপাক মশক উরক্রবসু লৈফম অদো অতুদদি য়েংলুবনা কৈ হায়না খল্লি। ঐনা পাম্মৈদা মুণ্ডপাক অদো উবক্রবসু মদু লৈবা খুল অদুদদি যৌক্লসি হায়বদা মানা মেদামবু চৎপা ওমদরা গাড়ী চঙবদি যাদে। খোঙনা মাইল অনীগুম্বদি চৎপা তারে ৱারোইদ্রা হায়না হংঙি। ঐনা ওমগনি ৱাবাই হায়না খুম্মী মানা মেদাম ৱাদনবা অশম্বা লম্বী অমা লৈ মতুদা চৎসি ঐ খঙডি হায়ত্তুনা ঐখোয় মযাম্বু মানা লমজীংলত্তুনা চৎলি।

যৌরে হাওচোং মুণ্ডপাক লৈফম। চীংতুম অমগী নোংপোক পাংবা চীংমায়দা লৈ। শঙোই অকৈবনি খা ৱাং শাংবা। নোংপোক নোংচুপ্পা মরাকনি। য়াং নাই ইনা মথক

কুম্নী। ফকলাং মায়কৈ মরী অতুনা লৈপান্না লৈরং তাখংলগা থাবনি। থোঙ অমা ফাংলি নোংপোক থংবদা। থোঙ অদু শো লোনলি। শো অতুনা খুলগী অহল লমনশিংনা পায় নোংমাইজীং মুমিংতদা মহাওই। নোংমাইজীং নত্তবা মুমিং অমতদা হাংদে হায়। ঐনা চংলুবা মুমিংতো নোংমাইজীং নত্তবনিনা মুঙপাক উরক্কে। মুঙপাক অদুদা মৈতৈ মযেকনা করি ইবম্বা খঙলক্কে। খঙনীংবা উনীংবগী ঈথৌ লাংবদি হৌজিক্কা হেনগংলক্লি। মৈতৈ নিংথৌবেল কনাগী হাক্তক্তা থোকখিবা থোদোক ওইরিগবা পূক্নীংদা হংলি ডসিফাও।

৩

# চাসাদকী তেজবাং পাম্বী

চাসাদতনি ঙসি অহীং লেক্কদৌরিবা। মুংথিলদা মুখ ক্লবকী নহারোল খবগা লোয়ননা উরৈ থিবা চংলি উবক মো'শোং ফাও ফাওতুনা। মনু দা চঙশিল চঙশিল্লগা উরৈ ফজবা মখল মখলগী শাংলম্বা থেংনৈ উই অরাংবা পাম্বীগী মতোন্দা। নহাশিং অতুনা কারগা হেকপা যংবগী মখৈতমক হেকলকই। পাম্বীদি য়াম শাংবা লৈদি কযা চাউনা শাংতবা অমা লৈবম্মী। ঐনা পাম্মী হেকপীঘু হায়তুনা পাখং অমনা চাউপ্রবা ৱাংপ্রবা উ পাম্বীতুদা কাখংখি। অতুগা উথক অতুদগী লাউথবকই। তেকতনবা নহোয় মখাদা লৈবনা ওকউকা হায়বগা লৈতু হেক্লগা মখাদা থাদবকই। মযাম চঙতুনা ওকই। কযা যাম্না শাংডি? শাংগ্রে পাযতুনা পুবা য়াদে লৈপাক্তা শ্রেং শ্রেং চিংগনি। ঐনা করম হাযনা পুনি হংবদা পাখং অমনা খুম্লকই—ওজানি ঐ শেমগে। পুবা যানবা। ঐদি য়াম হৈ জাংনি।

চংলিবা ঐখোয় ৫/৬ অদে। অনী অহুমদি থাও পুনরকই।

মখোয়গী মবক্তগী থাড ময়াওবা পাথং অমনা উ মচা অমা ম্লম্লুরে। মশা মবে' নাম্না হিদোক্কে। মচুদ লৈ অত্থু পুনবা যাবা উরী থিরুরগা ফজনা পুল্লে। লৈনাক্কা অমত্ত তেকতনবা পুল্লি। পুনবা লোইরগা পাথ, অদুনা হায — ওজানি মসি ওজানিনা লেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা পুগদবনি'। মী অতৈনা পুবা য়াদে হাযরগা মযাম অমতা ওইনা ফাক ফাক হৌনা নোকই। অম্মুন্না উরৈ অফংবমথৈ হেত্তুনা অমদি উপাম্বৗদগী শেংথোক্তুনা পুরকই। ঐনা লম্বী চৎনা চৎনা হংজি — উরৈ অশাংবা অসিগী মমিং করি কৌই?

ময়ামতুগী মরক্তগী অমনা খুমম্নকই "শমজীরৈ। লৈশা শিংনা মসি চিনবা য়াদে মরমদি মহোয় শমজী পুনদ্রি।" অতুগা নোকই।

পুরক্লিবা উরৈ ময়ামদু মচু শুই। ক্বাকলৈ, সনামানবী খোঙ্গুমেলৈ, উরৈ অঙৌবা অচৌবা অঙাঙবা লৈ পীকনা শাংপা, নাপুমচু মানবী ক্বাংথোংনবী, হিগোক মচু লময়োবী তকুপ তকুপ শাংপী য়াম্না পীকপী উরৈগী শক্তমদি কায়দনা শাংপী। মথল মথেল কযানি।

ঐখোয়গী থুংফম য়োরে। পুবকপা উবৈ ময়ামদু বি, ডি, ও সাহেবতা য়েংহল্লে। বি, ডি ও না হায় — ইচে উরৈ ময়ামসে লোইনা পুগদৌনি। নত্রবদি শাউগনি।

ঐনা হংজি কনানা শাউদোরিবা?

"উরৈ ময়াম্না শাউদোরিবা। উপালদা তাংজত্থনা লৈবা

ঐখোয়বু উপালদগী শেংনা থাইনা কায়নহল্লে। ঐখোয়বু শেংতোকপীরে হায়দুনা মমিংতা মপি তানা কপকদৌরিবা।" হায্রু তারগা ময়ামদো নোকই।

অতুদগী বি ডি, ও না হায় — "ইচে নঙ চীংগী হৈ মহী অহাওবা থক্লীংদরা? ঐখোয চীংমীদি য়ানা চৎলুবগা হৈ মহা অহাওবা হেক হেক থকইদো।"

করি থকনীংদনে হায়গে। লৈত্রাও? থক্কেনে।

লৈ। নঙগীদমক এনা শেমহনবা। ওরাং ঐখোয় অনী ফার্ম য়েংবা চৎলুইদনা। মতুদা লম্বী ময়াদা হৈনৌ মতুম মতুম যাম্বতুনা পাশহৌহদনা। মতু উবদা ইচেনা হৈনৌসিদি য়াম্না পানখ্রেদা হাংনি হায়দনা?

হায হায়। পাল্লিবা খুৎপান অতুদা হাওদৌবা মানবা হায়নিমা। যাম্ন্নু পানখ্রে মরীক চুম্না হৈনৌ পাম্বীদো।

ঐখোয় চীংমীদি হৈনৌদো শংনা নহোয মৈতৈদৌনা কুপনা শোইদুনা থুম মোরোক থাক্তুনা চাদেযে। ফজনা চাউবপ চাউরপ শোইরগা চযু অমদা হাপলগা মহী হাপতুনা ফুৎলগা চিনি হাপতুনা অতুগা মহী ওইনা থকগনে। নখোয় মযাম উরে থিবা চৎলুবা মথৈ থকপা এক্লবা ঐনা লৈশাশিংবু ফুৎহনবনে। পুথোরকও পুথোরকও মযামসি পীথক্লরো।

ঐখোয় মযাম মগ অঙৌবা অচৌবা অমমমদা থনকোক তৌনা হাপ্লবা হৈ মহী অতু থকই। ঐনা হায়— বি, ডি ও

সাহেব মসিদি লীকনি ফজবদা হাপ্পা হৈ মঙ্গী অতুদগী হাওবা যায়া হেল্লিবো।

"হেনগনি ঐখোয চী মীদিনে হৈ মঙ্গী শেম্বা য়াম হৈবনে। ঐখোয়দগী লৈশাশিংনা অমুক্তা হেন্না হৈবনি। অতুনা লৈশাশিংনা ফুৎপনিদো মহোয়না শেম্বনিনা মহাও লৈবা হেল্লিবনি।" হাযরগা নোকই।

ঐদি ওকপু ওক্তিনে। লৈরবদি খরাগা থকখিসিরা খল্লিবা।

লৈত্রে। অমুক থল্লগন্ন নপূক নাগনি।

তুমিদাংগী প্রোগ্রামনা থন্ন নৈনবা অমা মতু লোইবগা কলচরেল প্রোগ্রাম অমা তৌগনি। মতু খুল অতুগী উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বরশিংগা অমদি যুথ ক্লবকী মেম্বরশিংগনা পাওথোকনি হায়না সেক্রেটারিনা মযামদা খওহল্লি। মতুদা বি ডি, ও গা ঐগবু যেংবিযু হায। ঐখোয লাকপগী কলচ- রেল প্রোগ্রাম তৌগদৌরিবনি লাওলিবনি অস্নুমা।

বি, ডি ও না হায় — ইচে হাযং অযুক্তি ব্রহ্মাগী ওমখৈ যেংলুসি ঐ পুবিগে। যাম ফজবনি লমদমদো উবদা ইচে কপ নিংগি। ঐখোয়গী লমগী ওমখৈ য়ে থোক খওদাকপসু কৈ হায়বা। কনা কনা ঐখোয়না চৎপদা যাওগদবা? য়াওগে হায়বমখৈ ওস্তা হৌগদবনি নত্রবদি লৈজহৌনি।

নোংঙাল্লে। বি ডি, ও সাহেবনা ওস্তা হৌগৎতুনা লাওলি ব্রহ্মাগী ওমখৈ য়েংলুনবা। মানা ঐবু পুগদৌরিনী। ঐখোয়

চৎপগী শেম শারে। লোয়নগদবা মীনা ব্লোক স্টাফকী মী ১/২ গা হায়বদি বি, ডি. ও গা লোয়নরকপা মথৈগা য়ুথ ক্লবকী মী ৩/৪ গনি। বি, ডি, ও জঙ্গল বুট অমা তোংখৎলি। ঐনা ঐগীদি যাওদে কমদৌনি করি খোঙউপ তোংগনি ফিগী খোঙউপ অমদি য়াওরি হায়বদা বি, ডি, ও না মতুনা ফগনি মতু তোং শিল্লো হাযতুনা তোংশিল্লে। খোঙ শাল্লে। চৎপা হৌরে মযামদো। খর চৎলগা মেন্থব অমনা চৈশু অমা ফজনা খাউতুনা ঐঙোন্দা পীরকই। অতুগা হায় — "সে ওজানি। চৈশুসি শুতুনা চৎলু পাঙ্গল খরা ওইগনি।"

ময়াম্না ঙাওনৈ বি ডি ও দি চীংদা চৎপা যাম্না য়াওবনি কল্লি মশাস্ত তীক তীক লাউরদনা। চৎনা চৎনা বি, ডি, ও মশক উথিদ্রে। চৎমিন্নবিনশিং অতুদা কদায চৎগ্রে হায় হংবদা "চথৎখবে অসুব্রাইদা মরাইনা ঙাইজরমনি।" ময়ামতুগী মরক্তগী অমনা খুম্মকই। খর চৎলগা বি ডি, ও ফমতুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা

ইচে খরা রাববা ?

রাই। অতুবু মুংঙাইগ্রে।

"ঐ খরা চৎখৎলমগে। ইচেখোয় ময়াম চা থক্নবা থংনবা খুল অসিদা শিল্লমগে।" হাযবয়্লগা বি, ডি, ও চথৎখরে। ঐখোয় মযাম ঙহাক পোৎথারবা তুংদা চৎপা অমুক হৌরে। খর চৎলগা পাথং অমনা হাযরকই — ওজানি ইরাবত্তনা লোৎলম্বা মফমদো খঙনীংবরা ? য়েংনীংদরা ?

ইবাবোত করম্বনো ? কনানো ?

নেতা ইরাবোত নঙ তাদ্রাও ? খঙদব্রাও হা ওজানি ?

খঙদে। য়াম মুম্না খঙপ্রপোংনি। নেতা ইরাবোতত্তো মঙোন্দা ঐনা খুডাইবুংঙো কৌই। মতম অমদা ঐনা ছাত্রী ওইরিঙৈদা মখোযগীদা চাকফাও চারকইবনি। খুডা ইবুংঙোনা ঐবু যাম নুংশা তৌরম্মে।

অতুদি মানা লোংলম্বা মফমদা ঐদি য়াম মুম্না খঙবনে। চংলুসিদো।

বি. ডি, ওগী ব্রা য়াওদনা চংপা যাদে। চংলবস্থ মাগী ব্রা অমা তারগা চংসি।

ওজানি নঙ বি, ডি, ও বু য়াম কিবরাও ? য়াগনি শোয়দনা ওজানিনা যেংনীংঙিবু হাযবদি।

কিবগী ব্রা নত্তেদা। মাগী মরমদা লাক্লদি মাগী অয়াবা ব্রা লৌফম থোক্ত্রাও ?

অতুবুদি চুম্মীনে ওজানি।

বি, ডি, ও ঐখোয়বু ঙাইতুনা লৈরম্মী। হেক যৌবগা ব্রাফমতু হায়। মাস্থ হরাওনা ইরাবোতনা লোংলম্বা মফমতু যেংসি হাযবা য়াবকই। মফমতু তান্না ঐখোয় চংলি। বি, ডি, ও না লমজীংঙি। মুপী অঙাং অহল লমন খরা খুল অতুদগী য় ওই ঐখোয় ১৪/১৫ শুরে চংলিবতু। নোক্তুনা রারী হুংঙাইবা শা শারতুনা চংলি। খরা অকা অকুম তৌরগা লোকমায় অমা লানথোক্লগা থেল অমা লৈরম্মী চীকই ঈংঙি

লমদমদো চীংমাগদো। লোকমায় অদো তেজবাং পাম্বী নত্তনা অতৈ অতোপ্পা উপাল হৌদে।

ময়াম্না "ইমা লৈশীংলা নত্তনা নেতা ইবাবোতকী মরমদা উহৌবা তাহৌবা মখৈ ইচেদা তম্মো ঐখোয়গী তারগে। ইমাবু ঐখোয়না চৎসি হায়না পুরকপদি অসিগীদমক্তনে।" হায়রগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকুন্না 'ইচেনা খংনীংবা মখৈশু হংহৌরো" হায়রকই।

লৈশীংলানা পন্থবা তৌদনা ব্রারী লীথবা হৌরকই। "ইচা হুপী, ইবাবোত অদো মশক কৈয়ে। ঙৌশু ঙৌযে। মশম অদে জ্বায জ্বায় তায। মানকো মহাক মফম অসিদা হায়বদি খুল অসিদা লৈ হায়বা মীঙোন্দা মী অতোপ্পদা তাকথোকন্নু হাযনা ঐখোয়দা হায়কা। ঐখোয়শু তাকথোক্কে। কনামতশু খঙখিদে। ঐখোযগী খুলনা মাবু য়াম্না মুংশিবনিনে। খুলনা মাবু চাবশু থাকপনে। খুমাক খুদিংনা মাগী চবা হুনবনি মথং মনাও নাইনহুনা। ঐখোয়দি মাবু ঐখোযগী খুল অসিদা লৈহন্নীংবকো। অহুদা -"

"মখা লীথবিযু ইমা"

ইমা লৈশীংলানা হায 'নেতা ইরাবোতনা পাম্নবম্বা, য়াম্না মহাক্না পামজরম্বা পোৎ, নহাবোল অমদি অঙাংশিংনশু পামজগ্রবা।"

করি পোৎনো ইমা?

অহুবুরাও উপু অখোংবী। মাই উপু অখোংবীহু

পানখৎলক্লবদি মাগী মনাক্তা মীনা পুময়োম। কনাই মুপী, অঙাং, অহল থাক্তে। খোইরেন মশা পানবা পাইবসি মঙাই অমুক্তোইবা।

ইমাদি তৌনরিবা ময়ামতু উহৌবরা? মীনা তমথুনা তাবরা?

উহৌবতা নত্তেনে। য়েংলিবনিনে ইশা য়াওনা ময়াম লাঙবতুদা য়াওবিবা যাওরিবা। উপু অখোংবী অতুদা ঈশৈ মুংশি মুংশিবা শক্লকপসিদি কবি হায়নি ইচা মুপী করিদা থাগনি কবিগা পাগনি? ফজখ্রে মুংশিগ্রে। ইরাবোতন ময়াযদা ফম নোকফেং নোকফেং তৌবদো। ময়ামতুগী মাযথোঙ মানা য়েংজবদো হবাওজবদো। মুপাদা মুংশিগ্রেদা। কাউবা য়াদেনহৈ ইচামুপী।

ইমা নেতাতুগী ইমানা খঙবা উহৌবা অতুনা লোইববরা? লোইদ্রি, কদাযদগী লোইগদগেনে।

মখা তাথবকই—উপু অখোংবী অতু মানা চৎপা মফম খুদিংদা পুই। মাগী কোলোম মুক্তাবী অমম্ম লৈ। মতুনা লমহাংদা, মোংশাতুদা লোৎপা মতমদা উখোঙ য়াখোঙনাক্তা ফমতুনা ইবদি লেপতে হায়। লাইবিক ইবদি উহৌদে মীনা তম্বৈ তাবনি। অযুক মুংথিলদদি মা খুল মমুংদা য়ুমদা লৈতে। ওস্তানা চাক চাখোক্লগা কলম চে, উপু অখোংবী, ঘরী পুতুনা চৎখি। মাগী ঘরীদি নহোয়না খুদাংদা শিরিবা অতুগুম্বা নত্তে। মরী অশাংবা অমা পাল্লি। ফুরিৎতা যাল্লে হায়রগা

থবাক্তা পানবা ফুরিংথাওদো অতুদা হাপ্পী। মখোয়না হায়নবা তাবদা ঘরী অতু জিব ঘরী হায। খুদাংদা শিবনা খুদাং ঘরী, ফুরিংথাওদা হাপতুনা পুনন্নিবা ঘরী মগিংনা জিব ঘরী।

মাদি মুমিং তাত্রিমখৈ যুমদা হুনজিল্লক্তে। মুমিং তাবগী মম্লি মম্লিবা মতম অতুরাইদা হেক হেক হুনজিল্লকই। মাগী অযুক মুংথিলগী লৈফমদি মনাপুংবা তেজবাং পাম্বীগী মখোঙ দনি মরুমদনি। মাবু মুংশিবনা হেনখিবনা ঐথোযগী খুন্দনা শেল পামখিদদো ইচামুপী। মতম অতুদা নেতা ইরাবোতপু ফানবা মরী মখোঙ তাকপা ওম্বা মীদা লুপা লীশীং ১০ পীগনি হাযনা সবকাবনা লাউথোকখিবনি। অতুবু ঐথোয খুন্দদা লৈবা মীওই অমতনা লুপা লীশীং ১০ পামখিদে মাগী লৈফম তাকখিদে।

থরা লৈবগা থা ৩/৪ গী মতুংদা নোংমা মুংথিল অমা মুমিং তাত্রিউৈ মমফাংত্রিউৈদা হল্লকই মহাক। অহল লমন ২/৩ কৌশিল্লগা মহাক্না হায—ঐ খুল অসি থাদাকপা তারে। ঐ মসিদা লৈ হাযবসে মী খঙনবক্লমাল্লে। ঐ পম্ববা য়াম্ত্রে খুল হোংবা তারে। অমুম্না হাযরম্লগা নোং ঙাল্লকপা মতমদা মহাক মহাক্কী লৈফমদা লৈরমদ্রে। মপোং মচৈ মখৈস্মু অমতা লৈরমদ্রে।

নোং ঙাল্লগা খুলগী মীযাম হুপ্না রাদি ঙাওথোক্তনা মাবু কোযখি থিখি। মাগী পোংথাফম লৈফম তেজবাং পাম্বী ঙাক্তা হোবা লোকমায়গী চীংমাযম্দা হুন্না হুন্না উশা হাইদোক

হাইদোকুন্না থি। অছুবু ফংবা কৌবা লৈখিদে। অম্মা নেত্তা ইরাবোত অদো মক্কম মবাং খণ্ডনা মাঙখিনে।

ৱারী পুম্নমক তাবা লোইরবা মতুংদা ব্রহ্মাগী ওমথৈ য়েংলুরসি হায়দুনা ঐখোয় অমুক চংপা হৌরে। বি ডি, ও না হায়—আদগী উরিবা চীংদোং মচা অসে অসিদা লেপ্লদি ব্রহ্মাগী ওমথৈ লোইনা উবা ফংলগনি। মতেক থজিক্কনি। ইচে ৱাবরা?

ৱাদে। ঙাইখো অমুক্কা লেপখো। ৱা অমত্তা হায়খিগে।

করি ৱানো?

ঐদি তেজবাং পাম্বীশে য়ুমদা থারুনবা অমতং ফুকনীংঙিনে। যারোইদ্রাও?

যাগনি। ফুকসি হল্লকপদা। ঐখোয়না হল্লক্দৌরিবা লম্বী অসোমদনি। অতৈ লম্বী অতোপ্পা অমা লৈতে। হৌজিক্কগী ফুক্লবদি পুবা ৱাগনি।

ইমা লৈশ্নীংলানা হায়—ঐনা ইরাবোতকী ৱারী লীবদা অমা চিংথহৌরে।

ঐনা হংঙি—কৈনো ইমা?

অদুবুরাও সিগ্রিমা। ইরাবোত চংখিবা মতু' চহী ২/৩ ওইগদরা কাউবু কাউথোকখরে। নোংমা পাখংশিংনা শা থিবা চংপদা আ লোকথাদা তারম্মী হায়দুনা পুরকপা মচেৎ খরছু ইরাবোতকী উপু অথোংবী অতুগী মচেৎ মাল্লি হায়নখি। ঐমক্তি উহৌদ্রে। ময়াম্না ঙাঙনখিবনি। খরা অমনা হায়-

মা কৈনা চাহ্নুনা শিরম্মনি। খরনা হায় মহাক ব্রহ্মা য়োরম্মনি। চীং অওম্বা কাবদা পুবা ওমদহ্নুনা হুন্দোক্লম্বা ওইবমনি। মানা যাম্না পামজবা পুজবনিদা হায়না মযাম্না শোন্নখি। মহাকপু শিরম্মত্রা হিংলমখিগদরা খওদ্রেদকো ইচাম্নুপী। অমম্বা অমা ওইহ্নুনা লৈরবনিকো।

ব্রহ্মাণী ওমখৈ যেংলে। মিংনা তাম্বা লমদম য়োৗক্রি। বি ডি, ওনা লোক অসিনা মণিপুবগী ওমখৈনি। মসি হেক লাম্হোক্লগা হায়গংক্রিবা অসিনা ব্রহ্মাণী ওমখৈনি। ব্রহ্মাণী লমনি। আদা যেংঙো অসোমদা খুদোনবী খিনহ্নুনা তাকই—অরংবা তারাগুম্বা অমা উবিসে মসিনী ঐখায়না নিংথি তুরল হায়বদো।

ওহাক যেংলবা মতুংদা হল্লক্লে ঐখোয। ওসাইগী তেজবাং হৌবা চীংমায় অদোমদা। চংলিবা পাখংশিং অহ্নুদা ঐগী তেজবাং পাম্বী হায়বদো ফুকপীরোদনা। মহ্নু তাবদা অমনা ওজানি কাউরমগত্রা খনবনি কাউদবোরে হাযরগা মখোয গম্বাম চওহ্নুনা ফজবা পাম্বী কোযথী থি। অহ্নুগা ফজবা নীংথিনা মনা পুংনা পানবা তেজবাং পাম্বী অমা ফুকপীরে। তম্পাক্তা থাবা হৌগত্রা হংবদা অমনা খুম্নকই— ওজানি চীং মচা অমা শেম্নগা থাও। মখোঙ ঈশিং চওলবদি শিখিনী। মখোঙ ঈশিং তুংহম্ব্রগা লোইরে। মথন্ত হেক্তা হৌজগনি।

অম্মুম্না ঐখোয ঐখোযগী লৈফমদা তেজবাং চারা অহ্নু পুহ্নুনা হল্লক্লে। পুরক্লিবা মুপা অহ্নুনা লা অশংবা অপাকপা

অমদা লৈথোম অপেংপা শেম্নগা তেজবাংকী মরাতু ফজনা যোমশিল্লে। মথক্তা বোরা শেগায়বনা অমুক যোমশিল্লে জিব গাডীদা পুবা য়ানবা শেমলে।

ইম্ফালদা হল্লক্লে। চাং মচা অমা শেমমু হায়বতু ঐ নীংশিংই। মাহাযনা হায়রকপা মতুং ইন্না থোল্লি শেম্মি লৈপুঙ মচা অমা তেজবাং পাম্বী অতু থানবা। মখোঙ ঈশিং তুংদনবনি মখোঙ ঈশিং চঙদনবনি। থবায য়াওনা থাই। তেজবাং পাম্বীতু থাবা মতমদা নীংশিংঙি খুডাইবুংঙো। খুডা-ইবুংঙোনা ফক্তা ফম লাইরিক ফাল অমদা লাইরিক ইবদো। লিথোদা নম্নবা স্টেনসিল পেপবদা ইবদো ফজবা মথুং অতুনা মচা তানা ইবদো। খুডাইবুংঙোগী মুপী সনাইবেম্মা থোম দোনসনান পীজখিবা হবাইজার চগেমপোম্বদো। খুডাইবুংঙোগা ঐগা মাযাক্লনা মখোয়গী মাঙ্গোল মচাদা ফম মুংশা যাইতুনা চামিন্নখি পুম্নমক মথং মথং নী শি বগী পবেদা হৌনতুনা লাকখি।

হৌজিক্তি তেজবাং পাম্বীদো চাউরে। মপূ মবৈ ফারে। পাম্বীতু হেক উবদা হেক্তা নীংশিংই খুডাইবুংঙো। নীংশিং খুদম ওইনা থাজখিবনি পাম্বীদো। হৌজিকসু হৌরি পাম্বীদো মনা পুংনা। হৌখ্রবা রাবী কয়াগা ঈরোয়নরবা পাম্বীনি। ঐনা শিগ্রবসু তেজবাং পাম্বীদি হৌহৌখিনি ঐগী ইংখোলদা। পামেল উপাল মাদি লেপহৌখিনি। ঐগী চাসাদ খোঙচংকী তেজবাং পাম্বী।

৪

# মুণ্ডবীগী খাং

অন্দবগ্রাওন্দ কনবা মতমনি। কনা অমতা চীংদ টুর চৎনদে। কিনৈ মপান থোক্লুদে। মযাম্না ঐবু খাম্মী চৎকন্নু হায়না। ঐনা করিবু তৌগবনো হায়দুনা চৎলি। য়ৌবে উথ্রুল। লেডী সোসিয়েল ইডুকেসন র্ওগেনাইজর (মুখ্য সেবিকা) নেমপী ঐবু ঙাই লৈরম্মী। পাউ থাখিবনি ঐ লাক্কনি হায়দুনা। মানা ঐবু হেক উবমক্কুদা লাউরকই— হাইমা, ওজা লাক্লেদনা। মযাম্মদি লাক্লোই হায়রিবা ঈরাং কনবসিদা। ঐনা ওজা শোয়দনা লাক্কনি ঈরাং কিবিবা মীতা নত্তে। নখোয়গুম্বা পাঙদবা মীকিথী নত্তে ঐনা মখোয়দা হায়রিবা। অদু হায়বগা মানা হৌনা ফাক ফাক নোক্কই।

মানা হায়— "ওজা লাকপদা য়ারম্মনি উথ্রুল লম্বীসি ফত্তেনে। ওসি হুমিদাংদি পোৎথাবো হায়বকো ওজা। চা সিদা লৈরে।" চা পী অচাপোৎ খরগা। অদুগা হায়বকই— "ঐগীদা লেকসিকো। বি, ডি, ও নম্বু হায়রবনি ঐগীদা লৈহল্লু হায়না। ঐ থোং থাকপা য়াম হৈবনিদা হা ওজা। বি ডি, ও

না ঙা কৌতা, শঙোম কৌতা কাম্বু শীরকএ ওজাগীসি হাযদুনা।"

চাউরাকপা প্রোগ্রাম অমা শেমলে। বি, ডি, ও নম্বু য়ারবনে হায়দুনা ঐখোয় অনীগী টুর প্রোগ্রাম অদু নেমপীনা পুখোরকই। ঐখোয় অনী য়েংমিন্নৈ। মসি য়ারবা নত্রাও? ঐনা হংঙি।

মানা খুমলকই যারবনে হায়না। চৎকদৌরিবা খুলনা সিরাবৌখোং, ফদাং, তুইনেম, সোমদল চৎকনি। ইংকান কোনবদা নুঙবী চৎকনি।

সিরারৌখোংদা ইহান হাম্না চৎলি। ঐখোয়বু মফমদুদা তরাম্না ওকলম্মী। খুনগী মীশিংদুনা হুমিংতুগী অহীংদু লেকখ-রো হাযরে। মরমদি মহোযদি অয়ুক হুংথিলদা মথৌ চিল্লি। হুপীনা ঈশিংখোংদা শোদা চৎলি হুপা মথৈনা চীংদা শী, চনবা লবুক্তা লৌ উবা চৎলি। অতৈ লৈত লাঈরা অৱাং অপা থিবম্বু। হুংদাংদদি চৎথোক্তবনিনা লোইনা উনগনি অদুনা অহীং লেক্তবা য়াদে হায়রে। নেমপীগা ঐখোয় অনী লেকসিন্না লেকহুসিরা হায়বদু তানৈ। নেমপীনা হাযবে মখোয়-গীদমক্তা ওজা ঐখোয় লাকপনিদো মহোয়না হায়বা ইল্লসিনে হা ওজা হায়রগা নোক্নই হরাওনা। লেক্তুনা অহীং লৈরবদি উইম্যেন সোসাইটিগী মেম্বর খুদিংমক্কে লোইনা উনবা ফংলনি ৱারী ৱাতাইস্ব ফজনা শাবা য়াৱনি।

হুমিদাংনি। ঐখোয়না থুংলিবা ইমুং অদুগী অচৌবা কা

অমদা মুপী ময়াম তিলৈ। ইকোয় কোয়না ফম্মী ময়ামদো থঙ্গে নৈনৈ। নেমপীনা হায়রকই— ওজা মুপীগী সোসাইটি অসিদা শেনথোকপা হায়বদিকো শেন তানবা য়াবা থবক্তা সরকারনা করি করি মতেং পীবা য়াবা লৈবগে হায়বত্থু খরা তাক্পীবম্মু ময়ামদা। অত্তুদগী ঐনা সরকারদগী পীবা য়াবা মতেং মথল মখা ময়ামত্থু ঐনা মথং মথং শন্দোক্লা তাকই উইয়েন সোসাইটি রেজিষ্টার তৌদবদদি সরকারনা শেন্থং অমদি মতেং পীদে হায়বদা মখোয় খুলগীদি রেজিস্টার তৌরে হায়রকই। শেন্দান লম্মীগীদমক সবকারনা শেন্থং পীবা অমা লৈ। মত্তুদা নখোয়গী খুলগী সোসাইটি অসি থবক ফজনা তৌবনিনা ঐনা শোযদনা হাপকে থল্লি। য়াত্থু তাবদা মখোয় হুরাওই।

মুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা ঐখোয ময়াম গির্জাদা লাইশোন সভা অমা পাঙথোকই। গির্জা অত্থু হাইফেং চাউই। মী ২০০/৩০০ লোম খর হেস্তক চনবা শঙনি। মী ২০০ য়োম খর হেন্না তিনবা মাল্লি। লাইশোল ঈশৈ শকই। ঈশৈ শকপত্থু লোইরগা লাই শোল্লি। লাইশোলগী লমজীং পুরেল ওইরিবা অত্থুনা মমিং উইশিন্দুনা লাই শোল্লি। লাইশোল অত্থুদি চাওবাক্লা নীংশিংবদা অমুম্না হায়বগুম তৌই— হে ঈশ্বর ইবুংঙো ননাইবু চানবিয়ু। মীনা কিনয়বা মতম অসিদা ময়ামগী যাইফনবগীনি হায়ত্থুনা অকি অথং থাদোক্তুনা লাক্লিবা মীওই অসিবু থৌজানবিয়ু। মাগী অফবা থবক্তীদমক ঈশ্বরনা মাবু পুন্সী মুংশাংনা হিংহনবিয়ু। চংথোক

চংশিন্দা খুরৌ চেনবা অপনবা থোকহনবিগনু। অসিনচিংবা কয়া হায়তুনা ঈশ্বরবু খুরুম্মী। ময়াম পুম্নমক লাই শোল্লিডে অতুদা মিং উইশিন্দুনা লেপতুনা লৈ। অরোইবদা ময়াম অমতা ওইনা আমেন হায়রগা লোইশিল্লি।

অশুম্না থন্ন নৈনবা অমদি লাইশোলনচিংবা পাঙথোকলু-রবা মতুংদা লৈফমদা হল্লক্লে। থেঙলবনিন। ঐখোয় তূম্লে। নোং ঙাল্লে। অতোপ্পা খুল অমদা চংননবা থৌরাং তৌরে। চংলমদাই অতুদা উইম্যান সোসাইটিগী মেম্ববশিং অতুনা নেমপীগা ঐখোয় অনীদা কি ১/১ খুদোল তম্মকই। মোরোক অশাংবা অকংবা ফনা যাম্নসু হাপলকই। ইচেনা হাউই মচু ফজৈ হাযবা মোবোক্তো থবা হাপ্পীরবনি। যুম যৌবগা চাক্লকো ইচে হায।

খুল ৪ চংপতু খুল অমগা খুল অমগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। গির্জ্জাদা লাই শোনলিবতু চপ মান্নে। খেন্নবা লৈতে অমহানি। মী তিনবস্নু অমহা ওইনা তৌই। খেন্নরবদা মী ১০/২০ দগী হেন্না হেললমলোই। মথংদা চংলি সোমদল, ফদাং খুলদা। ইকোন কোনবদা তুইনেম চংলি। খুল মবীমক নেমপীগা ঐঙান্দগা কি অমম্নম পীরকই। অতুগা মোবোক, তোকনী কোক মপোপ য়াম চাউবতুগা মপুল মপুল হাপলকই। অরোইবা খুল অতুদদি ঐখোয়না পুরিবা গাড়ী স্টেশন বেগ্যোন অদো মোবোক অমস্নু তোকনী কোকনা পিক থল্লে। ড্রাই ভরগ, নেমপীগা, ঐগা ঐখোয় অহুম মাঙদা ফজনা ফম্বা চল্লি।

কোয়া ফম্বী। হল্লকপদা গাডী মহুংদা নেমপীনা নোকুনা হায় — ওজা। ঐখোয় অনীসে মহারাজহু ভাইয়েকো। ক্ষি ৪/৪ মু ফংলক্লে। গাডীমু ইনশাং নাপি মোরোক, তোনীংকোকনা, পীক থল্লে। ঐ য়াম মুংঙাইয়ে। মুংঙাইবনা লোইরবনে। ওজাবু মুংঙাইব্রাও? হায়বগা নোকই।

মুংঙাই। করিগী মুংঙাইতনে হায়গে। মহা ওইরবনে মুংঙাইবনা।

ঐখোয় কবিমতা তৌরক্লেকো। অন্দরগ্রাওন্দ অমতমু থেংনরক্লেকো হা ওজা? মখোয়না পংহায হাযজিনবা ওইর-মাগ্লেদা অন্দরগ্রাওন্দ কল্লি হাযনা। ঐখোয়দি অকনবা অমতা থেংনরক্লেকো।

ঐখোয়গদি থেংনবোইযে। মহোয় ঐখোয অনীবু মুন্না খঙবনে। ঐখোয়দদি মহোয কৈমতা তৌরকওইযে।

হাইমা। ওজানা হাযরিসিবু করিনোনে-?

করিনো নত্তেনে। ঐনা তৌরকওই হায়রিসিনি। নঙ খঙব্রাও?

খঙব্রবসু খঙ তাবে। খঙডে খঙডে। হায়রগা ফাক ফাক নোকই।

নেমপী। গাডীদা যাংরিবা পোং মযামসি নঙগী কাতবদা থনম্মগা নূঙবী চংসি। রাই শংনা চংপনা ফবোইব্রাও?

ফৈগন ওজা। মতুনা ফনি।

নূঙবী চংপগী শেম শাবে থৌরাং লোইরে। ঐনা নূঙবী

খুল চংনৌংবগী মন্নমদি মফম অদো উথ্লগী মঙুংদা চফু শাবগী মমিং চংপা মফম্মি। চফু শাবহু যেংনৌংবনি। নুঙবী অসি উথ্লমগী থন্না চংলগা চৌংভাই য়ৌজিঙৌদা লৈবা খুলনি। য়ুম-নাক ১৫০ দগী ২০০ ফাওবগী মঙুংদা তাৱগা যাই হায়নৈ। থাজৈশেংবদি থঙদে।

নুঙবীদা চফু শাফম য়েংলে। অয়াম্বা থবক কয়া শুবা মী ঙাক্তনি পোংথাবা লৈতে মহোয়দো। নুঙ মকুপ লৈপাক্কা তোংতুনা য়াম্না কুপনা মুন্না শুই। মপুং ফানা শুববা লৈপাকা নুঙগা য়ান্নবা অহুনা শাবা চফু, উয়ান, থাও ঙাক্তনি। মওং য়াম্না ফজে, চফুসু উয়ানসু মথুম লোইনা পাল্লি। মথুমশিং অহু মহাকা চপ চানৈ অহোবা লৈতে খুমগ্রবদি মুংশিং চঙদে মুংশিং থোক্তে। অহুনা মথুম খুমহুনা নুঙবীগী চফু উযান্দা থোংবা চাক ইনশাং থুনা মুল্লি। থাং মনা ফজনা পাল্লি। থাং অহু ঐথোয়না শীজিন্নরিবা য়োংকী থাংগুম থাউ ঙৌবা য়াই হায়।

চফু উয়ান থাং অহু ঐথোয়না অনী অনী লৈগে হায। মখোয়না লেমনা পুথা খুদোল তমগে হায়। ঐখোয়না য়াদহুনা নমহুনা মমল পীরম্নগা লৈরকই। চফু শাবশিং অহুনা ঐঙোন্দা করম্বা মওংগী চফুনা খ্বাইদগী পামবগে হাযহুনা হংঙি। ঐনা থাংনা খ্বাইদগী পাম্বা ইহেল হেল্লী হাযনা খুম্বদগী মহোযনা থাং অমা খুদোল তম্মকই।

ই ও ইন্দষ্ট্রিনা চফু মওং মওং শানবা পাউতাক পীরম্মী।

চুরুট তান্থি কহোৎলুবা গমলা, কুল গ্লাস শেন্নবা চক্ষু, শাণ্ড হায়না তাকপীরম্মী। মখল মথেল শারবদি শিংকনি পৈশা ফ বা হেনগদ্নি। চক্ষু শাবগী খিন চাওখৎকনি। নেমপীগা ঐখোয় অনীদি চক্ষুগী মওং মতৌ নানবা মাংবা পায় পায়-তুনা যেংনরি। পুন্না চক্ষু, উয়ান, খাং পুন্না তরেৎখকনি ঐখোযনা পুগদবা। কমহায়না পুসিগে খন্নরি। উখ্রুল য়ৌরবদি মোবোক্কী বোরাখাও মহুদা মোবোক্কা কোম্নমা হাপ্লবদি কায়রোই। মতুন ফবা তারে ঐনা হায়। নেমপীনা নোক্লগা হায়রকই— ওজানা হাপ্পা মহাপ যেংবা তারেদনা। ওজানিনা ওজাদগী ঐখোযনা পোৎ যোম্বা হাপ্পা তমহৌবা হাযতুনি। অতুগা নোকমিন্নে।

নূঙবীদগী হল্লক্লে। উখ্রুল য়ৌরে। নেমপীগী কাটরদা ঐখোয অনী পোৎ যোমলি। হযেং ইম্ফাল থোক্কনি। অয়ুক লাওবা নংঙোই হৌজিক লোইখোক্লসি মাগু হায় ঐনসু হায়। হাপলফপা মোরোক মযামসে যাম্মল্লি চাবসু লোইবা ওয়োই। নওগী চানবা বোবা অগা লৌহৌ। মানা যাদ থমফম লৈতে হাপফম্সু লৈতে। অতুক যাম্বদি ঐ ইতোমতা চাবা ওয়োই। ওজানা থম্বীরমগে হায়রগা মসি থন্নবতা মহাপ্পীরম্মু হায়দুনা চক্ষু অমা পুথোরকই। চক্ষু অতু থন্নবা ঐনা হাপ্পী কিং কিং নমতুনা।

তোনীংকোক মপোপ অচৌবসি ওজানা যাম চানীংঙি হাউই হায়বসিনা লা মথাদা থারগা চে অপাকপা খবর অসিনা

য়োম্নগে অতুগা মথক্তা ক্কি অমনা য়োম্নগে মতুম তৌরবদি কংগুরোই তেক্কুনা অতুম লৈরনি। কেংস্নু কেংগুরোই। চাম্বুদি চাম্নগনিকো ওজা নখোয়গীদি ঈশিং মরাগু কাম্বনিনকো। মোরোক মখৈনা বোরাশিং অসিদা হাপ্লসি। অতুগা নুগুবীগী চক্কু উয়ান মখৈসিনা মোরোক মরক্তা যেপতুনা হাপগ্রসি। মতুনা ফবা তারে হায়নরে। ড্রাইভর কৌরে হায়নরিবা মওং অতুদা মহাক য়াওনা পোং য়োম্নে লোইবে। হৌজিক্কুগী গাডীদা অতুম হাপচিল্লবদি হযেং অযুক ব্রাইট শংলগনি হাযতুনা হাপ-চিনগ্রে।

নেমপীনা অমুকস্নু হন্না হায়রকই— ওজা হন্দক্কী ঐখোয অনীগী টুর চংপা অসি নিংথৌ মহারাজহু ঙাইগ্রেকো। ফিস্নু ৪/৪ ফংলকপা অচা অথক ইনশাং নাপি ময়াম অমস্নু। ঐ যাম ঙুংঙাইযে।

ঐনস্নু হায়— যান্না ঙুংঙাই। নেমপী পুন্সী হায়বসে অসিনিদনা। অতুগা শিরোই চীংদি য়ৌদ্রেদো। শিরোই লিলী যেংনীংবনি।

ওজা হয়েংমুক ওজানা লাকপদা শোয়দনা চংসি।

উখ্রুল থনম্নে। ইম্ফালদা হল্লক্নে। ইম্ফাল য়ৌরক্লগা মক ওইনা চক্কু উয়ান খাংনচিংবহু কম্না লোইশিল্লি। উপু মঙ্গুংদা থমজিল্লি মী উদনবা। করিগীনো খগুদে কৈদোনবনো খগুদে কনাদা পীগদৌরিবনো ঐগী ওইনা থম্নীবরা হায়তুস্নু খগুদে। লোইশিল্লী।

চহী থরা হৌরবা তুংদা নোংমা ইস্টর্ন জোন পুবা ইয়ুনি-সেফকী ঐবু খ্বাইদগী মুংশিনা তৌবা ডাঃ সিন্ধু মণিপুরদা তুর লাকই ঐগীদস্থু লাকই। ঐঙীদদি কোয়রকপা লাকপনি মাগী তৌগদবা মথৌ লোইরবা মতুংদা চৎলমদাইদা। ঐনা ঐগী নূঙবীদগী পুরকপা চক্লু উযান ময়ামত্থু যেংহল্লি মাঙান্দা মানা পামলমগনি খন্দুনা। চক্লুশিং অত্থু হেক উবদা মানা হংঙি "লৈহৌরিবরা? লৈবা ফংগদরা?"

ফংগনি। মহোযদি যাম শাবনি। অশাবা ময়াম পৈত্থুনা লৈহৌই। লৈবা য়ানি।

অদো হৌজিক উগ্র্‌ল চৎপস্থু ঙস্মরোই। মতমস্থু লৈত্রে। নঙগীসি সেট অমা পুথ্রগে। মসি ঐ য়াম পামগ্রে। শীজিন্ন-নবা নত্তে লৈতেংগীদমক ফমফম কাদা থম্লবনি। বযা পী? নঙনা কয়াদা লৈরকই?

মমল খঙদে। মখোয়না শাবনি ঐবু মুংশিত্থুনা খুদোল তম্মকপনি। মখোয মখুৎনা শাজবনি মখুৎতা থোকপা পোৎনি চক্লু ৩/৪ নঙোন্দা লেমনা পীবদি কৈস্থু ওইদে হাযরকই। ঐনা হংঙি মসি ঐনা অমুক নঙোন্দা খুদোল তম্বদা করি কায়? ঐখোয় অনী নোকমিন্নে। হরাওনা পুখি পামনা লৌখি চক্লু উয়ান খাংনচিংবা সেট অমা।

মতম খরা লৈরগা মুপী অঙাংগী ইয়ুনিসেফ সেন্ট্রেল অফিসতা থবক পুবা সরোজিনী আব্রাহম মণিপুরদা লাকই। মন্ত্রী, অঙম অথৌ য়ায়তোং থমদোংবা কয়াগা থবক্ত মরী লৈননা

উনৈ হ্না কয়া থম্নে নৈনৈ। মহাক মুমিং হুমনি মণিপুরদা লৈ। জিরি লম্বীদা হনখি জিরিগী থবক য়েংলুনবা। মানা ইম্ফাল খাদোকদবা মুমিংকি অযুক্তা সিন্ধু সরোজিনী ঐখোয় অহুম কম্মিনৈ। সরোজিনীনা ঐঙোন্দা হায়— নঙদি সিন্ধুভবু লুংশিমাল্লে। ঐনা দিল্লীদা থবা লাপনা লৈ হায়দুনা তৌবা মাল্লি। মানা হায়রিবদু ঐ ভাব তাবা ঙমদে। ঐ ভাব তাদে করি হায়রিবনো হায়দুনা হংঙি। মানা নঙ সিন্ধুদা চফু ফজবা পী অতুগা ঐঙোন্দদি পীদে।

মতু তাবদগী ঐ ভাব থংতা তারকই। নঙগীসু সিন্ধুদা পীখিবা অতুগা চপ মান্নবা মশীং শুনা থাকলি। নঙ লাকপা মতমদা পীগে হায়দুনা থম্বনি।

লৈহৌবা ঐগী নুংঙবীগী চফুশিংদো পীথাকখ্রে। হৌজিক্তি ঐগীনি হায়বা নুংঙবীগী চফু উযান, থাং অমতা লৈহৌদ্রে।

চীংঙাই শ্লোক্তা তাবা শ্লোক স্তাবকী মীশিংদা ঐনা তপ্পী নুংঙবীগী থাং লৈবিরকউ হায়না, চফু লৈবিরকউ হায়না। খৌরাংনা ঙাইবি নুংঙবীগী থাং পুরকপা। ঐগী নুংঙবীগী থাং পুরকপা।।

৫

# খুগা তুরেনগী তোর্ব্বান্দা

খুগা তুরেনগী তোর্ব্বান্দা লৈতেম মাম্নরবা শংবাম্নবা তিংথৌ মথক্তা তুমিন ফম্লি লোইবী খোইঙৌ চীংবু মাঙদা থম। লূরবা খুগা তুরেলগী ঈচেলনা খোঞ্জেল পীক্লা খা পাংনা লিরি চেম্বখি। তুমিম্মা লেপল্লিবা খোইঙৌ চীংনা ঐবু শংত্রিক যেংলি মিং কুপতবমখৈ। মরক্তুন্দা তারকই হ্নংশিরবা খুগা তুরেলগী পীক্লবা ঈচেলগী শৈহেক শৈথা। নীংশিংলকই অস্তুম মথং মথং য়ৌরকই নীংশিংবগী পরেংদা খুগা তুবেনগী তোর্ব্বান্দা তাবা খুল তোর্ব্বুং। তোর্ব্বুং খুনগা লোক্তাক খোঙম্নুংদা থোকথীবা য়াথোক, লাম্থোকপু য়ারী কয়াগা করম্না মরী লৈনরিবা। কেগে মোইরাং লৈবাক্কী মীনা তোর্ব্বুং লমজাউদা শাত্তানবা চৎনরম্মী। খুমন পুরেনবনা কৈ ৭ পু চঙনা কাথি হায লম্মদম অসিদগী। মযামসি নীংশিংলুরগা ঙসিতা নৌহৌনা য়েংনীংলককখি অমুক কেগে মোইরাং লোক্তাক অদো।

খুগা তুরেলগী তোর্ব্বান্দগী হল্লক্লগা নোংমা চৎখি লোক্তাক পাং য়েংবা। হেক য়ৌবগা লোক্তাক পাং উবমক্তদা নীংশিং-

লকই খ্বাইরাকপম ওজা চাউবগী শৈরেং—"মাওদা ভাল্লিবা" মৈতৈগী ঈপাক্লী, ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে" কয়াদা ফজনা থারমখ্রবনো। পোইরৈ লমদমসে ওস্থোক্লসু হুংশিল্লে। কেগে কংলৈ লাইজকোল্লি। লাইজা ঈরেল অচৌবা লোক্তাক্লি। ঈপাকনি লোকময়ামগী তাক্লফম। নোংপোক পাম্থোইবীগী শাইওনফম।

তুরেল্লুগী মরীল উবদা নীংশিংলকই অত্থৈ ওজা অমনা লীবিথিবা য়ারীদো। চীংগু, থাংজীং খুভমদা লৈরাং অনী থাব্রাংননা শাংলম্মী। ইবুধৌ থাংজীং ময়াথং তাকপীখি—শীঙেল অমনা থাংজীং খুভমদা শাংহৌরসন্নু লৈরাং অমনা মোইরাং লাইজা তুরেললু মবীন্দা শাংলুবো হায়না। মোইরাং থাংজীং কুমগী কুমদম্লকপদা লাইজা ঈরোয়ননা লৈচা অমদি তাউথখরে। অমনা লোইবী চীংদা পামেল উপালদা শাংহৌই। তুরেলদা তাউথরকইবা লৈ অত্থু শনজেনহাশিংনা লোক্তুনা মোইরাংনিংথৌ পোংলেন হনবদা কংলি। পোংলেনহনবা নিংথৌনা তাউথরক-ইবা লৈচা অত্থবু কেগে মন্নুং মু জেং পাং কেগে মোইরাং লাইখুপাংতা থাকরো হায়না তাকপীখি। মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌগী থৌদা তুংইন্না লৈচা অত্থবু থাখি। য়াৱা লোইদাম মকুম ওইরকপগী ইঙা কুমদম্লক ইঙেন কুমথাইরক্লবদা লাইজ ঈপাক্কী ঈমাযথক্তা শীঙেল মনানা ইশং শং লৈরাং মপালনা ইঙাং ঙাং শাংলম্লে। কেগে মোইবাং নিংথৌনা ইবুঙৌ থাংজীং লাইদা কংখি।

ইপু মোরি মাইবা কৌহুনা মোইরাং নিংথৌনা লৈরাংগী কোলোয় মমিং থোলহনখি। মালেম লাইজা ঈশিংদা শাংপা লৈরাংবুনা থম্বাল হায়না কোলোয়রখি। অহুগা চীংগী পামেল উপালদা থাংজীং খুভমদা শাংপনা শীঙেল লৈরাং উথম্বাল হায়না মীংথোনখি।

শেন্দ্রা চীং যৌবে। চীংথক্তা কাখৎলে। হিহোনবদি হিগা লোয়ননা লোক্তাক্তা লৈহৌই। লম্মিৎ তুমিৎ মুন্না থঙতি হাযহুনা নেকলকপা অহল অহুগা ঐখোয় ফমহুনা য়েংঙি। অহল অহুনা তাকই শেন্দ্রা চীংগী চীংমাঙদা লৈবিবা পাং অহুনা তামুক পাৎনি। অৱাং নোংপোক্তা লৈবা অহুনা খুংজেং পাৎনি। থাঙ্গ চীংজাও যৌত্রিঙৈ শেন্দ্রা চীংদগী হাইথখিবা অসিবাইদা থমংখোং ওইরম্বা যাই। ঐনা— খুডা খুডানা ওইরম্বা য়াই হাযরিসিবু খুডাবু কয়া মুন্না থঙদবয়াও?

ঐগী ৱাহং তাবগা খুডাদো ইশি শিনা নোকই। অহুগা হাযরকই— কেগে মোইরাং ঐখোযনা অতোপ্পা মীদা মোইৱাং কংলৈবোনগী অশেংবা অচুম্বা লম তাকফদে। অহুননি।

খা নোংপোক্তা হাযবদি অসোমদা য়েংঙো আদা উৰিবা চীংহুম মচা অনীসে পাবোৎ চীং কৌই। পাবোৎ চীংগী নোংচুপ পাংবদা উবিবা লম্পাক অসি লম্পাক নত্তে লোক্তাক ঈশানি নাপি শিংনা অমদি কম্বোং পাম্বী কয়া হৌবা কবো কংনা থন্না লৈবনা ঈশিং উদবনি। মসিনি কৈবুল লমজাউ হায়বদো। হৌজিক্তি কৈবুল লমজাও সরকারগী ওইখ্রে।

থুডা শেন্দ্রা চীং করিদগী থোনথ্রিবনো ? কনানা থোনবনো ? মহৌশাদগী নৈজরম্লবা মিংলা ?

খুডানা—নখোয় যাইথিং কোন্নু হায়বীচুগী রারী ভাববরা ? যাইথিংকোন্নুগী অতোপ্পা মমিং লাংঙতোম্বী হায়নম্নু খঙনৈ। নূরা লাংঙতোম্বী কোন্নুনা লোক্তাক পাংতা লেমলৈ ঙাবু তাল্লি। কোন্নুনা ইলদগী শেনগী তেঙ্গোংনদি ঙাব্রা মাবু কোৎপদা নবাগী নাপ্পদা চিনবা নাচোম তাখিগনি হায়না শেন্নবদা শেনগী তেঙ্গোংতু তাথোকথ্রে। তাখ্রিবা শেনগী তেঙ্গোং অত্থু বাইনা লৌথংলি। মোইবাংনা রাইহেনবা মতমদা কেগেনা মিংথোম্নবা মতমদা মৈনা রাই তা না শম হযেং পোইবৈ চাদোম্লংদা রাঙম শুদোম্লংদা শৈশক্রুরসন্নু হাযরদনা শেনগী তেঙ্গোং তাখি হাযজুনা শেন্দ্রা হাযনা কৌনখি।

মথংদা চংলি থমংখোং। মনা পূংবা পাম্মেল উপাল অমস্থু হৌরম্মী। অচৌবা উপালনি। মখোঙদা চঙশিন্দুনা ঐখোয় অহুম কম্মী। মকম অসিদনি মজা ইবেম্মা খোইবীনা মনাই সেন্নু লোযনজুনা মনম্মা খমন্নু পোঙ্গেন লাঈরবীগা ইন চিংমিন্নবদো ঙা ফামিন্নবদো। খমন্নুনা পাংতা মুপা অমতা কুম্বা য়াদে মজাইবেম্মা লোক্তাক পাংতা লেমলৈ ঙামী থেমগদৌরি হায়না নিংথৌ সনায়াথং পাউ চেনবনি অজুনা মৌপ্রাবু চংথোকন্নু যুম শংজুনা লৈরম্মু হায়না শিন্নরম্মী। মচেমগী রাব্রুদি মহাক থঙইদবা নত্তে অদুবু খোইবী উনীংমনখ্রজুনা থমংখোংনা লাকখি হি তোংজুনা। মচেম্না মৌপ্রাবু উবদা কয়াম মীপাইখি নিংথৌগী

চৈরোক কিপ্পিবনা। ইবুঙো থাংজীং কোইরেল ভাইনা খোজান-বিথি মনাইগী অৱাবা উবিন্তুনা।

চংমিয়রিবা খুডানা থমংখোং তাংদাংবা তাকথিদে। অস্নুরাইসি ওইরমগদ্রা খল্লিতমক হায়রথি। ঐগী পূরুীংদদি ফাওথি অমসুং থনথি মফমসি শোয়দনমক থমংখোং ওইরমগনি হায়রনা।

থাঙ্গা, ঈথিং, কাবাং, হিদা মথং মথং য়েংবা চংলি মখোয় মঘাম মবী মবী। হি মখোযনা হোনজবনি মুপা অমতা যাংদে। মখোয মশেল তাম্না তাম্না হি হোল্লি। নোকই মাযখোঙ মকা লামনা। মচিন্দা পানা ক্না ঙাংশং ঙা.না শায় চপ চপ। অমাবামদা ফুমশঙ মচা মচা তাউরি। মশীং লাক ওমদনা লৈ। মশী থিরুবা ওম্বগী রা লৈতে হিথকুদা ওহাক্তংগী মতমতুদা। মী কযারাম ফুন্মী ওইতুনা লৈবগে হায়না হংবদা লীশীং অন্থমগী মথক্তা লৈরমগনি হায। মহোয়গী ফুমশঙ য়ুমদা তাউতুনা লৈবনি। নোং মুংশিং অকনবা লাক্লবদি ওসি মফম অমদা লৈরম্বা য়ুমদো হায়ং অযুক্তি অতোপ্পা মফম অমদা লৈরম্বদা মখোযদা অঙকপা ৎইনা থোক্তে। য়াম্না লাপনা লৈরম্বসু য়াওই। ফুমশঙদা লৈরিবা মী পূম্নমক ঙামী ঙাক্তনি। ঙা ফাবনা মখোযগী শিনফমনি।

হোল্লি চংলি ঐখোযগী হি। থুংডি থাঙ্গা চীংখোংদা। হি ৪/৫ থাংতুনা লৈরম্মী। মতুগী মরক্তা য়াইমসু যাওরম্মী।

ঐবু উঘদা মানা মখোল হৌনা লাউরকই— ও-ও-ইচে। ঐ লাক্তুনা সিদা লৈবে। মখুং হাইরকই।

য়াইমা কারাং খুন্দগীনি। ঐবু ওকপা লাকপনি। ঐগী মরুপনি। ঐনা নোংমা লোক্তাক যেংবা লাকনি হায়খি। মতুদা মানা ঐঙোন্দা লাক্কদবা হুমিং খঙহন্নরকউ নত্রবদি কৌনরোই হায়না। মতুগী মতুং ইন্না ঐনা মঙোন্দা খঙহনখিবনি। ঐনা মঙোন্দা কারাং চীং যেংনীংঙি হায়বতুদা মহাক ঐবু ওল্লবিবনি। অহী, অমা কারাংদা লেকনি হায়বা অতুদা মহাক হরাওবনা লোইরে। মোইরাংদগী তো লকপা হিতু ৱাইবগী হিমন পীরম্রে। খুড়াদা ঐবু লমজীং লমতাকপীবগী অৱামলস্থ পীরমলে।

যাইমা কারাং খুন্দা মাগী মরূপ অমা ইম্ফালদগী লাক্তুনা মাগী মযুমদা থুংনৈ থুংতুনা লেক্তুনা লৈখি হায়বসি মাগী মখুন্দা খঙহনজনীংঙি মসিনী মাগী পামজবা। মতুদা শেল তিংবদা মা পাম্মুবা লৈতে। মশাগী হি পুতুনা লাকই। ঐখোয় কারাং তম হি হোনবা হৌরে। হিরোইদগী নৌ লৌতুনা মানা হোনবনা থুনা যৌগনি হায়তুনা হোল্লি। হিরোইতুনা হোনবনা হেন্না তোংবা হুংঙাই য়াঙস্থ যাংঙি। অতুবু মানদি মাস্থ হি হোনবা হৈ হায়বতু ঐঙোন্দা উৎনীংবনি। ঐস্থ মতু খঙঙি। ঐনা হায় – য়াইমনা হৈতবা লৈতে, খঙদবা লৈতে। অতুনা খ্বাইনা য়াইমতবু হায়নন্নিবনি।

"অতুননি ইচে কারাংগী মীনা ঐনা হায়বা থাজরিবসি।

ঐবু কারাংগী মীনা ওস্থোক্লা থাজত্রপোংনি। ঐখোয় কারাংগীদি ঐনা হায়রগা লোইরে।" যাইমনা খুল্লকই।

কারাং চীং যৌরে। হিথাংকমদা হি থনমলে। য়াইমগী যুম তান্না চংলে। ঐনা কারাংদা থুংবা মুমিংতুগী মুমিদাংদা য়াইমগী মাঙ্গোলদা মৈ তিক্তুনা ময়াম ফম্মী। ময়ামতুগা ব্রারী কয়া শাই। ঐনা হংনীংবা কথাসু লাক্লিবা অহল লমন ময়াম-তুদা হংগি। থাঙ্গা, ঈথীং, কারাং চীংশাং অসিগী পুব্রারী কয়া খঙনীংতুনা হংজৈ।

অহল অমনা অসুম্না ব্রারী লীবী—চেক্লা কাকয়েন মীওস্বা হাযবা উচেক অমা লৈরম্মী। চেক্লা কাকযেন মীওস্বা হাযবা উচেক অসিনা নোংমা নোংমগী মী অমমম চায। অসুম্না চাবনা মী ফনা যাম্না তাকশিল্লক্লে। মাঙবা তারে হাযতুনা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মশূ যোইমোংবা অমদি তাউথিংমাঙ অনীনা চেক্লা কাকয়েন মীওস্বা হাংতবা য়াদে হায়না অহানবদা মশা ককপা হৌই। মশা অত্থ কেন্দুনা লোক্তাক ঈযায়দা তায়। মতুনা থিংগৎতুনা ঈশিং চেনবা যাখিদে। মতুদগী ঈশিং থিং-গৎতুনা থম্মী হাযদুনা ঈথীং হাযনা খঙনখি।

মশা তেক্লবা ফাওবদা কাকয়েন মীওস্বা শিদ্রে। তাওথীং-মাঙ অমদি যোইমোংবা অনীনা লোক্তাক লাইরেম্বীদা কাকয়েন মীওস্ববু হাংপা ওম্নবা খুংলাই পীবিয়ু হায়না নিজৈ। লোক্তাক লাইবেম্বী ইবেম্মনা কুবিরতুনা মচিন মনাও অনীগী মমঙদা অম্নুম্না তাকপীরম্মী হায—থাঙ্গা চীংগী নোংচুপ থংবদা

আ ফুমথাদা ঈশিং মন্নুংগী লৈমুংদা অশেংবা য়োং লৈবনি মহু নচিন ননাওনা থিরগা পুথংলকউ। অহুগা মোরি থাঙশাবা কোৌরগা থাঙ শাহমু। থাঙ অহু শাবা লোইরবা মতুংদা ইবুধৌ থাংজীং লাইদা কংলু। থাঙ অহুতনা কাকয়েন মীওম্বগী মথল্লাই লৌবা ওমগনি।

অস্থম্না মচিন মনাও অনীনা চেক্লা কাকযেন মীওম্ববু মতুপ অনী থোক্লা কক্লুনা হাংখি। থাঙ শানবা থাঙ্গা চীংগী চীংখোঙদা যোং ঈশিং মথাদা লৈরম্মী হাযহুনা থাঙ্গা হাযনা কেগে মোইবা‚না কোলোয় মিংথোনখি হাযনৈ।

চেক্লা কাকযেন মীওম্বা হাযবা উচেক অসি যাম্না চাউবা উচেক্কি। মতুপ অনী থোকনা কক্লবা ফাংবেদা থাঙ্গংতুনা পুবা ওমদে। পাবোং লোন লেংথোংননা পুরক্লুনা থাখিবা থমখিবা মফম অদো হৌজিকস্থু লৈরি পাবোং চী‚ হাযহুনা। কৈবুল লমজাউগী নোংপোক পাংবদা উবিবা চীং মচা অনী অহু পাবোং চী‚ হাযবহুনি।

নোংঙাম্লে। কোরৌহনবা হ্লুমিংনা তরং তর‚ হুন্দোবক্লে। হি তোংহুনা কারাং চীংগী অকোযবা থুংনা চংসি য়েংসি হায়ন-হুনা ঐখোয চংপা হৌরে। কারাং চী‚গী অকোযবা যেংঙি হি হোনবা যাবা মফম থি থিহুনা চংলি হি হোল্লি। লাপ্পা উবদদি হি হোনবা ইয়া যাগদবোই নীংঙি। মনাক নক্লা চঙশিল্লবদি ফুমদি, কবোকং, তৌবাং যাম্না হৌরম্বগা হি হোনবা ইয়া য়াদে। অহুম ওইনমক কাবাং থুংনা কোয়বে য়েংলে।

কাবাং চীংগী অরাং চীংথৈ পাংখরোমদা চীংতুম মচা অমা লৈ। চীং মচাতুগী মমিং চীংদোমপোক কৌই হায়। মী তাঙ্গে। চীংতু মরু কোকলপ তৌই। লোইবী চীং মচা অতুগী মৈরম পাংবা নাপোমদা নাইতোম তরক লেপলি পামেন্দ উপাল কয়া চাউদবা অমা লোক্তাক লাইজা ঈপাল লাং মালং থঙ্গোল হুকচীকলাং। মফম অতুদা হাযবদি চী' মচা অতুদা মী তাদবগী মবম লৈ। মী লৈগে হাযতুনা হেক য়ুম শারুবদা লিন অনীথক থোবক্তুনা কোযচৎ চৎলৈ। মীদি থক শোক্তে হায। মতুদা কিনতুনা মীশিং মতুদা লৈনখিদে চেনখি। চহী কযা হৌরবা রাফমতু কাউনখ্রবা তু দা মী লৈগে খুন্দাগে হাযতুনা হোৎনরুই, থোবাং তৌরুই। মতুদস্থু লিন অনীতু হেক্তা থোরক্তুনা কোযচৎ চৎলৈ হায। মবম অতুদগী চীং অতুদা মী তাদবনি। অস্থুন্না চীংদোমপোকী মরমদা কারাংদা লৈরস্থা অহল লমনশিংনা তাকপীবকই।

রারী অমনা থারাপ নহা লাঙ্গৈরবনা সনাযারংচান্দা চীং-দোমপোক অসি য়োল্লম্মীস্থু হায়নৈ। মুন্না থংবা রারী নক্তে হাযনবদগী তাবনি। অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু চীংদোম-পোক হায়বা চীং অসিদা মী তাবা য়াদে। চীংতুদবু খুন্দাগে লৈগে হেক হোৎনরুবদা লিন অনীতু হেক্তা থোরকই হায়নৈ। শনাশন নহা পাখংশিংনা ঙহাক ফমতুনা পোৎথারিবৈভেদস্থু খঙহৌদনা মথোয় অনীতু থোরক্তুনা কোয়চৎ চৎলৈ হায়। শন্না হায়রবদা লিন অনীতুনা চীংদোমপোক শেন্নরি। মী পোং চঙবা

যাদে। লিন অনী অহু চীংদোমপোক্কী লমশেন তুশেনবা হায়বতুনি।

খুযোল মশোয়মাঙ, মশোয়বুঙ ব্লাহয অনীসি কবম্বনা অচুম্বনো হংবদা হাযরকই মখোয়না রাহয় অনীমক অমতনি অনীমক শীজিন্নৈ অনীমক হাযনৈ। ওজা ওজাগী 'অপাম্বনি। খুযোল হাওবগী মপম্ছো খুযোল খুম্ছোবেম্বা অওম্বনা চারম্বা শোয খুয়োল ঙৌবী মশোযবুঙ হাযনা কোলোযনবা অহু কাবাং লাইফম মকোক্তনি হাযনৈ। মসি কাবাংগী মফম কবম্বদনো হংবদা মখোযস্নু অশেংবা অচুম্বা মফমহু সিদনি হায়বা তাক-থোক্কে। স্নুব্লাঙ্গদনি হাযনবগুম তৌই স্নুবাইদা ওইরম্বা যাইতমক হায়। কেগে মোইরাংগী মপূক চেৎপা অহুবু থাগৎতবা ঙমখিদে।

যাইমা! নূবা যাইথিং কোম্নুনা খুযোল লেম্বা হাওববু হেক উবমক্তদা মনাই পোংম্নুদা হাযখিবা পেনা শকপনা খোং-জোম পর্ব্ব শকপনা শক্লব্রিবা ব্লাহযশিংহু নঙ নীংশিংলিবরা? হাযনা ঐনা হংবদা মানা ইরায় লাযনা য়াম্না য়াংনা খুমদো রকই— খঙদে, কাউব্রেবো হায়না। ইচেনা নীংশিংলবদি হাযদোকও ঐ ঈশৈ ওইনা শক্তোক্কে। হি হোনবা ব্লারে পোংথাবা ওইনা। ঈশৈ নোংমাই খবা যাওদ্রগস্নু রোসা লৈতে হাযবনি।

য়াইমনা ঈশৈ ওইনা শক্কে হায়রবদি অফবা শৈরেংমখে খীবা তারেদনা হাযহুনা শৈরেং ময়াম খীবা হোই, মরিংগী তেন্দি

হুপুবা, য়ারৌ শঙাই মখোও মরী পানবদা থাগদবা তেন অদো, মুজা থম্মোয় লকা থুম্না, পাল্লীকা চান্নবী।" মতু তাবদা যাইমনা নোক্নুনা—হাওবনা কাপলকপা তেন ওইবমনি। ইচেদি চিনফাবু ফজনা পুরিনে। সৈত্য ইচেসে স্কুলদকা চিনফা থীনবদা মকোক্তা তাবমগদবা মাল্লি। ঐখোয়দিনে হৌজিক হাযখিবদো হৌজিক হেক্তা কাউই।

চিনফাবুদি থাম লৈবিজাংনি। থীখোবাও হা যাইমা ?

থীখোনে ইচে ফারদি। ঐ ঈশৈ ওইনা মথং মথং শক্কে।

অহুদগী ঐনা রারী মতেক অমা লী। নূরা যাইথিং কোম্নু শকহেনবীনা খুযোল লেম্বা হাওবগী মু.শি মৈরিনা মুজা থম্মোয রাযবক্লবদা খুযোল মকাদা ফোঙদোকপদি ওমজদা মনাই পোংন্নু যেংঙদনা ইবেম্মনা হায়খি—হায পো মু অচানবী, মরম্না লমলেন লমম্নুংশি, লমলেম্না তোর্ব্বুংগী লমদমনিদো তোপোকপীগী খোঙম্নুংনি খোইঙৌ যেনগী লমদমদা, খোইঙৌ চীংগী চীংথক্তা, লমজাউ থাম্বী মৈহৌরে, মরৈ শাবা তাঙ্গাইন্না কোরৌ রাংনা পাইরিবসে, কনানা থাবা মৈনোকো, অচানবী য়েংঙ্নে নঙবো।"

যাইমনা—চিনফাদি ইচে ফাস্ট ক্লাসনিনা। পাথং লৈশা ঙাংনবদো ইচেদি লোইনা ফায় হায়রানি।

ঐনা—অহুবুদি পেনা শকপা, খোংজোম পর্ব্ব শকপা

মীনা ফানরিসিনিদনা। ঙাইখো য়াইমা ঐনা ভাব তাদবা অমা লৈবে মরৈ শাবা তাঙ্গোই হাযনরিবসি করি হায়রিবনো ?

মরৈ শাবা তাঙ্গোই হায়বদি তাঙ্গোইনা মরৈ মরৈ লৈত্নুনা মৈশা মৈনিন মরক্তুদা পাইথৎলিদনা মাযগৈ শালাই খঙদনা পঙ্খংযম খঙদনা অত্নুবুনি মরৈ শাবা তঙ্গোই হায়নরিসি। হিন্নুংদা তোংলিবা মথৈনস্থু অমত্তা ওইনা মালি মাল্লি চুম্মী চুম্মী হায়নরকই। য়াইমনা মরক্তুদা থেংচিল্লকই—হাওবনা লম্মৈ থাবদা কোন্নু চাকথেক্তুনা তাঙ্গোই ওইনা তোর্বুং য়ৌনা পাইখ্রেদনা। পাথং লৈশাবী হাযবসিদি সি ঙাক্তনি। পুল্লী লৈপুল শেমগদগী পোপা থীনরিবনি লৈপুল পরৈ লাক্লবা। হা ইচে করি হাযগে?

যাইমনা যৌখিবনা হানবা তারে ঐ ঈশৈ শকহৌররোই ইচে ঈশৈ হৌরগে হাযবকই। অত্নুগা ঈশৈ মাযক মাঙথ্রবদি ইচেনা খরা খবা পাংবিবকউ হায। ঈশৈ শকপা হৌরে। যাইমগী খোনগায, তানগাই ময়ামত্নু তাবদা হিন্নুংদা তোংলিবা ময়ামদো মচিন খুম খুমত্নুনা নোকপা থাঙডি। খরা শক্লগা ব্রা'র হি তোনবনে করিনে তোক্লগে ঈশৈ লোইশিল্লগে হাযরে। তোকহন্নীংত্নুনা লৈরম্বা মযামত্নুনা ফরে ফরে য়ারে ব্রারম্মনি পোংথারো হাযরকই। ময়ামত্নুনা নীংলিবা হায়রিবত্নু য়াইমা ভাব তারমগত্রা তারমলোইদরা মত্নুদি খঙত্রে। য়াইমা লোইনা হৈ লোইনা খঙডি হায়বসিমদি মহাক ঐঙোন্দা উৎনীংবনি।

ঐনা হায়—ঐদি য়াইমা লোক্তাক খোঙলুং অসিদা য়েংনীংবা মফম অমা ব্রাংলিনে।

কদায়দনো ? করিনো হাংলিববো ?

কৈবুল লমজাউ।

ঐস্থূ য়াওনি। ঐগা চংসি ঐগী ইন্দা। হি রায়বগী পৈশাস্থু তিংলরোই নহানদোনা। ওসি অসিমস্থু ঐগীদা পোংথারো। অদুগা হয়েং অয়ুক ওস্তা হৌগংতুনা কৈবুল লমজাউ পাংলসি। কৈবুল লমজাউনা ঐগা য়াম লুনা তিন্নবা চাক চাকলুক অমতদা চাক চামিন্নবা ঐগী মরুপ অমা লৈ। মাগীদা ঐখোয় চাক চাগনি হায়রুনা চাক থোংহলম্লগা ঐখোয়না মরক অতুদা চাক ওাইবা ওইনা কৈবুল লমজাউ থুংনবা য়েংলুরগা লোইববত্তুবা।

কৈবুল লমজাউ য়ৌরে। য়েংবা হৌরে। মনাক অতুদা লৈরম্বা অহল লমনশিং অতুদা হংডি করিদগী কৈবুল লমজাউ হায়না কৌবিবনো। অহলশিং অতুনা ওস্থোকনা হবাওমা তাকলকই— ইচাশা তারো। লোইবীনা পল্লোন খারিবা কংলৈ পাক অসিগী খা নোংচুপ পাংবদনি লোক্তাক পাংনা লৈরিবসি। লাইজা ঈরেল মাপলগী ঈতাফম্নি ঈতিনফম্নি। লোক মাপলগী ঈশিং পুম্নমক মহৈ মহৈ চেস্থনরক্লগা লোক্তাক্তা ওম্না তারৈ। লোক ময়ামগী তাফম্নি তাক্লফম্নি হায়রুনা লোক্তাক হায়না থোনখ্রিবনিনে ইচাশা। মফম অসি থায়না মমাঙউৈডদদি য়াম্না শোওলম্মী হায়নৈ। শা কৈনা পীক থম্না লৈরম্মী। কৈবুল হায়বা লম অসি লোক্তাক পাংকী খারম পাংবদা লৈবনি। লোক্তাক্কী লাইজা ঈনোং ফংবা শরেন কুম্বীনা পাক্না শম্না

তাউবা লমনি। লোইবী চীং লৈরিবসিগী চীংখোঙদা তময়াদা পাম্বা কৈরেল মযাম্না চাক্তারম্মী লৈরম্মী হায়বদগী কৈবুল লমজাউ হায়না কেগে মোইরাং লৈবাক্কী মীনা কোলোয় মিং-থোনখিবনি হাযনৈ।

হৌজিক্তি পাম্বা কৈ লৈখিদ্রে। য়ারৌ শঙাইতমক মঙাইহৌরে। শাসিমক হায়বদি শঙাইসিমক মালেমগী মফম অতৈদা লৈতে মফম অসিতদমক লৈ হাযনৈ। ঐখোয়দি অহল মতম ওইরক্লবনিনা মিৎ নাগা ফৎচিল্লক্রে ইচাশা ইশুশা কয়া মুন্না খঙদ্রেনে। ঐখোয়না খঙবা তাবা হায়বব্ শঙাই লৈরিবা লম মখৈ সবকারগী লম ওইখ্রে। ঙাক শেনবা পুম্নমক সরকারগী মীনা তৌখ্রে হাযনে। যেংবনি হাযত্থনা সাহেব অঙৌবকাস্থু য়াম লাকই অত্থুগা ময়াং অমুবস্থু লাকই। ইশু হেক শুনা লাকই। ইচাশিংস্থু শঙাই য়েংবা লাক্লিবা নত্রাও?

ঐখোযগী মবক্তগী অমনা মাল্লি হায়না খুম্মী। ঐনা মথা তাথৈ যেংবতা নত্তে ব্রারী ব্রাখোঙ পুম্নমক হাযবদি লম্নদম অসিগী থায়নগী ব্রারী খঙনীংত্থনা খুডাখোয ইপলহোয়দগী হুংজগে অত্থুগা খঙজগে হায়ত্থনা লাকচবনি

ইশুশা। অহলশিং অত্থনা হায় নখোয়দি অঙাংনিনা থাযনগী ব্রারী খঙলমলোইনে। শঙাইগা তাইবঙমী ঐখোয়গা থানবা য়াদবা মরম কয়া লৈবনিকো নহোয় খঙজিল্লু। তাইবং মীনা য়ারৌ শাবু ওনখিবা। য়ারৌ শানা তাইবং মীবু পোক-খিবগী ব্রারী কয়া লৈরিনে। লুব্রাং নিংথৌ পুল্লীবগী শঙাইগা

মরী লৈনবগী য়ারী কয়াস্থু লৈ। হৌজিক ওহাক উনবসিদদি য়ারীতু শাবা লোইরোই। নখোয়না খঙনীংলবদি অমুক লাকখোনে। কৈবুল অসিদা শঙাই যাম্না লৈবনি। নিংথম থানিনা মখোয় খায়দা পংথোক থোক্লরোই। নাপি শীংনা কোকপনিনা হাযরিবা। ঈপান থাদা মনা মশী' অনৌবা চাবা কম্বোং মপাল চাবা থোরক্কনি। মতম অতুদা শাশিংদো নীংথিনা উবা ফ গনি।

ঐখোয়না মহোয়দা করিস্থু তৌবীরুদবনিনা হায়বা মখোযদি ঐখোযগী যেনখা লুখাদা, কৈখাদা কুন্দুনা লৈবস্থু যাউই। তাইবং মীনা হিংলিমখৈদি মখোযস্থুনে মালেম অসি-দগী মাওথিরোই। মাওফমবা য়াম্বী শানিকো। লাইজাচাদি কম্বো না চিন্দমনা শরেন ফুম্বী মথক্তা য়াতাবী শানি, ঐখোয়নস্থু—শাদোমপোক অসি যাম্না অতাওবনি, মালেমদা অমতা লৈত্রবা মখলনি। মাওফমবা শানি হায়না হায়।

কৈবুল লমজাউদগী হল্লকপদা য়াইমনা ঐঙোন্দা হংঙি—ইচেনা অস্থুক থরাই তানা কুপথনা লোক্তাক্তা থোকখিবা থৌদোক রাথোক য়ারী রাখোঙ মযাম থিরিবা অসি করিগীনো?

ঐনা খুম্মী – সিনেমা অমা নমগে হায়না খল্লি। মতুগীদমক থিজৌল্লিবনি। লোক্তাক যেংবা থিঙিনবা মসিনা লোইবা নত্রি। অতুম মবীরক লাকথিগে থিরখিগে হায়না খল্লি।

ইচেবু লোৌবা জীব গাড়ী লাকথিগদবা নত্রাও?

লাক্লোই।

করিগী ?

লম্নাই থবক্তা সরকারগী গাডী শিজীন্নবা ম্রাদে। গুলি ঐখোয় অনীনা লাক্লিবা অসি লম্নাইগী থবকনি।

ঐদি সরকারগী থবক ওইরবোই নীংঙি। নত্তবোরে।

নত্তে। সিনেমা অমতং নমগে খনবনি। লোক্তাকা তোর্বুংগা মরী লৈনদ্রা।

অওইবরনে ?

অওইবনি। তোর্বুংদসু ঐ চৎলুখিগনি।

সিনেমাদে। ঐ য়াওগনি। ঐ অমুক্তং ফিল্ম কুমগে হায়রবা'স কুইববনি থল্লকইবা। তান য়াম চারে। ইচেনা লোক্তাক য়েংগে ফিল্ম নমা'গ হাযবদো। লোক্তাকী মথৈদি হি ঐগী দায়। ঐগী হি লৈদনা হিদো ফিল্ম নম্বা লোইত্রিফাও ক্রি।

তোর্বুং চৎপদি নত্ত য়াওরোইদ্রাও ?

তোর্বুংদি ঐ য়াওরোই। খুল অতুদা ঐপা থওনবা মী অমফাও লৈতে অতুনা চৎনীংদে। লোক্তাকীদি ঐগী দায় হায়রিসিনী।

ঐ মোইরাংদগী বস তোংছনা চৎপ্রাগে নওনা হিদা কারাং-ফাও হোনখিবা তা'রনে।

ঐ মোইরাংফাও ইচেবু খিনগনি। নত্তোমতা করম্না সিদগী চৎকনি ? ঐদি ইচে লৌবা গাডী লাকখিগদবোই নীংলুরে।

নত্ত কারাং ম্নোবা থেংলোইদ্রবাও ?

থেঙলোই। ইচে য়াওত্রবনিনা লম্বী অশম অশম্বদা য়াওনা হোন্দুনা ঐখোয় অনী চৎখিদবনি। ম্নোখিববু খঙ-হৌরোই।

ম্নাইমা লৈহৌরে। ঐনা যুমদা হাইগৎলক্নে। মতুংদা লোক্তাক ৪/৫ রক যেংলুরে। তোর্ব্বংস্থ ফনা য়াম্না চৎলুরে।

ইকোন কোনবদা ঐনা ইহান হাম্না নোংমা ফমখিবা খুগা তুরেলগী তোর্ব্বান্দুদা ফম্নরে। খুগা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা ফম্না ফম্না তারকপশুম তৌই পিক্লবা উচেক মচা অমনা খোংবা। অরেম্না লৈতনা থরাই শোক্লা খোংলি— থাদোই থাদোই পিথাদোই। লোক্তাক লৈমগী মমোমলোয় তোর্ব্বং লমলেন লমম্নুংশিদা লৈরাং লৈশাং তম্নগা নীংজবা আশাগী পনথুং য়োদনা নীংবা কায়বগী পোৎলুম পুতুন' মপাম লমদম লোক্তাক পাংখিবী ঐগী 'লাংলেন থাদোই।" কারাং থেঙা চৌংগী চীংখোঙদা লোক্তাক লাইজা ঈপাল লাং লৈথি ঐগী থম্মোয়গী থাদোই।

৬

# কৈনা খোংলম্লবা মী

ঐখোয মোরেদগী হল্লকপনি। লোকচাও মপা হেক য়ৌরকপদা মম্নুংদা তোংলিবা মী মথৈনা গাড়ী অমুক্তা খাম্বীয়ু হায়। গাড়ী খাম্মী। লিংদীন, হুংশা, ওমহু, সংশীল মখোয় মরীমক গাড়ীদগী চোংথত্না কুমথখি। মখোয়না কুমথরিবগী মরমদি লোকচাওদগী ব্রানৌ থেকদৌরিনী। মখোযনা হায়— ওজা লোকচাওগী ব্রানৌদি য়াম হাউবনে। ব্রা হাউবসে লোকচাওশীনা ইহেল হেল্লীশ্নু হাযনৈ। সংশীলদি ব্রা কয়া ভাংগন্দে। মানা তপ্না মখোয় অহুম্না ব্রা থেক্লিবসি যেংঙ্সি হায় ঐভোন্দা। মখোয অহুম্না ব্রানৌ থেক্লিবা অহুগী মনাক্তা চংলি ঐখোয় অনী। মখোয়না ব্রা থেকপহু য়েংলি। অা মখা যৌনা কুমথহ্নসু থেকই। ফনা য়াম্না থেক্লে। মখোয়না পুখিবা খাউশিং অহু থনবা উরে। ঐনা মথক্তগী লাউথৈ— হো লাকলো। ওক্লে। চাবা ওম্মরোইয়ে য়াম্মল্লে। ফনা য়াম্না থেক্লকই মখোয় মখোয়না পায়খিবা খাউশিংহু থম্না থম্না পুনরকই।

চৎলে ফনা শাংনা। গাডী মমুংহু মখোয মরীনা রানৌ থেকপগী থেক্লকপগী রারীনা নিম্নী লাগুডি ফনা কন্না। খোঙখাঙ মপা যৌরে শোইবুম লৈখিসি হায়নরক্রে। ওমন্নুনা হায— ওজা খুন মমুংদা চঙখিসি ঐখোযনা চঙখিবদা মখোয় হরাও হরাও শোয়দনা তৌগনি। মখোয়গী খুনগী শেন্দান সম্বীগী শেন্থং ওইনবা লুপা ১০০ স্থ পীখি। মখোয়গী খুলগী মুপীমচা অমস্থু শিন্দম লৌহনখি। ট্রেনীং অহু ওম্নবা তুংদা ফুরিং তুনবা কোন অমস্থু মুপীমচাহুদা পীখিবনী ঐখোয়গী ল্লোক্না।

ফবে হাযনহুনা ঐখোয় খোঙখাঙ খুল মথক্তা কাৎংলে। পংরাং বাংবা চীং নত্রবস্থ খব ওম্বনিনা ঐ খ্বাইগী তুংদা লেহৌই। কারিবহুগী তংখায চল্লকপগী অহুরাইদগী হৌনা শোইবুম মনম নম্বা হৌবক্লে। খোঙখাঙ খুল যৌরে। উইমেন সোসাইটিগী মেম্ববশিং অহুনা করিগী পাউ পীরক্তনা লাকপনো হাযনা হংডি।

ঐনা খুম্মী— ঐদি পাউ হান্না পীবগা খক চৎতে। পাউ ফংলবদি থবক স্থকতৌ তৌত্রবস্থ তৌবা শাহুনা লৈরমগনি। অহুনা থবক নীংথিনা চাং নাইনা শুববা শুদবরা যেংগে হায়হুনা লাকপনি হাযজিল্লে। শোইবুম লৈগে হাযহুনা চঙলকপনি হাযবদি যাদবনিনা। মহুদা মখাযস্থ থাজবে। নাখাযনা থবক শুহুনা লৈরম্বা অসি উবদা ঐহাক য়াম হবাওবে ঘুংঙাইরে হায়।

খোঙখাঙ খুল য়ুমনাক ফনা য়াম্না তাই। খুল অতুদা লৈবা যুম চঙ চঙতুনা য়েংলুই। শোইবুম অনম্বা পোঙ্লাং অচৌবনা য়েনখা লুখা ইমুং মন্নুং পুমথল থল্লি। শম্মা হায়রবদা খোঙখাঙ খুল অতু শোইবুম মনম্মা মুংশিং ওইনা শিংললি। মী ফাওবা শোইবুম মনম নম্বোই নীংঙি খুল অতুদা চঙবু চঙল্লুরবদি।

ঐখোয়না শোইবুম লৈগে হায। অতুদা মহোযনা অবীবনা হাউগনি অরীবা পুখো অনৌবদি পীজনীংদে হায়তুনা শোইবুম অরিবা টিন অমা পুখোরকই। মমল কযানো হংবদা মমল লৌরোই ওজানিদা খুদোল তমজবনি হায়। ঐখোযনা মমল পীরমগে হায মহোয়না লোবোই হায। ঙহাক ইন্নতুনা লৈরে। য়াম্মলক্রবা অতুদা অতোপ্পা টিন অমা মমল পীরমতুনা লৈরকই অতুগা মীগী তপলকপনি হাযজিল্লম্মী।

ঐখোয় খোঙখাঙদগী হল্লক্লে। লীরা চংনীং য়োরে। শোইবুম ইবোনবা অমগা লোকচাওদগী থেক্লকপা রানৌগা ঙাগা থোংগদৌরি। মখোয মবী চাক থোংবগী ইনশাং থোংবগী লাওবদা অমনা হাম্নবা অমনা তাদে লাঙলি। চাক ইনশাংদো থোংবা লোইতুনা চারে। ওম্বোকনা হাউরে রানা চংলুবগা লামনা চাবগনা ওইবরা থঙদে। অতুগা রানৌ অতু তংথায মরী থোক্লা খায়রগা ঙাগা থোংবা অতুদি হাওবনা মহানি ঙাদগীসু হেন্না হাউই।

লীৱা চংনীংদা অহীং অতুমা লেকলে। নোংঙাল্লগা চাওন চারগা চকপী কারোং পাংলে। মখোয় অহুমদি মখোয় মখোয়গী ল্লোক খোজ্জবনিনা লৈহৌরে। তুংশাগা ঐগা চংলে। চকপী কারোংগী খোংহু লাম্থাক্লগা মাইল ৪/৫ চংলগা লৈবা খুল অমনি। খুলগী মমিংনচিংবা কাউথোকখরে ইশিনখিবা দাযেরীস্থু ঈশিং চাউবদা মাওথোকখ্রে চকপী কারোংদগী খরা চংলগা ঈচেল কংলি কংলি তৌবা তুরেল মচা অমা লৈবম্মী। ইপান থাদদি চাউবম্বা যাই। মতুগী তুরেল খোঙহুং অহু জিবনা কুমহুনা লাল্লগা চংলি। গাড়ী লম্বী লৈতে খোঙ লম্বীদি ফজনা লৈ। গাড়ী লম্বী লৈত্রবস্থু গাড়ীদি চংপা অতুম মযাই। উচিন নাচিল্লা ঐখোযনা লাক্লিবা অহুগী লমথুংদি য়ৌরে। গাড়ী থামলে। তুংশা গাড়ীদগী কুমথবগা চংখ্রে। ওহাক্তনি ঐবু লৈরমখো হাযবম্মী।

তুংশানা চংখিবা ওহাক লৈরগা গাড়ী লৌরে লাক্লো পুরক্লো গাড়ীদা থাঙ্গৎলসি হাযনা মবাও মবাও তৌনবকই। অহুদগী ফিনা কুপ্লগা মী অমা মমাযদমক হাংদোক্লগা মযাম চংহুনা শগাই অমদা হাপতুনা পুথোরকই। থাহুনা লৈবিবা ঐগী জীব গাড়ী মথক্তা হাপকংলি। অনাবা অহু হুপানি। মমিং পাওলিবহু উবদগী খওবা ওম্মী মহুদি অনাবা আদো শদো খোংলবা অনাবনি। অনাবহুগী মতুং ইল্লা চংকদৌরিবা মী মখৈস্থু ওয়া গাড়ী কাখংলে। ড্রাইভরগা ঐগা লোপতুনা য়ে ভি মখোয়না তৌরিবা ময়ামহু। ঐখোয় অনীস্থু য়েংনৈ মরক

মরক্তা। ভাব লোইনা তানৈ ব্রাদি ডাণ্ডথোক্লদে তৌরিবত্থু উবদা করিবু হায়রুনি তুমিন্না যে বা নত্তুনা।

গাড়ী মনুংদগী মুমী-অমনা কৌরকই "হো ড্রাইভর বাবু লাকও চৎলসে। অশোকপসে শিবা যানা লৈবগনে। মুগন্নুগী ডাক্তরদদি অমুক্তা যৌহৌসে।"

ব্রাহ্ম তাবদা ড্রাইভরনা ঐডোন্দা য়েংওকই। ব্রাদি ডাণ্ডদে কমদৌগদগে হায়রবা মও, মাল্লি।

তানজা অত্তুদা গুগন্নুদগী গাড়ী বাইনি হাযত্তুনা চৎখিবা মুপা অদে৷ হল্লকই। মহাক চেন্না চেন্না লাকই। মতৌহু মুংশা থীবা যাম মাল্লি। খোব থাবৎ থবেৎ হোন্দুনা হায—"গুগন্নুদা গাড়ী অমত্তা ব্রাইবা ফংদে কমতৌনি? ঐদি মযাম অনাবা পুথোক্নুনা গাড়ী পুরকপা ডাইরিবোই নীংভি ফরেতা কত্তাইতগী ব্রাইকবা জিপনো সিপো?" পাযত্নুনা যে ঙি নাল্লি "মসিতি জিপ অতৈদগী শাংবা হেল্লিনা। ফাগ্রতা অশোকপা মীসে মখোঙ তিংথোক্নুনা হিপ্না চল্লি হাযবানি। নাহাযকো ডাক্তরদা থুনা য়েনবা চৎকো। ঐদি য়াম বাবে পোৎথাহোরগে।"

মাগী ব্রাহ্ম তাবদা অহল অমনা "ঐখোযদি নঙনা ব্রাইরকপা গাড়ীনি হায়ত্নুনা অশোকপা মীসে থাঙ্গৎতুনা চৎকদবগী ডাইত্নুনা লৈরে। নঙনা ব্রাইরকপা গাড়ী নত্তবোরে। কমদৌনি সিদে? কনাগী গাড়ীনোনে সিবো?"

মুপাক্তুনা "ঐতি ভসাইনা কারি ৱাইপা ফংতে হায়গ্রেনা। ঐ লাকত্রিবৈঙেদা নখোয়না তৌরম্বনি। কনাগী কারিনো ঐতি খঙতে।"

মরক অসিদা ছুংশা হল্লক্লে। তৌরমলিবা মওংছু উবদা মান। ঙক্লতুনা হংলকই, "ওজা তৌরিসিদি করিনো? করি তৌরিনো?"

খঙদে হায়না ঐনা তপ্পা খুম্মী।

"ঐদি উইম্যান সোসাইটিগী চেয়ারম্যানগা সেক্রেটারিগা উনরুবনি, ওজা লাকই হায়তুনা মহোয়দা পাউ পীরুবনি। মখোয়গী ময়ুমদি গাড়ী চঙবা যাবা লম্বী লৈতে।" হায়রগা যাম্না শাউনা লৈবমলিবা ময়াম অমসুং গাড়ী মন্নু দা তোংলিবা পূম্নমক্তা যেংলগা হায়বকই—নখোয়না সরকারগী গাড়ীবু লন্নাইগীদৌনা শীজিনবদি কদাইদগী য়াগদগে? অফিসারসু তাক্লনা নখোয়না হেক্তা গাড়ীদা কাখৎপা যাব্রাও?

ঐঙোন্দা ওনশিল্লকুনা হংঙকই— ওজা গাড়ীদা মন্নাম কাখৎতুনা তোংলিবাসি ওজাদা হায়রগা তোংব্রা? কনাদা হায়রগা তোংলিবনো?

হায়দে। কনাদসু হায়দে।

ছুংশানা হায় গাড়ীসি সরকারগীনি। ওজাদা হায়রমদনা করিগী তোংবনো?

ছুংশাগী ৱাহৈ তাবদা ময়াম পূম্নমক ইঙক ঙক্লে। তুমিন তুমিন লৈনৈ। অহৈদগী অহল অমনা— কমদৌনি য়াদে

হায়রনিনা থাংথবা তারেদনা। অদুবু অমুক্তদি থম্বিবু অশোকপসি পুগদবা গুগমুগী ডাক্তর ফাওবদনি। গাড়ী অদে রাইবসু ফংদ্রে। য়ারবদি থর পুবিরম্মুনে। মুমিং হুমনি গুরবনি জংগোলদা শা থিবা চৎপদা কৈনা শোকপনি। নীপা অমিনা কৈ অদু শিরে হৌগৎলক্লরোই হায়না থৌশাদনা চওশিল্লুবদা কৈ অদুনা হৌগৎলক্লুনা লাক্কে তৌবনি। মদুদা মথোয অনী নম্নবনি। কৈদুবুদি মানা ওমদুনা হাৎলে। লাক্লবদা কৈদুনা থরা থোৎলম্লে মশাসি ঈহিং নাহীং শারবনি কৈদু হাইফেং চাউবে। অদুনা শাথীনা শোকপনি। ওসি হুমনি পুরা গুরবনি লম্লাইগী হিদাক লাংথক তৌদুনা হোৎনবা। অদুবু ফত্রে। ময়াম্না ডাক্তরদা পুদুনা যেংসি মুপাসিগী মথরাইদদি কনবা ওস্রা যেংসি হায়দুনা খুলনা তৌবনি। তুংশা নওনা নখোযগী সাহেবসি য়ানবা থরা ওাওনৌনে।”

রাদু তাবদা তুংশা মমায ঐওোন্দা গুনশিন্দুনা যেংলকই। মহাক ওাওথোক্রবসু মানা হায়নীংলিবা অদু ঐ ভাব তায। ঐনা অশোক অনা য়েংনদবা য়াব্রাও ? যেংনগদবনি। অশোক অনাগীদমক্তি সরকারগী গাড়ী শীজিন্নবা য়াই অকায়বা লৈতে। ঐগী পাউথুম তাবদা তুংশা মযা ইহী হীগৎনা নোকই। কুইথ-রবদি কযা খুদোং চারোই অদুনা তুংশা গাড়ী কাথৎলো চৎলসি হায়বদু তাবদা লৈরিবা ময়ামদো হরাওই মাযথোঙ মকা লাম্লে। লৈহৌরিবা ময়ামদুনা হায়হৌই— সাহেব নওবু

ঈশ্বরনা থৌজানবিসম্নুকো। থরা অমনা ওজানী মড ফোকো। থর অমনা ইচে পুন্সীবুকো। হায়রোই।

ঐখোয়গী গাড়ী গুগন্নু ডাক্তরখানা পাংনা থোরক্লে।

গাডী মন্নুং অদো ফম্বা য়াদে নমথীবনা। হুম্নিং হুমনি ঈরু মান্নথজদ্রবা ঈহীং নাইহীংনা মশা অপুন্বা তৈববা, হুমাংনা চনপ খোইনপ্পরবা হুকচাংনি করিগীম্নু নমথিরোই। হুংশাগা ঐগা গুগন্নু যৌফাও নাতোন মেন্দুনা চংলি। গুগন্নুগী ডাক্তর-য়োবে। অশোকপা অনাবহু ময়াম চগুহুনা গাডীদগী থাংথরে। মতম অহুদা ডাক্তরখানা অহুদা ডাক্তর অমতা লৈরমদে। রা থরা থরা ভাঙনবা য়াবা মী হায়ববু কম্পাউন্দর অমগা নর্স অমগা লৈরম্মী।

ডাক্তর কদায় চংখি থোরক্লিব্রা হংবদা মখোয় অমগা অমগা য়েংনৈ। ওহাক য়েংনবগা খুম্মকই চিনখুম অমতা মান্নদে অমনা মিটিং য়াওবা চংগ্রি অমনা হিদাক লৌবা ইস্ফাল-দা কাখি অসিনচিংবা।

অশোকপা অনাবহু নর্সকা কম্পাউন্দবগা অনী অহুনা চামথোক খোংতোক তৌহুনা হিদাক তৌহোই। হুংশাগা ঐখোয় অনীদি হাইগৎলক্লে। থবক অমতা ঐখোয়গী ওইনা পাংথোক্লমদ্রে।

লম্বীদা গাডী মন্নুংদা হুংশানা হায— ওজা ঐ য়াম শাউ-নীংঙি। হুংঙাইতে।

করিগী ?

অত্তুক চাউবা হোসপিতাল অমা লৈরগবু ডাঃ অমত্তন্থ নত্তে ২/৩ নি লৈরিবা। মখোয় ২/৩ লৈরিবু করিগীনো হায়রবা মখোয় অমতা লৈত্রিবো? অমা লৈহৌবা য়াত্রাও? নত্তে ওজা ইমরজেনসী অমা লাক্লবদি কমদৌনি হায়রবা? ঐখোয়না ওসি পুরকলিবা অসিস্থ ইমরজেনসী নত্রনে?

য়াম্না চুমথ্রবা ৱানি। অত্তুদা মখোয়গীস্থ অচিনবা খুদোং চাদবা কযা লৈরম্বা যাই। ঐ ইন্ফাল যৌবগা বাম্মুনি সাহেবতা রিপোর্ট তৌরুগে।

ফৈনে ওজা মত্তুদা শোযদনবা কো। ওজা ঐ পলেন লমথাইদা কুমহৌগে। ওজানা রিপোর্টতো খরা থুনা শোযদনবকো ওজা।

নওবু পলেন লমথাইদগী করিনা চংকদগে?

বসনা। লাইন বস ওহাক লৈত্না চেনবনে। মত্তুদা তোংত্থনা চংখিগে ৱারোইয়ে।

অম্নুম্না হাযত্থনা তুংশা পলেন লমথাইদা কুমহৌরে। ঐ হাইগংলক্লে।

চহী ২/৩ হৌখ্রে। নোংমা চকপী কাবোংগী মী অমা থেংনৈ। কৈনা খোংলম্লবা মীত্থ শুগস্থ য়ৌনবা হোংনবা, লাওবদা য়াওবা মীওইনি হাযবা ঐহাক মুম্না খণ্ডি। ঐনা মওোন্দা হংভি চহী ২/৩ গী মমাঙদা কৈগা মুক্লা শানরুবা স্নপাদো করম তৌখ্রে? শিখ্রবরা? হায়না ঐনা নোক্লনা হংবনি।

ঐহাক্ন নোকপচ্ছ্না মাস্থু মায়খোঙ মকা লামনা নোক্তুনা হাষরকই— স্থুমিং অতুত্তনে মেম সাহেব নঙ লাকলমত্রবদি মা হিংপকী রা লৈতে। হৌজিক্তি মহাক ফয়ে। মহৌশাকুম তৌরে। মশাস্থ ফগ্রে। অতুকনে মেম সাহেব। অশাকপা থমপা চঙবদা ডাক্তোর অমতা লৈরমতেদনা অদো স্থুমিতাং রাইরমত্তদি মখোয় লোইনা লাকখ্রেনহৈ। মখোয় মথং মথং উচেকতৌনকো পাইনরকপনি। ডাক্তোরশিংতুনস্থু যাম্না ফজনা য়েংশিপনিকো। স্থুংঙাইয়ে। মেম সাহেব নঙ পুন্সীখোকো। ঈশ্বরনা চানপিকনিদা নঙপুতি।

৭

# ইবেন মায়োগী লৈ পরেং

অযুক্কী পুং ১০ৡ তারে মতমদো। জিরি তুরেলনি। জিরিঘাটতগী হি তোংতুনা বডবেক্কবা তান্না চংকদৌরিবনি। ল্লোযনতুনা চংমিন্নগদৌরিবনা অক্ষযবাবুগা আরতিগনি। জিরি- ঘাটতা হি অনী থক ঐখোয়বু ওাইতুনা লৈরম্মী। হি অনী অতু অমনা খরা চাউই অমনা খরা পীকই। অক্ষয়গা আরতিগা চান থক্লবা, পোং চৈ স্তোবনচিংবা অতৈ অতৈগা বেডীংগা কোন্ননা হি অচৌবা অতুদা কাথংলি। ঐবুনা খব পীকপা হিতুদা তোংহল্লি। ঐনা তোংলিবা হিতুদা ঐগী বেদীং হাপচিল্লি। খরা চংলগা হি অনীতু চিকশিন্নে আরতি ঐগী হিদা কাল্লকই চঙলক্লগা ঐগী বেদীং তিংথোক্লুনা হিন্নুং অতুদা ঐগী ফমুং থাই। ফজনা থাই শেন্মী ফমুংতু। অতুগা আরতিনা হায— দিদি সিদা হিপতুনা পোংথাও। হাযরম্মগা মহাক হি অতোপ্পা অতুদা অমুক কাম্থোক্লগা চংখ্রে। অমতুদা মহাক তোংখ্রে।

ওহাক ফমতুনা মহৌশাগী ফজবা যেংলি। হি হোনবস্থ হি হোল্লি। হিনা জিরি জিরি ঈশিংদা চ্যেনবা য়েংবা হুংঙাই

ফজৈ। করি করিগুম্বদম্ থু ঙা মচাশিংনা অরুবা ঈশিংদা শান্নবা ভান্নবম্ভু উই। তোর্ব্বান য়েংলোম মাযরোম অনীমক চপ ঙমনা হাইগংঙ্খি। মফম থরদি অম্বুকী মতীক ঙমই মী কাবক্কাও য়ারমলোই ঙমগ্রে। থরদনা হিদেন তাফম উবা ফংঙি। মী ঈরুরম্বা, ফি শূরম্বা থেংনদবা নত্তে। অতুন্না চংপা খোঙচং অদো মতুনা ঐগী পুন্নীদা চংপা অহানবা খোঙচংনি। ওম্বোক্কা মুংঙাইগ্রে হিগী খোঙচং অদো।

চাক তোক্লকপগী তুম্নীংবা থরা থরা ফাওরকলে। আর-তিনা ফজনা থাবিরম্নবা ফমুং অতুদা হিপথার মুংঙাইনা খোঙ তিংখোক্তুনা। তুমথরুরমাল্লে ঙাহাক তুরেল ঈশিংগী ঈমাদদা শিংপা নামিবা মাগী ঈথক মচা মচাগী নাওশূম ঈশৈহনা শুমহনা। মিকপ থোরকপদা পূ, ৪ই তাবমলে। আরতিন।— দিদি চা খান। চা সিদা লৈরে হাযহুনা হিহু চিকসিন্নরগা চা পুসিল্লকই। তুম হৌগংলকপদা চা অশাবা থকপসিদি নিংথম থাগা ওইবে করিদা হাযরুনি। চাদো হাউস্লু হাউগ্রে। চা মনা চিনি, শঙ্গোম জুং চানা হাপলমনি অতুনা হাউবা ওইবা তায়।

মুংখিল মুমিদাংবাইগী চা থকপা লোইবহুনা ফম্লি খুৎ থদাং শৌরহুনা। করি করিনো লাওলি অক্ষয় বাবুগা আর-তিগা। মুমিং তাত্রিঙৈদা চাক থোংলগা চাখোকহৌবসি অসিনচিংবা। অমনা স্তোব থাগংথরে। অমনা হরাই মল্লি। মখোয়গী থাদোকপা যাত্রবা দাল ভাত শবজী শেমলি

আরৱিনা। ভাজা অমস্তু তৌরি থামেন নত্রগা পুতল ওইরম্বা মাই।

ঙহাক লৈরে হাযরগা আবত্তিনা চাক লোইরে হায়রকই। অক্ষয় বাবুনস্তু এ ডি সি সাহেব মুমিৎ তাগ্রিডৈদা চাক চাথোক-হৌসি হায। হি অনী চিকশিন্নে চানবা চাক লানশিনলকই আরত্তিনা। হিহোনবা অনীত্তুদা নখোয় অনীস্তু চাক চাথোকলুবো হাযখিবা তাহৌই। ঙহাক লৈরগা মখোযনা হি অনীত্তু হিদেন মতা ফবা অম। য়েংলগা হোনজিল্লি, উচুক যৈত্তুনা হিশিং অত্তু চেৎনা পুনশিল্লম্লগা মখোয় অনী চংখ্রে। খরা চংলগা মখোয় অনী ফমথখি। পুরকপা চয়াম থোক্তুনা চামিন্নবা উখি।

ঐখোয চাবা থকপা লোইরে। আবত্তিনা পানা তপত্তুনা লানশিল্লকই। চায হাউই। হিহোন্নবা অনীত্তুস্তু চাবা থকপা লোইরমাল্লে বিডি অমমম টিংত্তুনা হিথাংফমদা হল্লকই।

হিহোনবা অমুক হৌরে। মুমিৎস্তু তাশিল্লকদৌরে মতমদো। মুমিং তাররদা আবত্তিনা লেনটর্ণ মচা অমা মৈ থাঙ্গৎত্তুনা লানশিল্লকই। ঐনা মত্ত থানত্তুনা ফম্মী। মমলবনিনা মহৌশাগী ফজবস্তু উবা ফংদ্রে। ঈশৈ হৈবস্তু নত্তবনিনা ঈশৈ ঙংত্তুনা পোৎথাগনি হাযবস্তু নত্তে। করি তৌক্তুনা মতম লেনগনি তুস্বা থেমগনি। উপাই অমা খিবকই। নীংশিংলক্লে মেগাজিন অমনবা অমা যাওরকপত্তু। কোযথী খীবদা বেডীং মত্তংগী কাচিন মত্তুংদা য়েপত্তুনা লৈরম্লে। পাগ্রনা বারীত্তু উপায লৈত্তবনিনা হনজিন হনজিন পাবা তারি পারবি।

নোং ওল্লে।" অমুক্তী থবক পুন্নমক লোইরে। চা থক্লি ঐখোয়। থক্লা থক্লা ঐনা আবত্তিদা হংঙি—হিহোনবা অনীসি অহীং সুকতুম তূমদববা? অহীং চুপ্পা মহোয় হি হোনবরা? মারত্তিনা খুম্মী— দিদি মহোয়দি অহীং সুকতুম তূমদে। অহী, লাংশোক্তবা লেপ্তুনা হি হোল্লিবনি অহু মত্রবদি ঐখোয বেক্কড়া কৌখিরোই। মহোয়গীদি হৈনবীনিনে দিদি। ঐনা খল্লি ঐখোযনা মুংঙাইনা হি মনুংদা তূমহুনা চৎপা মহোযমা অহীং অশা খওদনা অহীং চুপ্পা হি হোন্দুনা তূমদনা চৎপা। পৈশা তাল্লিবনি নুপী অঙাং থাক্লবা ফুঙ্গা লিংনবা। অমগা অমগা খেন্নবসি কযাদা খেন্নগ্রবনো?

মখা তানা ঐনা আবত্তিদা হংঙি— হিসি ভারা কযা পীরিবনো হাযনা। মানা খুম্মকই অক্ষয বাবুনা বিজাব তৌবনি। হি অনীসিদা লুপা ৩০ নি হাযরগুম তৌই। আশংবদি ঐ খওদে। ঐনা খল্লি লুপা ১৫ পীদমক অহীং তূমদসখে হি হোনবা। মসিনী লাঙ্গৈরবা অনৎবগী নোংমগী খুৎশুমনদা হি জবা কাওবুগী ফিভম।

বড়বেক্করাগী হিথাৎকম য়োরে। কোবৌতনবন্সু তরং তব' হুন্দোরক্লে মায়থোঙ মকা লাম্না। হিদগী কুমথনবা হোৎনবি। ঐখোয মযাম কাখৎলে। হিবোই অনীহু লৈহোরে।

হিথাংকম অদো লৈরাই ওম্মী বানা কায়। ময়াম্না ঐবু চিংখৎপি। আবত্তি ঐখোযবু হেনগৎতুনা কাখৎখি তোর্ব্বান মথক্তা। মথক্তা গেত অমা উনা ময়াম্না য়োমহুনা উশানচিংবা

য়ুংতুনা শারম্মী। লম্ফু অনী য়ুংঙ্ঙি খাত্রাংনা মখোঙদা খিল্লি খোত চফু অমমম। ঐবু ওকপা লাক্লম্মী মী খরা। মী ১০ য়ুক শুরমগত্রা খঙদে। শুরমদবস্নু য়াই। ঐগা লোয়নতুনা চৎলিবা অক্ষয় বাবুনা আরতিদা হায়— মীতিল্লমত্রবদি কৈদৌ-রবা? আরতিনা খুম্মী— জতিন বাবুগীদা ময়াম পুলহোরে। ওকপদি মখোঙ য়াঙবা খরতমক খারকপনি হায় অতুনা মী য়াম্না তিন্দবা ওইরমনি। হায়রগা মানা পাযরিবা মচু অহুমগী ফিরাল অতুগী চৈখোক অতু রাংনা থাঙ্গৎলগা মাগী নৈজ্বী খোঞ্জেল থাতুনা লাউই— বন্দে মাতরম, ভারত মাতাগী জয়, মণিপুর মাতাগী জয়, এ দি সিংগী জয়। ময়াম্না খুম্মী। চৎলি ঐখোযমযাম। লৈফমতুদা থুংলে।

মুমিং অতুগী মুংথিলদা খুল অতুগী অহল ওইরবা মতম অমদা মুক্ত্যার ওইরম্বা মুপাতু ঐবু উনবা লাক্লম্মী। শুমাঙদা চৌকী অরাংবা অমা থাতুনা ফম্মী। চৌকীদু হাইফেৎ রাংঙি। মখোঙ মরীতু ফন্দোক্লা মকা লামনা পাল্লি। ডাফম অমম্লুং ফমফম অতুরাইদি ইশুপ শুপচিনবগুম তৌই। মুক্ত্যার অতু ফৈজোম অঙৌবা অমনবা অমা শেৎলি। ফুরিং কোং শাগতুগী অমা লিংলি। খুকউ য়োবী অচোনরনি। মচু মুই। ফি অঙৌবগী কোযেৎ অমম্নু 'য়েৎলি। মখোঙ খুকউ যোনা পেতী য়েৎলি অতুগা খোঙউপ বুত অমনবা অমা তোংঙি। লিৎলিবা ফুরিং অতুগী লেংবান অনীমক্তা লংবার অঙৌবা নপী। মসিনী ইপল মুক্ত্যারগী ফিজোল।

অক্ষয় বাবুনা ঐবু ঐনা লৈরিবা ইমুং অদুদগী কৌথোক্লে মুক্ত্যার লাক্লিবসি অমুক্তা উনবিরো হায়না। ঐম্ভু থোকই। খুমাঙদা মুক্ত্যার অহলদু কমলক্মী। মহাক খ্বাইনা ইকাই খুম্নবা মীশক অমনি। মতম অমদা হৌজিক ঐ খাযনা উকিল হায়নবিবা অসিগী মহুৎতা মুক্ত্যারনা কোর্টকী কেশনচিংবা লেপ্পবক্মী। হৌজিক্তি অহল ওইরক্লবনিনা পোৎখাদুনা লৈরবনি। রাম্নী ময়ামসি অক্ষয় বাবুদগী তাবনি। ঐনা মুক্ত্যার অদুবু হেক উবমক্তদা খঙনীং নীংশিংলকই লৈখিদ্রবা ঐগী ঐবু পোকপিরম্বা বাজিদু। নীংবনি ঐম্ভু জিরিদা চৎলবদি কাছারগী শিলচরদা চেপ্লিবা বরাক তুরেলদা তর্পন অমতং কৎকে হাযনা। মরমদি ঐগী বাজিদু বরাক তুরেলগী থোঙনুংদা অরোইবা পুন্সী যাহিপ তানখি।

ঐগী ঈবা চেল্লবা মিং অনীগা লোযনরবা মায়থোঙ মী উখিগনি হাযদুনা লোংলি লু লুকথনা। অদুগা থুরু থুদক লৈতানা খক্মী মুক্ত্যারদা ইপল। হাযনা। মুক্ত্যারনা— ইবেম্মা হাযবগা মমিংতগী মপি তৈথোকই। য়ারে য়ারে হায়। ঐনা মথা তানা হায়— ইপল নচাদি লমদম তাম্না লৈবনিদো। তোয়না লাকপা ওম্বা নত্তে। অদুনা লাক্লিউৈসিদা ইপলনা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীনবিয়ু নচাদা।

“ইবেম্মা। নঙগুম্না অহল লমন লাইগুরু মশক খঙবা নহা অমুক্তা থেংনরক্লিনহে। ইপল পেল্লে। নঙনা হৌজিক ওইরিবা ফম অদো অদুদগী হেল্লা চাউবা ফমথোন অমা

কাখোকো হায়ৱকুনা ঐগী কোক্তা নানবী। অদুগনে ইপলবুদি খক কাউগনুকো। ঐনা নওগী নশক উনীংমনুনা ভমদ ভমদা লাক্লিবনি। কুইনা কমহুনা য়ারী রাতাই শাহুনা লৈথোকপা য়াবনি। অদুবু নিংথমথাগা ওইবনে অহল মতমগা ওইরকপনে হকচাংসি ইঙম ঙমদ। কমথররোই ইপল য়োৱরগেনে। ঐনা হিংলিঙৈসিদা মণিপুর খোক্লুনা শ্ৰীগোবিন্দ দর্শন অমুক্তং তৌনীংবনি। অদুবু হকচাং মতাসিনা ভমগনি হায়বা কয়া থাজদ্রে। চৎলে চৎলে ইপল য়োথ্ৰগে।" হাযরম্লগা অহল আদো চৈশু অমা পাযহুনা তপ্পা তপ্পা থোকখি।

ঐ বেক্করাদা ঙরাং অয়ুক থুংলবনি। নীনী শুবগী মুংথিলনি ইপল মুক্ত্যারনা লাক্লমহু। ইপলনা খোকথ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা মুপা অমা অনীগা মুপী মঙা তরুক্কা চঙলকই। ঐঙোন্দা মখোয পুন্নমক্না নমস্তে তৌই ঐনা নমস্তেহু ওকই। অদুগা মখোয়না হায়রকই— এ ডি সি সাহেব নঙনা ঐখোযগী জিরি অসিদা লাকপীবসি ওস্নোকনা মুংঙাইজখ্রে। মুংঙাইবা হরাওবা ফোঙদোকপা ওইনা আপনানা য়েংবীনবা যাত্রা অমতং ঐখোয়না ব্যবস্থা তৌজবি। থরা য়েংবীযু হাযজগে হায়হুনা।

ফৈনে। য়াম কবা য়ানি। ঐসু জিরিগী লীলা যেংনীংহুনা লৈরিবনি। কদায়দা তৌনি। কদায়দা উৎকনি। করি লীলানো শান্নগদৌরিবো?

জিরিবামদা যাত্রা পার্টি অমা লৈ। মখোয়না শান্নগ-দৌবনি। শান্নফমনা ঐখোয়গী জতিনময় বাবুগী মাঙ্গোলদনি।

লীশানা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা তেথাওগী শামু ফাবগী মতা তুনি।
লাকপীদবা য়াদে হাযরম্লগা মখোযশিং অদা থোকখ্রে।

লীলা হৌগদৌরে। ভাবোক খব খবা লাক্লবা হৌরে। অহানবদা শুমাংলীলা যাত্রানচিংবা অসি মুথিলগী থেগুলদা পুং ৬/৭ অতুবাইদা হৌনৈ অতুনা হাযবিবা মতম অসিদা হৌগদবোই নীংলম্মী। ওহাক ফমতুনা পোৎথাবি। যাচংবা মতমনি। আবতি চণ্ডক্লুনা হাযবৈ— দিদি ' চাক চাথোক্লসি। ওসিদি যাত্রা লৈবনিনা দিদিগীদমক তৌবনি যেংদবসু যারোই দো। ঐসু মাই থবক বোম্লবা তৌবিমাল্লে থল্লি। ফৈ চাবসি হাযতুনা কুংদা অতুগীদমক চাবা থকপা লোইবে ওস্লানা। লীলাগী মযাম শেম শারি। লাওলি কৌনবি মাওব থনবা কাওব উচুক যু বা খাবা অমতা হাওদে পোৎথানদে। জগোয বাস অমা শাম্লবদৈ হেল্লি মহাযগী সাহস অতু। খুল অতুদা লৈবা মাঙ্গোল খুদিংমক্তগী লীলা শাম্লগদৌবিবা মাঙ্গোল অতুনা ইচাউ চাউই হায। মাঙ্গোল অতুদা ফম্বাক শাবা লোইরে। যুখন চিংথোক চিংশিন তৌনবসু শেম্বা লোইরে। লাওবা পূম্নমক অতু লোইববা ফাওবদা লীলা অতু হৌদ্রে। পুং ১০ই তাশিনখ্রে।

"লীলা হৌগদবা কযাম বাংলিবগে?" ঐনা হংভি।

অক্ষয বাবুনা "এ ডি সি সাহেব, লীলাগী শেম শাবা থৌবা" লোইনা লোইববনি। লীলাদা যাওগদবা মীসু ওম্না

লাক্লরবনি। ভাবক্তি থর ৱাংলিমাংল্ল মত্থগী ওাইনরিবনি। হৌরনি। হৌননবা তৌহল্লগে।" হায়রগ্নগা মহাক চৎখি।

লীলা হৌগদৌরে, হৌনবা তৌজরনি লীলা লাওলিবা কাঙবুনস্থ ওহাক লৈতনা লাউথোকই পুং ১১ তাবগী অত্থৱাইদা অক্ষয় বাবু চঙলকই। ঐবু কৌরৈ লীলা হৌগদৌরে হায়ত্থনা। লীলা শাম্লগদৌরিবা মফম য়ুমজাও অত্থগী মমাঙ শাঙ্গাই শাগদবগী য়ুম্ফম থোনবা মাল্লি শাংনা তোওনা য়ুমফমদৌনা লৈ। মত্থগী ময়াম ওইরপনা চক চাইথোক্তুনা পাকনা থানা থায় মত্থগী মথক্তা ভিরিবিগী অনানবা ফক্তু থাত্থনা লৈ। থাবিবত্থ অথোইবা আত্তিথিগী ফমফম্লি হায। ঐবু মফম অত্থদা ফম-হল্লি। ফমফম অত্থগী মমাঙদা ভিরিগী লীনা শাবা শেঙ্গা মানবা অমদা ক্বা, মনা, শুম্ব ফনা ফজনা হাপ্পী অত্থগা খিন্দুনা থম্মী।

মী মথং মথং লাক্লরে। মচা পোবা মমানা চরু মপুন মথুৎ নামনা পায থাউমৈ লালতেম্না মথুৎ নামনা পায়, নংগন্দা মচানা মীয়ামত্থ উবদা হবাওত্থনা চোংশি। অস্লম্না লাকপা কযানা শূমাঙ অচৌবত্থ থল্লে। শঙ্গোয লুকোয পূম্নমক থল্লে। লাক্লিবা মীযামদো চিন লোইনা লেংভিপানা ক্বা চপ চপ শায়। পানা চারিবা মীযাম অত্থদগী হোনাদারকপা সোর মনম ওইবা তাই কাবো য়াদবা মনমদো। ঘড়ী য়েংলুবনি লীলা হৌমল্লে হাযত্থনা। পুং ১১½ তারম্লে। লীলা হৌরে পরদার হাইদোক্লে। লৈরম্মী তেথাওগী স্বর্গদেব নিংথৌ শাবা, ভগ্যচন্দ্র নিংথৌ

শাবা। অনী উনবদা চান্নবা মুংশিননা লেংগাটে, হায়নৈ "মোর মোরমর ইতাও।"

মহারাণী অত্থু মুপানা শাই শুমাও লীলাদোনা। লীশাত্থু নোংক্ষুং ঙানবা ফাওনা শান্নে। মুমিংনা তবং তবং হু'দা রকপা মতমদা লীলা লোইশিল্লি। লীলা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ভাবোক কায়দে কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমতা হৌগংতুনা চংনখিদে। লীলাদো জগোয় রাসকা অমহানি। লীলা লোইর-বতদা ভাবক হৌগংতুনা চংনখি। লীলা অত্থুদা এনা খ্বাইদগী মুংঙাইজখিবদি য়েংবা লাক্লিবা মীযাম অত্থুনি ভাবক অত্থুনি।

বডবেক্রা জকুরাধরনচিংবগী খোঙচং লোইরত্থুনা জিরিদা অমুক হনবা তাবে। হি তোংত্থুনা চংলি জিরি হিদেন তাফম তম। দিদি হন্দক্তি থুনা যৌগনি চেম্ফবিবা তুরেলগী ঈচেল তু ইন্না হি হোনগদৌরিবনিনা আরত্তিনা হায। মহৌশাগী ফজবা যেং যেংত্থুনা চংলি। থরা চংলগা তুরেল অত্থু অনী ফানা চেল্লকই। নহাল লাকপদি উখিদে। হিনুংদা লৈবনা উরমদবস্থ ওইবস্থ' যাই। অমনা শিলচববোমদা চেনখি অত্থুগা অমনা জিরি তুরেলনি। জিরি তুবেলগী অসোমথংবা তোর্ব্বান্দি আসামগীনি। জিবিবাম থংবা তোর্ব্বান্না মণিপুরগীনি। তুরেলগী ঈশিংনা তংখায তথাযনি হায। সিমানা ঙমখৈ য়েংবদা পুক্লিং মুংশিরকই। ঐখোযগী লমগী তোর্ব্বান ঐখোযগী মণিপুরগী ঙমখৈ।

বডবেক্রা লৈহৌরে। জিরিবাম থনম্নে। তুরেল খোঙ

মুংগী হিগী খোঙচং লোইরে। আরতি লৈহৌরে অক্ষয় বাবু লৈহৌরে। ঐস্মু য়ুমদা থুংলে। খল্লি অস্মুক খল্লি। নহান মখৈদি জিরি চংলিবনি হাযতুনা ফাইটল, লম্বাসডক লতিংখাল দিবোং, কদমতলা, কালিনগরনচিংবা খর চংলগা হল্লকই। চৈবাওবা ডুকযাদা চংলগা সডাইগী পুলৈ মপোপ চাউবা কোকথোং ৪/৫ পুরকই। চাকহৌ চেঙপাক, কা পানা মনা লৈতুনা জীব থল্লা পুবকই। খঙনা চান্নবদা যেনথোকই চৈরাওই হবাওই। মসিনা মপানগী জিরি চংপনি মপানগী মুংঙাইবনি। অশেংবা জিরি চংপগী মুংঙাইবদি থম্মোযগী মুংঙাইবদি, বাখল অমসুং পূকীংগী মুংঙাইবদি কাউবা যাভ্রবা হিগী খোঙচং বডবেক্রাগী খোঙচং অতুনি।

চহী তরেংলোম হৌখবে। জিবি অমুক্তগা যৌকখিগে, অমুক্তগা চংলুখিগে হাযবসে ঐগী অকনবা লাইনীংনি। চহী খরদি থবক চিনবা মবমা চংথোকপা ঙমখিদে। চংথাকপা যাববা থবক খবা শংলবা মতমতুদা চংলি জিবি। মতুনসু ঐগী জিরি খোঙচং আবাইবা ওইবম্বা য়াই। কুইমন্দুনা কাউবে অহলগা ওইশিল্লকপনে।

জিরি চংপগী খুদো চাবতু লাক্লে। চংলে জিবি থুংলে অতুবু ইওন ওন্নরয়ে। হান্নগী জিরি ওইবমদ্রে লম্বী থোং ফরয়ে। য়ুম অফিস জিংঘনা পূমলং লংলয়ে। শিলংদগী হেন্না ফজবমলে পূক্লীংদা খনখি। চীন্নদি হাযদোকখিদে।

হন্দক ঐগা চংমিন্নগদৌবিবা ঐগী লমজীং লমতাক

তৌবিগ'দৌরিবদি অক্ষয় বাবু নত্তে আর্রতি নত্তে, লক্ষ্মীপ্রিয়ানি। লক্ষ্মীপ্রিয়া ঐগী থায়নগী মরূপনি নবদ্বীপতগী তিন্নরকপা। অনীশুবা পৃথিবীগী লানজাও ঐখোয়না জাপানগী লান হায়না খঙলবা অতুরাইদগী হৌনা তিল্লবকপা মরূপনি।

হান্নদি বডবেক্রো চৎপদা হিনা চৎলম্মী। হৌজিক্তি জীব লম্বী ফাওরে। জীবনা বেক্রো য়োবা যারে। ঐ লক্ষ্মীপ্রিয়াগা শোযননা কংফালগী লম্বীদা চৎলি বেক্রো। লক্ষ্মীপ্রিযানা লম্বীদা চংনা চংনা হায "ইচেম্মা। ইচেম্মনা চৈবকদরা খঙদেনে।"

করিগী চৈরুদগে। মীবু পংচৈ চৈবা যাত্রাও? হাযয়ুনে করিনো?

'লাতিংখাল খুল অসিদা হনুবী অমা লৈ। ঐ'খাযগী স্নোক্কী কেম্প তৌবা খুদিংদা হাযরুদ্রবস্তু মা তত্তনা যাওই। স্নোক্কী মীবু লাকপা উরবদি মাদি মতুং কোযইন ইন্নবনি'। নোক্কনা "মানা তুং ইনবসি ঐগী তু়না খর হেল্লি। মাগীনি হাযবা সংসার অসিদা কনা হন্না য়েংবদা উদ্রবনি। থুন্না মাবু থাক্লি। অরায়বা থুম্মোক পোলাংশুম্বা শাবদি মহাক খর খন্না ওম্মী। মতুংস্তু মাগীদমক মীনা পযা শিব্বিবগা শাবনি। অতুগা লৈকাইগী কৈথেল কাবী নুপীশিংনা পুব্বিরগা যোনবী। শিংলকপা পৈশা অতুনা মাগী দরকাব ওইবা পোৎচৈ ভা থুম লৈবিবকপনি। হনুবী অতুগী মমিং মাযো কৌই। খ্বাইনা ইবেন মাযো হায়না খঙনৈ। মানা ইচেম্মা জিরীদা লেঙঙক-

অদি মাগীদা অমুক্তা পুবিরকউ হায়বা কুইরবনি। থাজরোই উম্ন হেক থুদিংগী হায়রানি। ঐনা ইচেম্মদা হাযগে হাযগে খনবা কুইরবনি। অতুদা লেগুগুক্কবদি চহী ৪/৫ গুরোদা। য়ারবদি অমুক্তা লেগুসিল্লুশিনে।” রাহৈশিং অসি লক্ষ্মীপ্রিয়ানা জীব মন্নুংদা হায়খিবনি।

ইবেন মায়োনা ঐবু করম খগুলিবা?
ঐখোযনা মগোন্দা ইচেম্মগী বারী তৌবা।
কৈদৌগে চগুসি। ঐস্তু ইবেন মায়ো উনীংগিনে।
অতুদি পাউ পীরম্মগে?
পীরম্মোনে।

লক্ষ্মীপ্রিয়ানা “অতুদি ঐখোযনা হল্লকদবসি বেক্রাদগী হায়জরিবা হয়েংনিনে। ইবেন মায়োদা হয়েং হুংখিল লাকনি হাযরম্মসি।” করে হাযনরিগুদা ইবেন মায়োখোয়গী হাই-জিনফমদা যুবক মগুলগী সেক্রেটরিত্তু কোক হেক লেপতুনা লৈরম্মে। গাড়ী থাম্মগা লক্ষ্মীপ্রিয়ারী কুমথখরে অতুগা মুপা অতুগী মনাক চগুশিন্দুনা হায়খি— হয়েং হুংখিল পূং ৩/৪ তাবগী অতুরাইদা শোয়দনা লাকনি চংথোকঅমগন্নু হায়না। করি করিনো থরম্নু হাযখি মতুদি তাহৌদ্রে। মুপা অতু খোগুকাপ লাগুনা লাগুনা থাংছুনা চংখি পাউ হায়বা গুইর-মাল্লে। ঐখোয়গী গাড়ীস্তু বেক্রা পাংনা থৌরক্লে।

বেক্রা য়ৌরে। হেক য়ৌবগা ইপল মুক্ত্যার উনগে খন্দুনা লাকপনি। ঐগী হন্দকী জিরিগী খোগুচংকী মরুগুইবা

মরমদি ইপল মুক্ত্যারনা আশীর্ব্বাদ পীবিতুনা ঐহাক ফম কারে হায়বসিনী। পাউ অসি ইপলদা তমগে লাকপনি। বেক্রা হেক য়োবগা ইপল মুক্ত্যারগী য়ুম তাম্না চৎলি। মচা মুপানা ঐখোযবু তরাম্না ওকই। ফিদা থায়। ঐখোয় মযাম্মক ফম্মি।

ঐনা রা হৌদোকই— ইপল মুক্ত্যারদি য়াম্না শোল্লবরা? মপান্দকা লেঙথোক-খোৎতোকপা ঙমত্ররবা? ঐখোয় ইপল উনগে লাকপনি অমুক্তা।

ঐগী রাহংগী পাউথুম ওইরমাল্লে মচা মুপা অতুনা ঐখায মযামগী মাঙদা শাংত্রোং শাংনা লৈপাক্তা দগুবোং তৌতুনা ও খোংনা কপ্লগা হায়রকই— বাবা, বাবানা তত্তনা শোল্লম্বা মণিপুরদা মুপী মরক্তা খ্বাইদগী চাউবা ফম পায়রি হাযবদো লাক্লে। বাবাবু উনগনি হাযতুনা ঙাইতুনা লৈরে। বাবা থোবক্লো উনররো রারী শাররো।

মচা মুপা অতুগী মতৌ উবদগী, মাগী তেংথা রাহয়শিং অতুদগী থঙবা ঙমলে ইপল মুক্ত্যার লৈখিদ্রে। মহাক্না লৈখিদবসি চহী ৩/৪ হায়রজিল্লক্লে হায়। ঐনা হন্দক জিরীদা লাকপদি ইপল মুক্ত্যার উনগে মঙোন্দা মানা ঐঙোন্দা পীবিখিবা আশীর্ব্বাদ, পীবিখিবা বর অতুগী মতুং ইন্না ঐ ফম কাবে ডাইরেক্তর ওইরে হায়না পাউ তমগে লাকপনি। অতুবু ইপলদি লৈরমদরে খল্লি পুক্নীংদা— ঐগী থম্মোয়গী পাউদম পম্খৌ কনাগী মফমদা তমলুগদগে?

বেক্রাদগী হল্লক্লে। ইবেন মায়োগীদা চঙলে। লেপতুনা

লৈরম্মী ইবেন মায়ো মাগী কোনখোঙ কানশিনফমদা। মাবু উবদা লক্ষ্মীপ্রিয়া মোমোন নোকই। হয়াওবা অমদি মুংঙাইবনা য়োম্লবা মায়োগী মায়থাঙ য়েংবদা মুংঙাই। ইবেন মায়ো মখুৎতা লৈ পরেং অমা পায। লৈ পরেংচু ইবেন মায়ো মশানা লেঙজবনি। ঐঙোন্দা হুক্রবনি হায়দুনা। লৈ পারংচু ঐঙোন্দা হুক্কই। চৌকী অমা থাবম্মী মোরা খরগা। পুন্নমক্তু মীওোন্দগী মানা রাযকুবনি হায।

ঐনা অহানবদা খল্লম্মী ইবেন মাযোগীদা ঐবু লাকপীযু হায়রিহসি শোযদনা মাগীদা মহিলা সমিতিগী অফিস ওইরমনি, থবক শুফম ওইবমনি মতু য়েংবীরো হাযবা ওইরমনি অস্নুন্না। অদুবু ঐনা নীংলুবা অদু ওইরমদ্রে। ওন্না তযনরম্লে। ইবেন মাযোগী পূর্সীগী ইতিহাস পারো হাযবা ওইরম্লে। ইবেন মাযো মালেম তাইবংপানবা অসিদা মমিদগী হেন্না কনামত্তা নক্রবা মরী মতা লৈজদে। লৈকাইনা অবৈ অরৈবা পুথাক্র-বকুনা মাগী লৈননবা খাওপোকশঙ মচাদু শাবিবনি। কা অমখক্তনি। কা অন্নুদা চাক থোংফম লৈ ফমুং থাফম লৈ। ফমুংদি রাগী কাংখক্লি বোরা অমা অনী শেরা কাস্থা অমরা অনীরা ভাদুনা লৈবস্নু উই। কাচিন্দা পুল অমদা ঈশিং থিল্লি। মসিনী ইবেল মাযোগী ঈমু অমদি য়ুস্থান। ইবেন মাযোগী ইংখোলদা য়ুবী পাস্থী কা পান্থী থর হৌরি। মতুস্নু য়াম্বা নত্তে পাস্থী ১/৩ তনি।

ইবেন মাযোদি ৰেম্প, ট্রেইনীং কেম্প অচৌ অশাং

লাকপগী মিটিং, ভোংকী মিটি কথা য়াওরক্লবনি। ইবেনদি পূম্নমক থওবনি পূম্নমক হৈবনি। মথল কয়াগী মীওই থেংনরকলবীনি। ইবেন্না উৎলি মতোমদগী বলচরেল প্রোগ্রাম অমা। ঈশৈ শকই, জগোই শাই, ফাগি তৌই। ইলেকসন লেপ্পা মীওইশিংনা পীবা ভাষণ। ইবেন মায়োনা মতৌ তম্বনা হেন্না মানম্লে। মতুদা তিল্লিবা মীওইনা ইবেন মায়ো, ঐ, লক্ষ্মীপ্রিয়া, জীবকী ড্রাইভর, যুবক মণ্ডলগী সেক্রেটরী, মুপী অহল অহুম মরীগনা লোইরে।

ইবেন মাযোনা ঐগী ইনাক্তা চওশিল্লক্লগা হায় ঐনা মাগী মযুমদা লাকপসিমুক মু্ওাইবা অনী শুদ্রে হাযনা। থাঙ্গে শেংবমক ইবেন মাযো ওলদ এজ্র পেনসন ফংবা য়াববা অমদি ফংফম পোক্লবা মীওইনি। অতুবু ফ লোই মাগী অততাই ওইনা ওইনা চে লানখৎপীনবা মী লৈজদে। অওম্বনা পীখৎলকপা লিস্ট তা মাগী মিং যাওদে মরমদি মহাক কনামতগী ভোৎ থোমদে।

চৎলমদাইদা ঐনা লুপা ২০ থক্তং ইবেন মায়োদা পীবম্মী মানা উৎখিবা জগোয, শকখিবা ঈশৈ পীখিবা ভাষণ অতুগী মনানি হায়না। লুপাতু ফংবদা ইবেন মাযোনা কয়াম হরাওই। ইবেন মাযোগী হরাওবগী মাযথোওদো ইবেনগী সথমোয়না পেনজবদো, পোকপগী মহয য়াল্লে থনজবদো। উরি ওসিম্নু ইবেন মায়োগী পেল্লবা মায়থোওদো।

ইবেন মাযানা লক্ষ্মীপ্রিয়াদা ওনশিন্লুনা হায় "মাইচু, লুপাসি নও থরা থমজিনবিয়ুবা। ইবেনগীদি থমফম লৈতেনে।"

হায়রগা নুপা ২০ অহূ লক্ষ্মীপ্রিয়াদা পী। লক্ষ্মীপ্রিয়ানা—"ঐহি আদা মৈরগা করম্না ইবেনগী শেল থমগদোবিবনো ?, সে ইবুংঙো ইবেনগী পৈশাসে থরা থম্মীয়্।" হায়দুনা যুবক মণ্ডলগী সেক্রেটরীদা শিন্নবিরম্মী। কয়াদা হুংশিল্লগা ইবেন মায়োগী পুন্সীনো ?

ইবেন মায়োগী খুল থনয়ে। জিরিবাম পাংলক্লে। গাড়ী মন্থুংদা ইবেন মায়োগী লৈ পরেং অহূ ওক্তুগী হুক্তোতুনা লৌখোকই। লমথাংদা তৎতনা তাহৌরবদি চিংনতুনা। ইবেন মায়োগী লৈ পরেং অদো হান্নদি উদে। লংদা লেংবা নত্তে। উরকই লফু চনামগী মশিং থাংজীং তারগা লেংবা ওইবয়ে। লেংলিবা লৈনা সনারৈ মচা অমা অনীগা, হঙ্গুরৈ মপাল, মনা, উতোংলৈ থরগা লেংবনি পরেং ফানবা।

ঐনা লক্ষ্মীপ্রিয়াদা য়েংহল্লি ইবেন মায়োগী লফু মশিংনা থাংজীং তারিবদো। লক্ষ্মীপ্রিয়া থরা কপকনবা মীতানি। মহাক পুন্সীদা মায়থীরবা মীওই অমম্তুনি। মমিংতগী মপি তৈথোক তৈথোকনা—"ইচেম্মা মাইদি লৈ পরেং লেংনবা লং ফাও লৈজদবনিনে। মানা ইচেম্মবু অমুক্তা পুবিরকউ হায়বা কুইরবনি। তান চাদতুনা— ইচেম্মনা চৈরক্কদরা ক্রিক্তুনা হায়দবা। ইচেম্মবু উবদা ইবেন মায়োনা হন্নাওজবদো।" রাহৈশিং অসি মতেক মতেক ওইনা হায়বনি হীক হীক কপতুনা হায়খিবনি লক্ষ্মীপ্রিয়ানা।

ইপল মুক্ত্যাবদা ঐ ফম কারে হায়না ওন্বা চংপনি। ইপল মুক্ত্যার লৈরমদরে। পাউ তমলমদ্রে। নীংবা কায়খি। অদুগা ইবেন মায়োগী লৈ পরেংদি পুত্নুা হল্লকখি। ঐগী ওক্কা শিত্নুা হল্লকখি ইবেন মায়োগী পুন্সীগী লৈ পরেং।

৮

# মেলাদা শয়ী কুহীগী দোলাই

কমলাথাবীদা মেলা অমা তৌগদৌরি। মেলা অদু হাংদোকপগী থৌরমদা ডেভেলাপমেণ্ট কমিসনারনা অথাইবা আতিথি ওইগদৌবি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা করম্বা কাওলুপকীনো খওদে। য়াম্না চাউনা লাওডি। মণিপুরদা লৈবা চীং লম অযাম্বগী মী লাকই। হুমিং হুমনি চওনা তৌগদৌবিবা মেলানি। মেলা হুমনিদু লোইরগা হুমিং মরীনি অমসু ত্রেইনীং অমা তৌগনি হায় ত্রেইনীং অদু লাক্লিবা মীহুৎ মযামদুগীনি অতৈ অতোপ্পা মী যাওরোই হায়।

মেলা হৌবা হুমিংনি। মেলা হৌবমদাইদা বাজাই মখোল তারকই। কদাযদনো কোয়ে, যেংডি বজাই খোংবা মী অমতা উদে। মমৈথংদা খওলকই অরাথবী মনাগী মখোক অহোবদা খোংবনি। মতুদগী বাজাই মাম্না থোরকপা ওইরম্লে। মেলা লোইবা হুমিংতসু মযামদুগী মার্চ পাস্ট চৎপা মতমদা খোংডি বাজাই অরাথবীগী উতোংদা। খুল খুদিংগী লাংদেন

অময়ময় পুনরকই। ফনা ফুংঙাইবা কুমহৈনি। মখোল হৌই, লাংভি চোংভি হুক্কাওই।

মেলাদু ফজে য়েংবা য়াই। শান্নবদা হায়রবসু মথল কয়ানি — ভোলী বোল, ফুটবোল খুন খুনগী টিম চোংথোক্ত-ড়ুনা শান্নে লাম্বা তৌনৈ। ফুগীশিংনা তেনীকোয়ট শান্নে। অড়ুগা থায়নগী যেলহৌভেদগী লোয়নরক্লবা মশান্না কয়াস্সু য়াঙদবা নত্তে। মুক্তা, কাঙজে চেনজোং, মাঙজোং, মূং হুন্নবী, শুক হুন্নবী তা লঙনবী, থজীং চোংবী অসিনচিংবা। জগোয় ঈশৈনা মপূং ওইনা তৌই। মুমিদাংদা লীলা য়ান এক্তপ্লেন-শুম্বসু শান্নে উংলি। মরিংগী খৌশাবা, লৈশাবী মচাশিংগী য়ালী জগোয় ফজে যেংবদা মিৎফম হোংবা য়াদবনি। জগোয়গী মিউজিক ওইনা লংচাক উতোংনা খোংবা তাম্বা চানা জগোয় শাবা মখোল ওম্বোক্লগী মুংশি ফজে।

হোটেল ৫/৬ সু ফম্মী। চা যোল্লি, অচাপোৎ কেকন-চিংবসু যাওনা। খ্রষ্টান অযাম্বা কেক শাবা হৈ। অহাও অহাওবা কেক মড়ুগা লোয়নবা চা। হোটেলশিংড়ু নোংমদা পৈশা ফনা যান্না শিংৎলমগনি। হোটেল ফম্বগী ভাড়া লৌই হায়। মড়ুদগী ফারকপা শেলনা মেলাড়ুদা অচঙবা মতেং ওইনবনি। ফজনা লীল্লি মেলাড়ু।

ডেভেলপমেন্ট কমিসনরনা অখোইবা আতিথি ওইড়ুনা মেলাড়ু কৌদোকপনি। ডেলিগেদ ময়ামড়ুনা মেলা লোইস্ত্রি-কাও মাবু লৈখো হায়না থাম্বনি। মাগী শোয়বা যাদবা

অচিনবা থবক থন্না লৈরে মন্নামদা শাউরস্থ হায়রম্লগা ঐভোন্দা নঙ লোইদ্রিকাও লৈহৌরা হায়না শিন্নরম্লগা চংথোকখ্রে।

কমিশনরনা শিন্নস্বদো অমরোমদদি ঐভোন্দা শুস্থোক্লা মুংঙাইরবা কান্নবা অমা ওইনা থোকখ্রে। মরমদি ইম্ফালদা অহুগুম্বা মহৌশাগীস্থ ওইবা চীংমীগীস্থ ওইবা কুমহৈ য়েংবা কংলোই। তোরবস্থ য়োঁরোই। কুমহৈ অহুগী বেকগ্রাওন্দ পুন্নমক শাবস্থ ওইথোক্কে, শারবস্থ চুনরোই। মেলা অহু উজবা ফংবদো ঐগীদি লাইবক ফবনি।

মরীনী শুবগী অযুক্তনি। কোমলা থাবীগী ওজা থোমাগী মাঙ্গোলদা ফমহুনা লৈ ঐ। অস্তুম কল্লিউে অহুদা হমাং জী জী চেল্লহুনা মুপা মরীনা দোলাইরা কূরা অমা পুহুনা চংলি। মুপী অমগা মুপ। অনীগস্থ মরোম অমমম পায়রহুনা তুং ইল্লি। দোলাই পুরিবা অহুস্থ ইল্লিবা মীশিং অহুস্থ ওম্না চেন্না চেন্না চংলি। পুল্লিবহু মীদি মী নি। অশিবরা অচঙবরা হায়বা অসিনী ঐনা থঙনীংলিবা। মথোয়গী দোলাই অদো শয়ী কুহীগী উনা শাবনি। মশা মরেং মনা ম্লান্না ম্লাওই। নান্না হিদোকুনা শাবা নত্তে। পুগ্রে উখিদরে দোলাইদো। মিংনা উবা ফংখিদরে। খঙনীংবগী ইখৌ লাংবলি হেনগংলক্লি। পুক্লীং তন্নাং তশোই লাওতক্লে।

ওহাক লৈরগা ওজা থোমাগী মচামুপী মুন্দরী লাকই। পুগ্রিবা দোলাইদো উরকপ্রা হায়না ঐনা মঙোম্বা হংত্তি। মানা থেংনরকই হায়রগা হন্জবা তৌদনা মথা তাথরকই বারী

য়াংগোওড্ মরীকচুম্না কজনা নীথরকই। তরাও খুলদগী থরা চঙলগা থমনা পোকপীদগীসু থরা হাইজিন্নগা খুল অমা লৈ। খুলদু অসিদগীদি থরা থাম্নী লম্বী থোংদু কয়া খুদোং চাদে ফংহে। দোলাইদু খুল অদুদগী পুবকপনি ককচীংগী ডাক্তর য়ৌনবা পুগদৌরিবনি। দোলাইদা পুন্নিবা মী অদো হুপীনি। চিংনতুনা মচা পোকপা গুমদতুনা লৈবা হুমিং হুমনি শুরে হায়। য়াগত্রা হায়তুনা খাওলকপনি। অদুদা অসুম হেন-জিল্লকপদগী থাওবা য়াত্রতুনা ককচীং ডাক্তর তান্না পুন্নিবনি হায়।

নীংশিংবগী পরেংদা লাক্লি মথং মথং। থেংনরকপা থেল ময়াম অমা। থম্বথেল লৈবোংথেল, লাঙথেল, শন্নাংথেল, মপীথেল, শিরোইথেল, তুয়ুংবীথেল নোংআয়থেল, শঙাইথেল, উচ্চাথেল। খোং ময়াম অমা থমংখোং, থগ্নাখোং, লৈতংখোং, ওান্নপীখোং, লৈমাখোং, শিখোং, য়াইখোং, লোখোং, মেরাখোং, য়াকেংখোং শন্দংখোং। তুরেল কয়ানি মণিপুরদা চেন্নিবা। নী থি তুরেল, চকপী তুরেল, খুগা তুরেল, ঈরং তুরেল, যরাক তুরেল, নম্বুল, জিরি, ইম্ফাল, ঈরীল, কোংবা, নাগা, লুরাংলৈ অসিনচিংবা।

থেল খোং অমদি তুরেল ময়ামসিনা য়ারী কয়া লীবিক্লি ঐখোয়দা লোইবা নাইত্রবা শক্লোন কয়াগী। নীংশিংলুপদা তু চুংডি মিংতগী পি তাখিবা থঙহৌদে। থায়নগী ইপা ইপুগী পুন্নারী কয়াগা ঈয়োম্ননরবা থেলনি, খোংনি তুরেলনি।

মিংতা শং শংনা উরক্লি অত্তুনা চাংদা শম পুবী অত্নম মরী কাখংপদো। শম মচুংদা রাপী উতোং থগাইমুক শাংবা অত্নুনা পীক থল্লা হাপ্লগা। উতোং মচুং অতুস্থু ঈশিংনা পীক থল্লা য়্যাওরী। ঈশিং হৈদোকখিদনবা চরু ইনানা লৈশিন্দুনা কল্লা মেনশিল্লি। মখোয় অদো ঈশিং অা লোকথাদগী শোকলুরগা চাংদোন যৌনবা কাগদৌরিবনি। মসিনী মখোয়গী পুল্লী। চুপা মখৈনা শীংজং থাংজৌ পুতুনা চংলমগনি জঙ্গলদা মোংশোংদা শীং চনবা, লৌবুক্তা লৌ উবা লৌ পেংবা। লৌফমস্থু অা লোকথাদা।

শেগাযববা শঙ্গোই অফৈবা অমগী য়েনথাদা লেগশূমল অমদা ফৌ শুরিবী হস্থু মাইল্লে চল্লবী হস্থুবী পুংখায় অমুক্তী মচুংদা শুক অদো মরী মঙারক্তমক থাংগৎলি। করম্বা মতমদা হস্থুবীদো চেঙ চোইবা লোইগনি। খঙদে কনানস্থু খল্লুদে কনানস্থু। যুম অমগী মাঙোলদা চুংশা য়্যাইহুনা ফল্লিবা মমায় কুরু কারবা, অমিং মশেন মরাং উরবা, পোংশক অমতা শেংবা উত্রবা অহল অতুবু কনানা য়োংশিনবিরমগদগে কনানা শোন্নবিরমগদগে?

অমরোমদা অমুক লৈশা নহা মচা অনী ইনশাং থিবা চংথি শম অমমম য়্যাক্সুনা থাঙ মচা অমমম পাম্নরগা। লোকচুং মান্নং জঙ্গল উমং য়্যামদা। মখোযগী য়্যারী তারকই ইনশাং থিবা চংথিবা চুপীমচা অনী অতুগী মরক্তা অমদি হল্লক্তে থিবস্থু কংদ্রে। থা ৩/৪ হায়জিল্লক্লে চুপী মচা অতুনা মাঙথিবা এ

নুমিৎ ভরান্নিমুক্তি মমা মপাক্তনা ঋায়া কয়া খিরম্মী। ফংক্রবা অক্তদা মমা মপাম্মু খিখিক্রে। লাইনা পুখ্রবনিমাদি লাইগী মচানি। মীরক্তা মতম কুইনা লাইগী মচা থম্নীংদক্তুনা লৌশিন খিবনি অস্নুম্না। মমা মপাগী মুংঙাইতবা অদো থর মখৈদি কোক্রবা, পেনথোকপা ভম্নবা ময়াম্না শাগৎতুনা হায়বা ওইরম্বম্নু য়াই।

অম্নুম্না চৌংগী লমদা মাঙখ্রিবসি ফনা যামশিল্লক্লে হায়। নুপামচাদি অমতা মাঙখিদে নুপীমচাতমক মাঙখি। কবিদগীনো করিননো থল্লি। নুপীমচাদি পাঙ্গলদা নুপামচাদৈ থরা হৈম্বে থরা শোল্লি। লমজেল যাঙদে নুপামচাগুম কয়া চেনবা ঙমদে। উ কাবম্নু হৈতে নুপামচানা হেল্লি। শা কৈনা তান্নরক্লবদি চেনবা লোৎপা কয়া হৈতবনা মরম ওউরমগত্রা থল্লি। নত্রগা মতৌ করম্না মাঙখ্রিবনো? রাথল্লা লাম্বা ফংখিদে। রাথনগী লংলা লংজীন পুনখি। রাথল থোকখিদে। মতৌ করম্না কদায়দা চৎখ্রিবনো? চৌংগী নুপীমচাশিংদো চৌংগী লৈশাশিংদো।

মথং মথং লাক্লি নীংশিংবগী পবেংদা লাক্লি হৌনক্তুনা লাক্লি মরী মরী। হৌঙ্রবা মতমগী রানি। মতম কুইনগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অম। মৌ নহা মচানি। মাগী মচা নীপা অমথক লৈ। চহী অনী থরা হেল্লে হায় অঙাংদো। অমানা মতমবাক্তা পয়ক্তুনা কম্নি। ঐনা অঙাং অতু মমিং করি কৌই হায়ক্তুনা হংঙি। অমাক্তুনা থুক্কলকই মমিং অনী গুই

অমনা মৈতৈ মমিংনি অমনা কবুই মমিংনি। কবুই মমিংশো মপু মবেন্না খোনবনি অতুগা মৈতৈ মমিংনা ঐনা খোনবনি।

করিগী মমিং অনী খোল্লিবনো? কবুই মমিংতমক খোনবা য়াত্রা?

য়াদি য়াই অতুদা মপাদি মৈতৈনিদে। অতুদা অশাংসে মৈতৈনি হায়বা খঙনবা মৈতৈ মিং অমসু খোনবনিদা।

মথাক্তুগী রাহয়শিংতু তাবদা মখা তাবা রারীশিং মুপীতুগী মরমদা খঙনীংখি। হংস্থ হংখি। মুপী অতুনা মাগী রারী পূমমক অমতা চিংথদনা অখাকপা লৈতনা লৌখি মমিংতগী মপি তৈথোক তৈথোক।

রারীতুদি অসিনি— মুপী অতু লৈশাবিতৈদা মশক মতৌ ফজবী, চুং ফিরান চাবী, শাবান মুস্তি ফজবী অমা ওইনা হৌরকখি। খুনগী পাখং খুদিংনা কল্লকলাইংঙাই মিতানীংঙাই ওইনখি। অতুবু মরাইবক থীবদি ইম্ফালদগী ড্রাইভর অমনা মোইথেম তৌখি। ড্রাইভর অতুদি হঙৎ হন্দা চৎপনি অহীং অমা তমেংলোংদা লেক অহীং অমনা ইম্ফালদা লেক নোংমা নোংমা কাম্লনা। ইম্ফালদগী থুংলবা খুদিংগী লৈবিরকই খুজি নাসি ফুরিং ফি, ইনফি পাউদর। অরং অরাক ময়ামতুনা শুমহংখি মাগী থম্মোয়। খুনগী পাখং থওইনা খনখিদে। লৈখি ইম্ফালগী ড্রাইভর অতুদা।

মুপী অতুনা মীরোল্লমতুনা মচা পোক্কদবা থা অনীরোম য়াংলিতৈদা নোংমা মুমিদাং অমা চাক তোক্কবা মতুংলাং শককম

হুনজিন্না য়ান্না শুকখনা ড্রাইভর অতুনা হায়খি— ঐ উথ্লদা তারে। নঙবু মফম অতুদা পুতুনা চংপস্নু নঙ লৈবদা কয়া ফুংঙাইগনি থাজদে। আদা কনা থঙনদবা মরক্তা নতোমতস্মু লৈহন্নীংদে। ঐদি ঐগী শিনফম্না হঙ্গং হন্দা চংতবা য়াদবনিদ্দা। ঐ মফম থঙত্রে য়াখন থনফম থঙদে। সিদদি ঐ লৈ৲বস্মু নমা নচা হৌমিন চামিন্নবা ময়াম লৈদো। অতুগী মথক্তা খুল অসি নঙগীদি নথুন্নিদো। য়াগস্নু অঙাং পোক্লমদাইদা তাক্লকউ পাউ হায়রকউ। ঐ শোযদনা ছুটি লৌরগা লাক্কে। নঙ করিমতা ফুংশা থীগস্নু।

মপুরোইবগী য়াতু তাবদা করি খুমফম লৈখিদ। য়া ভাওথোকপস্নু ঙগখিদে। মপি মতুম মতুম শিস্থনা কপ্পা নত্তনা। পাউ কয়া চেনখি। চিঠি কয়া থাখি মহাক লাকখিদে। ঙসি ফাওবা লাক্কে। মমায় ফাও ওল্লকখিদ্রে। অঙাং ফনা য়ান্না চাউরে। মহাক লাক্লবোই স্নুপশ.ক লাক্লরোই।

ময়ামসীনি চীংগী পুন্সীদা ঐনা থেংনজরকপা। লীতুনা লোইররোইদবা বারী কযানি। লস্বী থোং ফত্তবনা মরম ওই খুদো৲থীবা অরাবা কযানো চী৲মীশি না থে নরিবা। চী গী মী অযাম্বা মপুন্সি তেল্লি। হিংনবগী লানফমদা শু-.নাম্বা কনমনখিবনা মপুন্সি তেনবনি।

চীংমীগী অরাবা মুংঙাইবা খুদোংথীবা কয়াবু থম্ন থল্পা তুমথগ্রবমাল্লে মুমিংতুগী অহীংদো। অহীংঙ্গুদা মঙ অমা মঙলম্মী। মঙতুদা উরম্মী শয়ী কুইনী দোলাইদো। কমলা-

থাবীদা ওজা থোমাগী মাঙোলদা কম্লিংগৈ উখিবা দোলাইদো। ঐনা দোলাই থাম্মী। দোলাই মথক্তা পুরিবা মুপী অদুনা হোৌগৎতুনা কম্লগা ঐবু কৌব্রকই। কৌবত্থু তাদুনা কম্মুংদগী হোৌগৎলি থংগ্রেক থং।

৯

# কোসবাদ লৈকোলগী লৈরাং

পুনেদগী নেসন্যাল বার্কসোপ যাওক্নরগা হল্লকপা লম্বীদা ঐনা ঐগী মরূপতা হায়। কোসবাদ হায়বা অনুত্তাই ভাগনা লৈবা খুঙ্গং অদো ওন্থোক্ল চৎনীংঙ্গেদা ঐদি। ঐ বোম্বেদা অমুক হল্লা লাকপা ওমনি হায়বস্থু থাজদে। অদুনা মিঃ রামস্বামী উপায় অমতদি তৌবীয়ু হায়বদা মানা খুমলকই মাদি ওফিসকী থাদোকপা য়াদবা থবক থরা লৈরে। মেঘালয় অমস্থুং মিজোরামদস্থু লাকনি হায়দুনা টুর প্রোগ্রাম পীগ্রে। তারিক পীগ্রবনিনা য়েথোকনীংঙ্গে। ঐ মী অমা নেকপীরগে। মাগা লোযনদুনা চৎলো। ঐনা নেকদৌরিবা মুপাসে লম অদুবু য়াম্না মুন্না খঙবনি। ফরে হায়দুনা মানা হায়বদো হরাওনা য়াই।

বোম্বে ষ্টেসনদা কুমথরে। রামস্বামীগী মরূপ অমগী মুমদা চৎলি। মফম অদুদা থুংদুনা চাক ঈশিংনচিংবা চারে। মাদি হয়েং অযুক ওস্তা পুং ৫ ½ দা কলিকাতাগী প্লেনদা পাইগ্র গনি। ঐগীদমক মহাকী মরূপকী মনাওনীপাস্থু নেক্লে।

মুংখিল পূং ২½ দা কোসবাদকী রেল তোংগদবনি। দাত্রা ষ্টেশনদগী কারগা হায়। রামস্বামীনা দাত্রাগী ষ্টেশন ফাওবা থিন্দোকই। ঐগা চৎমিন্নগদৌরিবা মুপা অদুদা ঐখোয়গী থুংফম লৈফমনচিংবা মচা খায়না তাকই। রামস্বামী লৈহৌরে। ঐখোয় রেলগাড়ী তোংখৎতুনা কোসবাদ পাংলে।

দাত্রাদগী কোসবাদ ফাওবদু পূং ৩/৪ দগী হেন্না চঙদে। পূং ৬ তাবগী অদুরাইদা ঐখোয় কোসবাদ ষ্টেশনদা কুমথৈ। অতোরিক্লো অমদা চৎলি থুংগদবা হোটেল অদুদা। নোংঙাল্লগা অমুতাই ভাঘনা লৈবা মফমদু তাম্না চৎলি।

অমুতাই ভাঘনা লৈবা যুমদু য়ৌরে। যুমদু থুঙ্গংগী যুমনি। অদুবু কাখন শরদি থায়দোকই। পোং-চৈ থমফম, লাইরিক থমফম, ফমুং কা, ফমফম কা অসিনচিংবা তোঙান তোঙান্না থায়দোকুনা লৈ। অহল মতম ওইরবী অমুতাই ভাঘ মাঙ্গোল হায়গদরা ফমফম কা হায়গদরা মীফম কা হায়গদরা অমদা চৌকী মখোঙ নেম্বা ভাফম থুদিং মোন্না ভাতুনা ফমলম্মী হিসাব শুতুনা। ঐগা চৎমিন্নরিবা অদুনা ঐগী শক তাকই।

অদুদগী মানা হংঙকই— করি তৌবা লাকপনো? চুম্না লম কোয়বা লাকপরা?

নত্তে। অদোমবু উম্নগে লাকচবনি। ঐ মণিপুরদগীনি।

মণিপুরদি কদাইদা লৈ?

ভারতকী নোংপোক চিদাই খম থেংবদা লৈবা লৈবাক্কি। মখাংদ ব্রহ্মা লৈরে।

কোমবাদনা নোংচুপ ভারতকী ওমখৈ। আরব সাগোরগী তোর্বান্দা। মণিপুরনা নোংপোক ভারতকী ওমখৈ। ব্রহ্মাগা ওাইনবা। ওাইখো নওনা ওমখৈ অমদগী ওমখৈ অমা য়ৌনা অম্নুক লাপ্পদগী ঐবু উনবা লাক্লিববু করিগীনো? করি অরুবা মরম লৈবগে?

অদোম্না ইবিবা "হাও তু রন এ বালরাডী" হায়বা লাইরিক অতু ঐনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকচরে হায়বদি ঐখোয়গী ইমালোন্দা হন্দোকচরে। লোইবদি ফনা কুইরবনি। লাইরিক অসি নওগী অয়ার্বা চে য়াওদ্রবদি ছাপা নম্বা ওমদতুনা লৈরে। অয়া চে অতু পীবিযু হায়না ইশা লাকচবনি।

'মতুগী ওইরবদি নশা লাক্রবস্নু পোষ্ট কার্দ অমা থাদরক্লগা যাবতুবো। শেল তিংনা নশা রানা লাক্রবস্নু" হায়রগা নুপীমচা অমা কৌতুনা মাগী লেতর হেডকা কলমগা পুরকউ হায়। খুদক্তা অযা-চেচু ইতুনা মখুৎনা সহী তৌরগা ঐওোন্দা পী অতুগা হায়রকই "লাইরিক্তুবু নথোয়দা কায়গদ্রনে?"

কায়গনি। য়ায়া কায়গনি থন্দুনা হন্দোকচবনি। পোষ্টতা চিঠি থারক্তুনা নওগী পার্মিসন লৌবা য়াই। অতুদা নশক ইশক উনরগা নওনা হরাওনা নখুৎনা ইতুনা পীবা মতু ঐগী ইখুৎনা লৌজবা অদো পামতুনা তৌবনি। অত্তোম্না

রাক্কম অমনা নগুনা পাওথোক্লিবা সংস্থান অসে য়েংনীংবনা অচৌবা মবম অমস্তুনি। যাবিরবদি সংস্থান অসিদা করি করি পাওথোকলিবগে হায়রবস্থু শুনা য়েংজগে। ঐগী রাস্তু তাবদা অসুতাই ভাষনা মীয়াম চল্লবী মুপী অমা কৌশিন্নি। মতোঙ্দা ঐবু পুক্নুনা য়েংবা য়াবমথৈ শুনা য়েংহল্লু হায়না শিন্নে।

মথং মনাও নাইনা য়েংতি। থবক অম শিন অমা পাযক্নুনা নোংমগী চায়। তান্নবা হোংনবিবা থবক শুফম যেংহল্লি। যোং শাফম, উ শুফম, ফি শাফম, তূফম লোনফম অসিনচিংবা। থবকশিং অমস্তুং মত্তুবু শুরিবা মীওইশিং অত্তুবু উবদা পূক্লীংদা মুওাইবা অমা পোক্লকই মুংশিবা অমা পোক্লকই। লমজীংলিবী মুপী অত্নুনা হায মত্তুদা লৈবিবা অওাং মযামদো মমা মপা লৈত্রবনা অযান্ননি। কনাগুম্বা লৈবা যাওরবস্থু মচাবু হন্না য়েংবা ভমজত্রবা মীওইগী মচা মগু ভাকনি। অত্তুগা অওাংশিং অত্নুনা চাউরক্লত্নুনা মহৈ মশিং মপুং ফানা হৈরক্নুনা মযুম মকৈ পান্দুনা চংখিবস্থু য়াওই। থরনা মযুম মকৈ পাল্লবা তুংদা সংস্থান অত্তুদা থবক তৌত্নুনা, ওজা ওইত্নুনা লৈবস্থু য়াওই। মখোয়ত্তুগী তলব সংস্থান অত্তুগী ফণ্ডগী পী হায়।

মথংদা চংলি চক্কু শাক্কম লৈপাক্কী পাত্র শাফম যেংবা। শারিবা চক্কু, কুলা, চুরুট তাম্বি কম্বোক্লবা পাত্র গমলা, লৈ শেয়বা পাত্র অসিনচিংবা কম্নাগী শাফম নৈ ইকফম। মথংগী কাদা লৈ লৈপাক্লা শাবা লাই ময়াম মথক মংলগী।

মৈ ইকপল্লু য়াওই ইক্তবল্লু য়াওই। পরেং শানা খিন্দুনা থম্মী। লাই মযামদো অঙাংশিং অহুনা শাবা ঙাক্তনি হায়। মথোয়গী শান্নপাংনি। সহরদা য়োনবা অচৌবা কল কারখানাদা শাবা শান্নপোংক্তি মমল য়াম্বনিনা লৈবা ওমদে। অহুনা অঙাংশিংনা মানা মানা শান্নজবা মওংদা শাজহুনা শান্নজবনি। শেল ত্তিংদনা অঙাংশিংবু মত্তৌ করম্না করম্বা মওংদা করি পোং শীঙি য়হুনা মহৈ মশিং তমহনগদগে হাযবা মীযামদা খঙহনবনি।

মথংদা ঐবু পুখী অঙাংশিংগী শান্নফম যেংবা। হোরী বান্দোং অহাইবীদা উবীনা শাবনি অঙাংশিংনা হরাওনা হাইহুনা শান্নবি। খরনা অমাং কোইরৌ তান্নবি। খরনা শগোল তোংবী, ফিবুল হাবী, কাবাড়ি শান্নবল্লু যাওবি। কাওজে শান্নে। য়ারু উরুনা শাবা উ অকোনবা য়া অকোনবনা শাবা কাওজে কাঙক্রম শীজিন্নহুনা। শান্নবগী নুংঙাইবদি অগহানি থেন্নদে। পোংশক্তনি থুংলাযদনি থেন্নরিবদি। পু-পা, শুনা নাওকোন্দ্রবা হন্না যেংবদা কনা উদ্রবা, মাগীনি হাযহুনা মপা মতোল অনতা চোংথোকপীবক্ত্রবা অঙাং ঙাক্তনি থুঙংহুদা লৈরিবহু। কোসবাদ লৈকোলদা শাংলিবনি অঙাং ময়ামহু লৈবা, ওইনা। কোসবাদ লৈকোলগী মালি কযাদা হরাওবমগবা লৈবাংশিংহুবু উবদা। লৈরাং লৈখোঙ শোমজবগী ঈশি চাইজবগী মহয় য়াল্লে থন।

তাইবংপাল অসে মথল মথেলগী শিন্দমশঙ লৈ। অমগা অমম্বা থেন্নৈ মায়্নদে। তোঙান তোঙানবা পোংশক্না শাবা

ওাক্তনি। লৌশিংগী পুকৈদি কোক। কোক্তগী থোরকপা রাখল। রাখল ময়ামগী লৈকোলদগী শাংলকপা লৈরাংনি কোসবাদ লৈকোলগী লৈরা'।

কোসবাদকী মফম অয়াম্বা হায়বদি শিন্দম শঙ অসিনা কোক্লিবা মফম খুদিং লৌউ শিংউবগী, মহয় মরোং থাবগী, ইংথোল কোইবগী থৌরম পাঙথোক্লিবা মফম শুনা অমতা চিংথদনা য়েংলুরে। অঙাং ময়ামগী চাকশঙ থোং থাক্লিবা পুম্নমক য়েংলুরে। য়েংবা লোইরে চংলমদাইদা অহল ওইরবী অমুতাই ভাঘ অমুক্ত, উনরমফম থোকই, থাগৎ রাহয় অমা অনীদ, হায়রমনীংঙি চঙলে মাগী মনাক্তা।

ঐবু হেক উবমক্তদা হংঙি মানা য়েংবা লোইরব্রা হাযত্নুনা। অত্নুদগী ঐবু মনাক্তা ফয়্রো রারী থরা তাখো লীগে হায়ত্নুনা লীথরকই— খুঙ্গংগী অঙাংশিংগী শিন্দমশঙ শানবা মফম অসি খুন মশানা কংলকপনি। সংস্থান অসিবু লিংথংগীরম্বদি লৈখিত্রবী শ্রীমতী ৺তারাবাই য়োদোকনি। চহী ৩০ চুপনা শোংথরবা খুঙ্গং অমস্তং চীংগী লমদ। অঙাংশিংনা মহৈ তম্বদা থুদোং চাদবা কয়া লৈরিবসে মতৌ করম্না কোকপা ওমগনি হায়বসি মহাক চাংয়েং তৌত্নুনা লাকখি। চাংযেং কয়া তৌত্নুনা লাক্লবা মতুংদা মায় পাকপা ওমখি। মায় পাকপা অত্নুনি ঐথোয়না ওসি উরিবা কোসবাদ।

বালরাডী হায়বা রাহয় অসিমক শীজিন্নত্নুনা ভাবতকী চাউখংপা য়ৌত্রিবা খুঙ্গং অয়াম্বদা বালরাডী লিংখংখরে।

বালরাড়ী হায়বা রাহয় অসি মারাঠী লোন্দগী লৌথোরকপনি। “রাদি” হায়বগী অর্থদি হৈকোল, লৈকোল নত্রগা অপীকপা ইংখোল হায়বনি। হৈকোল লৈকোল য়েংশিনবগী থবকা অণাং য়েংশিনবগী থবকা মাম্নে হায়তুনা রাহয় অসি য়াম্না চান্নবা শীজিন্নখি। হৈকোল লৈকোল শেম্বী শাবীতুনা য়েংশিনবিবগুম অণাংশিংবুস্থু পুক্লীং হুকচাং চাউখৎলক্নবা লম্বী শেমবীগদবনি হায়বনি।

থুঙ্গংদা মচাক ফংলবদি করিগীদমক্তা পোৎ চৈ শান্নপোৎ নচিংবা শাবা ঙমলোইদগে? তম্বীবদা চঙগদবা থুজু থুংলাই থুদিংমক থুঙ্গংদা ফংবা মচাক মথুমনা শাহনবদা ফজনা শীজিন্নবা য়াখি। মীয়াম্না হেন্নস্থু পাম্নখি। কৈথেলদা যোনবা ফজবা মমল য়াম্বা পোৎতগীস্থু মতুনা হেন্না ফৈ কনস্থু কল্লি। থুঙ্গংদা শাবা পোৎচৈশিং অতুগা মীরৈবাক্কী পুশিল্লকপা পোৎচৈশিং অতুগা চাংদম্নবদা শীজিন্নবা য়াই, খুংলোইবস্থু হেল্লি। অসিদস্থু নত্তনা থুঙ্গংগী খুৎশা হৈবা মীশিংবু জ্ঞান হেনগৎহল্লি কান্নহল্লি। শেল নীংথিনা তানজবা ঙম্মী। বালরাড়ীবু মীয়াম্না হেন্না পাম্নরকলিবসি মরম অসিননি।

ময়াম অসিনি ঐথোয়গী সংস্থান অসিগী উদ্দেশ্য। অম্মুম্না রারী লীবিরকই অহল ওইরবী সংস্থান অতুগী মকোক ওইরিবী লমজীং লমতাক তৌরিবী অম্মুতাই ভাবনা। ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা মহাক্না হূবিরকই—

“নহাক কৈদৌঙৈ চৎকনি?”

হয়েং অয়ুক পূং ৫ই দা চৎকনি।

কবিদা চৎকনি ? প্লেন্নরা রেলগাড়ীদরা ?

বোম্বেদগী কলিকাতা ফাওবা পাইগনি। অদুদগী কলিকাতাদগী অমুক ইম্ফাল ফাওবা পাইগনি।

মানা মখোয়গী ইনশাং মহাও তংখো চাক চাখো হায়দুনা হাযরে। অহল অদুনা হাযবদুদা ঐস্থ য়াবে চামিন্নরে। মানা চানা চানা হায়— ঐখোযগী চাকথুম অসি কম্যুনিতি কিতচন হাযবদুনি। মযাম অসি রুটিন অমগী মতুং ইন্না চাক থোংবগী যেনবগী পালি নাইনৈ। চাবগী কোন লিক্তি গশা মশানা ফেংনৈ। সংস্থান অদুদা লৈরিবা মী হাইফেৎ যাম্মী। মখোয় মযামদু পুন্না চামিন্নব্রা ? হংবদা চাকথুম মরী মঙা শুই হায়।

অনুতাই ভাগতগী বিদায় লৌদুনা ঐখোয় কোসবাদ থাদাক্রাম্ল। বোম্বে পাংলক্লে।

অমম অঙান শিন্নবা মতম অদুদা বোম্বেগী এযারপোর্ট পাংই তেক্সী অমদা। অদুবু ঐনা এযারপোর্ট হেক চঙবগা কলিকাতাগী প্লেন পাইখৎখিবদ' ঙাইরি হায'ব। কাউনটরদা চঙদুনা হযে, অয়ুক্কী বুক তৌবে। কাউনটরদা ফম্লিবা নুপী শিংদুনা ঐগী খঙজদবা অদুদা অমদি ফিক্লেৎ চাকশেঙ অদু উবদা যাবিবা অমদি য়ানবা তৌবীবা মাল্লি। নত্রবদি টিকেতকী শেল মাঙলমগদবনি।

ওসি অয়ুক পূং ৫ই তাবদগী হয়েং অয়ুক্কী পূং ৫ই তাবা ফাওবা ঐ কদাইদা লৈগনি হায়বসি খনফম খঙদে। ময়াম্

ঙাইনজুনা ফমলিবা অদুগী মরক্তা ঐস্মু ঐগী উপু পুশিন্দুনা মথাদা থম্নগা অহাঙবা চৌকি অমদা ফমজুনা রাখল তৌই। কদায়দা অহীং লেক্কনি? বোম্বেদা ঐগী খঙনা চান্নবা অমতা নৈতে। হোটেলস্মু মফম মরাঙ খঙদে। হোটেল অনকপা অমদ' লেকলুবা তাররবস্মু ভারা তিংগনি। ভাবা তিংবদা নত্তুনা চংথোক চংশিন তৌবদা টেক্সীরালানা লম্বী কোইনা কোইনা পুবিজুনা ঙসিগী প্লেন নংদবগুম নংদবস্মু যাই।

নক্কুনা ফম্লিবা মুপা অমদা করম্বা মতমদা চংকদবনো বদাযদা চংকদৌরিবনো হংঙি। মুপাজুনা কলিকাতা চংকদৌরিনি, হয়েং অযুক পাইগনি হায। মানা মথা তানা হোটেলদা নৈববদি নংদবস্মু যাই অযুক অঙনবদা পাইগদবনি এয়ারপোর্টতা লৈবগে হায়জুনা তৌবনি। রাত্তু তাবদা ঐহাক থরা মুঙাই। শোয় চনী তানা হোন্দোকই। ঐস্মু মাস্মু চপ মান্নে। মাস্মু ঐগুম্না চৌকিদা ফমজুনা অহীং অত্তুমা লেনগদৌবিনি। ঐ হবাওই ঐ মুঙাই। ঐথায অনীতা নত্তে হযেং নোংঙানফাও চৌবিদা ফমজুনা লেনগদৌরিবা যাত্রীক তরামুক গুজিল্লক্লে।

কনাগুম্বা যাত্রীক্না টিফিন কেরিয়াবদগী তন্দ শাক পুথোক্লুনা চাবস্মু যাওই। পুরক্কবা কাওবুনা লেজুনা চায়। ঐস্মু লৈজুনা চায লৈজুনা চাবদগী খ্বাইদগী হাউবদি হৈতুপ মহীদুনি। থক্কে হায়বা মীওই লাক্লগা গুম্বনি। গ্লাস অমদা লুপা অনী মথায়না মমলনি। অস্মুম্না থক থক্কুনা মতম লেপ্লি

নোংঙানবা ঙাইহনা। ঐনা পোৎথা পোৎথা থরুকপা গ্লাস মরীথক্তনি।

নোংঙান্নে। পুং মঙা তারে। কলিকাতাগী পেসেনজর ওয়া সিক্যুরিতি এনক্লোজাবদা চঙবা য়াগনি হায়হনা মাইকতা লাউথোরকই মযাম পুম্নমক মাগী মাগী মপোৎ পায়নহনা চঙনজে। ঐস্ন চঙলে। কোসবাদ খোঙচৎ লোইরে।

১০

# কাশমীর হৈকোল

কাশমীর চৎকনি। চৎকনি হায়রবসিদা পুক্নীংসি তয়াং তশোই মরাও মরাওঙি। মণিপুর সরকারনসু হরাওনা মপান চৎপগী অয়াবা থীন্দনা পীরকই। ঐনা চৎকদৌরিবদো মণিপুর সরকারনা শেল তিংলোই ইউনিসেফনা পীগদবনি। মতুনা মরম ওইরম্বা য়াই। চৎলে কাশমীরগীদমক্তা খোঙশাল্লে।

কলিকতা এয়ারপোর্টতা থুংই ইহান হানবদা। দিল্লীগী প্লেন থাবা ঙাইনরি ফমতুনা ময়াম। ওহাক ফম্লিবৈ অতুদা চঙঙকই কুচু ভৌবা সাহেব অমা। হংল্লি ঐঙোন্দা "এক্সকুয্জ মি, আর ইউ মিস প্রমোদিনী?"

ঐনা মাল্লি হায়না খুন্মী। মহাক্না মখা তানা হায়রকই মাসু কাশমীরদা তৌগদৌরিবা নেসন্যাল সেমিনার অতুদা য়াওবা চৎলিবনি হায়না। ঐসু খোঙবু লৈরে হায়তুনা হরাওবা ফুংঙাইবা পোকই। কদোমদগী লাকপনো হংবদা মহাক আনদামানদগী লাকপনি হায়। ওহাক লৈরগা কুচু ভৌবা সাহেব অমসু ঐখোয়না য়ায়ী শারিবা মফম অতুদা চঙতুনা

য়াৎরৈ। মহাক খা নোংপোক এসিয়াগী ইউনেসেফকী থবক পুবা মকে,ক্লি হায়। মাস্থু ঐগী মিং তাবে হায়। তাববা তাদবরা খণ্ডদে ঐনা মুংঙাইনবা হায়জিন্নিজাৎলা খণ্ডদে। ওইনী,বা অমা ওইজরসন্থু। ঐনা ফম্লিবত্থু মী পুনফম ওইনা তৌই। ফিজেৎ চাকশেৎনরী? কুচু কুমেন মতানরা? মাযথোঙ লৈতেম ইমান মান্নবা মিং নাতোনগী অতো' অকুৎ ইবৈ লৈতবনবা? করিনো খণ্ডদে যে নীংবা অমদি পোক্লম্বা তায। মন্নপশিংদো অমুক লাকই অমুক চৎখি। চৎখিবদগী হনজিল্লকুবস্থু যাওই। অম্থুম্না প্লেনগী মতম ঙাইনরি ওইদবা ৱারী কযা শা অওইবা ৱাৰী কযা শা।

ঐনা ফম্লিবত্থুগী পরেং মরী মঙা কাল্লগা মুপী অমা নাইতোম ফম্লি। ঐঙোন্দা মানা ফল্লপ ফল্লপ যে,ওকই ঐস্থু যেংঙি। মাগী মশগ অত্থু উবদা নী,শি,হল্লি মোইবাংগী নোংবান কোংশ্বাম্বগী মচনমুপী তোবো। মশ্বং মত্র, কুরু কায লাইগী খুৎশেম্না মীগী খুৎশেম্না চি মহল্লি। মাস্থু ঐদৌনা মমায লৈতেম মান্নে। মানা মমায পাকপা হেল্লি। কুচুস্থু ঐঙোন্দগী হেন্না ঙৌই। কুচু কুমেন ফজে তঙাং তঙাংলদনা। ফিজেৎনা ঐদৌনা মাগী জাতিগী ফিজেৎ শেগত্ত নোংচুপলোমগী ফিজেৎ খ্বাঙদা মেক্সী শেং, খুনীং ৱাংবী খোঙউপ তোং, ফুবিৎতা জিংপী ইনফী ইন্দবী। যেংবদা মাল্লি—নেপাল ভুতান, অরুনাচল, নাগালেন্দ, মিজোরাম খাসী নত্রগা গারো মুপী।

মাস্থু ঐখোয়না তোংগদৌরিবা প্লেন অত্থুদা কাখৎখিৱা

উই। কদায়দা সিট নম্বর কয়াদা করখিবনো খঙহৌদ্রে। মশক উখিদরে। দিল্লী এয়ারপোর্টতা প্লেন তারে। প্লেনদগী কুমথরকপদা উখি। অদুবু মশাক কদোম চৎখিবনো খঙহৌদ্রে। ঐখোয়না ঐখোয়গী মণিপুর হাউসতা থুংরগুম মাম্নু মখোয়গী হাউসতা থুংলমগনি খল্লি। নোং ভাল্লগা ঐখোয় শ্রীনগর চৎকদবগী প্লেন তোংগদৌরে। মুপীদু কোহিমাগী অঙ্গামিগী ফিজন শেৎলদুনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লকই নে.কমি নোকমি তৌরদুনা। ঐসু মাগুম নোকই। মাগী ফিজেৎ অদু উবদগী থরা নকশিল্লকখি মশাস্নু নকশিল্লকই।

যাম্না খঙনা ঐঙোন্দা "আর ইয়ু মিস প্রমোদিনী?" মানা হংলকই।

মাগ্নি।

নঙ ঐবু খঙদ্রবরা? নীংশিংদ্রবরা?

ঐ লাকশিনবা ঙমদ্রে।

আই এম চুবলা লোংকুমার। ঐখোয় গুবাহাটিদা লৈবা ছাত্রীবারী হোষ্টেলদা লৈমিন্নরকপদো নঙ কাউরবরা?

মানা রাকমদু হায়রকপদগী ভাব খংতা তারকই। নীংশিংলকখি হৌজিবা গুহাটিগী পুন্সী। খঙনরক্লবদা ঐখোয় অনী কোন্নে। হংনৈ ঐখোয় অনী অমগা অমগা মানা হায় মাদি সোসিয়েল রেলক্ষিয়ারগী সেক্রেটরিনি। ঐনা মণিপুরগী মুপী অঙাং প্রোগ্রামগী ডাইরেক্তর। ঐখোয় অনীমক নেস্তানেল সেমিনার য়াঙক্ননবা কাশমীরদা চৎলিবনি।

কাশমীর য়ৌরে। লৈফম মফম অছুমনি। থেংলগ্না চার্থ মতুং ইন্না মাগী মাগী লৈফমদা চংনথ্রে লৈনথ্রে।

নোংঙাল্লে। সেমিনার হৌরে। সেমিনার অতুদা অন্তরজাতিক সংস্থান কয়াগী মীছুং যাওই। দিল্লীগী মন্ত্রী যাওই। কুচু মুবা, কুচু ঙৌবা মুনা য়াওই। চীং লেম্মী ফজে মীতিন অছু। মতম অতুগী কাশমীরগী চিফ মিনিষ্টর ওইরিবা সেখ আবছুল্লাগী মুপীনা মীফম অতু হৌদোকই। খন্নৈ নৈনৈ। রাজাও কয়া পুথোক্লরকই। ছাযবদা ঙাভবদা যান্নদি ফজরগা থবক্তা পানশিনবা যারোইদবা কয়াম্মু যাওদবা নত্তে। চেদা রারেপ তাবা ফজে পাবা মুংঙাই। মুমিং হুমনিগী মীফম্মি হায়। লোইবদি মুমিং নীনীদা লোই। হুমনি শুবা মুমিং অতুদি লম কোযবা যেংবগী মুমিংনি।

ঐহাক্কী লৈফমনা এম এল এ হোষ্টেলদা তায়। সেখ আবছুল্লাগী বাঙ্গালাগা মায়োক্কে। এম এল হোষ্টেলদা কা অমদা ঐখোয মীছুং মরী লৈ। তোঙান তোঙানবা জাতিগী মীওই ঙাক্কনি। ফিজেৎ চাকশেং মান্নদে। মাগী মাগী জাতিগী ফিজেৎনি শেংলিবছু। মখোয়গী তুম্বগী ফিজেৎতি ফুরিং অচোনবী অছুনি। তুম্মদাইদা গন্নশা তুবোনবী পুথোক্লরক্কুনা মায় তানৈ শীজিন্নৈ। ঐনা ঐখোযগী থুদৈ উরৈরোম শংবা পুথোক্কুনা মায় তায় খোঙ হাম্মী। মখোয় অছুমক্কুনা মুন্না মুন্না ঐঙোন্দা য়েংঙি। ঐনা ফম্মুং চঙলমদাইদা পুঙৌ ফনেক হোংদোকপছু মখোয়না ফল্লপ ফল্লপ য়েংঙি। কাছুদা

খারম্লিবা কাংখোল অহুদি হোটেল অহুগা চানকাতে। চারপায় কী লোনবত্নি। চাকমনা কমন দাইনীং হোলনি। অহুবু ঐখোয়গীদি কাদা পুশিন্দুনা চাবা য়াই।

পুখম অচৌবা অমদা তেঙ্গোকুম্না কুংপা কয়া য়াওবা চাক হাকম্না থরা পাকলপ তৌনা কুংপা কোইরপ কোয়বা অমদা মথল শুনা হাপতুনা চাক পুশিল্লকই। ঐগী কাদা লৈমিন্নরিবা অহুম অহুদি মীগীদা চাকৌবা অমা লৈ হাযত্নুনা মপান্দা চংখোকখি লৈতে। পুরক্লিবা পুখম অহু উবদা কাশমীরগী পুখমসিদি থাগ্রেদা খল্লি। পুখমগী মপানসিদি কৈনো অমা তৌই হায়তুনা চাবা লোইরবা মতুংদা থাঙ্গৎতুনা য়েংলুই। থাঙ্গৎপা য়াই। পুখম মথাদা অমা লৈরম্লে। পুখম অনী শুবা অতুনা থাবা ওইরম্লে। মথা থংবা পুখম অহুদা ঈশিং অশাবা হাপ্লগা মথক থংবা অত্তুদনা চাক ইনশাং হাপ্পনি। চাক ইনশাং শানা লৈনবা অইওবা লমগী চাক চানবা পুখম ওইরম্লে।

হুমনি শুবগী অযুক্তা বসগাডী তোংতুনা লম কোয়বা য়েংবা চৎলি। কাশমীরগী চীংগী চীংযাদা চীংচেপতা লোকচপ নকপা লম্বীদা চ্যেল্লি জিরী জিরী ঐখোয়না তোংলিবা বসগাডী। য়ৌরে ঐখোয়গী লমথুড। লমদমত্তুগী মহৌশাগী ফজবা মিং পেন্নীংঙাইনি। অশংবা ফজনা কতুনা শেম্লবা শম্বল। লৈ-শু, লৈকোলদা শাংপা লৈ, গমলাদা শাংপা লৈ শাইজীনগী পরেংদা মরী চংতুনা য়াম্থ য়াম্থ শাংপা লৈ। হৈকোল য়েংঙুই

মফৈজে, লৈকোল য়েংওুই মনীংথিজৈ। হৈকোন্দা হৈতুপ মতুম মতুম পানবা ভাংশং ভাংনা বিজুলি বলফ মাল্লি। চাউবনা চাউরিবা। চাবদা হাওরগদবনু মাল্লি। লৈরক্লিবা মীথুংশঙ অত্তুনা ফজরিবা চঙথোক্লিবা। ভহাক কোয়চৎ চৎ শিনরী ফজবা মনাক্তা ফোটো থর নম। কেমেরা অত্তু ক্লিন্স য়াওরগা নম্মীবরা য়াওদনা নম্মীবরা চিংনৈ। মফম অত্তুদগী হল্লক্কুনা ঐথোয়গী লৈফমদা থুংলবদা পূং ২½ তারে।

মুংথিল মুমিদাংরাইরমদা কাশমীরগী দালপাং য়েংবা চৎলি। মৈঙান্দা থাবলদা দালপাং য়েংবা মুংঙাই। হোটেলনা থুরক হাঙদনা লৈ। চীংদোং লৈত্তোং থুদিংগী মচু মচুগী মৈনা লৈতেংলবা হোটেল কয়া লৈ। হোটেল অমদা ঐথোয় চা থকই। চা নত্তবা লীক্লিদা হাপ্পা থক্লনবা মহী অতৈস্থ থিন্দুনা লৈ দালপাংতা তাউত্তুনা লৈরিবা জহাজ মচা ময়ামদো লৈননবা যুম ওাক্তুনি। য়ুমশিং অত্তুদা লৈরিবা মীশিংত্তুনা মাগী মাগী লৈকোল মচাদা থোক্তুনা চা থক্তুনা রারী শা শা মত্তম লেল্লি। যেংবা লাকপা মীগীসু রাবত্তুনা তোংনবা হি লৈ। ঐথোয় লাকমিন্নরিবা মরূপ থরদি হি তোংত্তুনা কোয়না দালপাং যেংবা চৎখ্রি। থরনা য়েংরা' য়াবা চীংদো, কাখৎনখ্রি। দাল পাংকি ফজবনা খুংশেমগী ফজবনি। লোক্তাক পাংকি ফজবনা মহোশাগীনি। থেন্নবা হায়ববু অসিথক্তনি।

সেখ আবত্তুলাগীদা দিনার অমা লৈ নীংশিংনবকপদগী ময়ামদো থুংলৈ থুনা দালপাং য়েংবা লোইশিন্দুনা হন্নরকখি।

সেখ আবদুল্লা মতমদুগী কাশমীরগী চিফ মিনিষ্টরনি। মাগী বাঙ্গালদনি চাক চাক্লগদবা। ঐখোয়না লৈরিবা এম এল হোষ্টেলগা মায়োক্কৈ। মুমিদাংগী চরানিনা মদুগী ফিজোল শেংনৈ ময়ামদু কেনা কেনা। ফনেক শেংপনিনা ঐখোয়গী ফিজোল মখোয়না খঙ্কম থোক্তে খল্লদুনা ঐসু অরৈবা ফি শেংচিন ইনশিল্লগা নিংথম্বনিনা ওভবকোত্ত অমা মথক্তা লিং-শিল্লুনা চংলি। কনাসু য়েংলক্তে ঐগোন্দা কনা অমতনসু ঐগী ফিজেংকী মরমদা করিসু হায়বকপা লৈত্তে। যাওক্লই অদুম ময়াম মরক্তা। মায়া চম্মী সেখ আবদুল্লা অমসুং মাগী মুপী। ময়াম্সু ওক্লম্মী গেত্তা মখোয় অনীমক মথুং অনী লোয়নরদুনা।

চাক চাকম কা চাউই। কা অনীনি। কা থুদি গী টেবল অনী অনী থায়। টেবলশিং অদু চাউই শাংসু শাংই। টেবলশিং অদুদা থেনদুনা থম্মী ইনশাং মথেল। কা অমনা নিবামিসকীনী। কা অমনা শা ভাগীনি। ইনশাং মথেল থাম্মী মশীং থীবদা য়ানা থোকনি। অদুনা থীবসু থীকদ্রে। সেখ অবদুল্লানা মথেল লুকোই ময়াম শাজাইদুনা থল্লিবদু য়েংভি পুন্না মুন্না। অদুদগী থোং থাক তৌরিবা লৈরং মফম-দুদসু চঙদুনা য়েংশিল্লি। মহাক যাম্না চম্মি ষ্টেট অমগী চিফ মিনিষ্টরনি। রেডিওদা তোয়না পন্নবিবা মমিংতা তাবদা কিনরিবা সেখ আবদুল্লানি। অদুবু মহাক মী ওইরম্রে তাইবংমী অমা ওইবম্রে। মসি মথক্তুং খঙলকই।

চাবা লোইরক্তুনা থোক্লংক্রি মথং মথং। সেট অয়াদা লেপতুনা লৈরম্বী সেথ আবক্তুনা মাগী মুপীগা। মথুং অনী লোক্লরক্তুনা মখোয় অনীনা অয়ামদা বিদায় পীরৌই। ঐখোয়রদসু পীরকই।

মাগী মাগী লৈকমদা হল্লরক্লে। পোৎ য়োম্লরি মহৈ মহৈ হয়েং চৎলগনি হায়তুনা। পুথোক্তুনা য়েংনৈ মখোয় মখোয়না লৈনরকপা পোৎচৈশিং অদু। লৈনরক্লিবা পোৎতি কাশমীরগী টুপী মতু যাওবী, শাল, চৈগু, কোট, ফুরিৎ, ওভরকোট, শউনগী কোট অসিনচিংবা। মুপা মথৈনা টুপী, চৈগু, শউনগী কোট মরুওইনা লৈনরকই। মুপী মথৈনা শাল।

মথংগী মুমিৎনি। অয়ুক্তী পুং ৮ই তারে। ঐখোয় কাশমীর থাদোক্লগনি। চুবলা লোংকুমাবগা ঐগনা লৈরকখি কাশমীরগী হৈতুপ কেজি ১/২। হাপ্পবা থাউনা প্লাসতিকী অরনবী। হেক য়েংবদা ভাংশং ভাংবা মগুংদা য়াওরিবা হৈতুপতু উনবা। হৈতুপ যাওবা থাউদু যাল্লতুনা ঐখোয় অনী চৎমিন্নৈ, ফমিন্নৈ। ঐখোয়না পায়রিবা থাউশিংদু হেক য়েংবদা উই মগুংদা য়াওরিবা হৈতুপশিংদুময়েক শেংনা। অদুবু হৈতুপশিংদু মণিপুর য়োৗগদরা খওদে পুরিবা থুৎপু অদুনা।

১১

# তোর্ব্বুংগী তেরা পাম্বৈদা

# শাংপা মৈবুল

লুখিল পুং মরি মথাব তাবগী অতুরাইদা ঐ বসতগী কুমথৈ ঐনা থুংগদৌবিবা য়ুম অতুগী লৈরক মপাদা। কন্দকতর অতুদা বস ভরা লুপা অনী পীরম্মী। গাড়ী থোগ্রে চুড়াচান্দপুর তম। ঐনা লৈরক্তুদা চঙহৌই ফিরোল হাপ্লিবা থাউ মচাতু লেংবান্দা য়ান। হুমিং অদো ইরাইনি। থুংগদৌবিবা ইমুং অতুগী য়ুম্বুনা লাইশ্রমগী কামেশ্বরনি। মাগী চুপীনা মমিং লৈহাউ কোইই। মথোয় অনীতা লৈ ইমুং অতুদা। ঐনা থুংঙ্বা মতমদা য়ুমতু শো লোন্দুনা লৈরম্মী। কামেশ্বরসু লৈহাউস্ত লৈরমদে। লৈহাউগী মতৈহনগী মচানুপী কিশোরী থোরকই। কিশোরীগী য়ুমগা লৈহাউগী য়ুমগা ইংখোল অমত্তদা শাবনি। য়ুম অনীতু থংননা লৈ।

কিশোরীনা চঙশিল্লক্তুনা হায়রে "ওজা' ইন্দোমচা মোইরাং কৈথেল কাখি। হল্লকনি।" অতুগা মানা ঐগী ফমনবা ফিদা থাই। লীগী চৌকী অমা লৈহাউগী মাংগোলদা।

অত্তুদগী কিশোরীনা মখা তানা হায়রকই "খুডাতোন শোরাংকি পালা য়াউবা চংখি। ইন্দোমচাম্ সু খুডাতোনস্পু মখোয় অনীমক হল্লক্লনি। ওজা ভহাক্তুং ওাইবিবা। উনদনা লেপ্তপ্রবদি ইন্দোমচাগা খুডাতোনগা মথবাই যাম্না স্নুংভাইহৌররোই। ঐ ওজাগী চা লোল্লুখিগে।" হায়বম্নগা কিশোরী ময়ুম তাম্না চেম্না চেম্না চংখি।

ঐনা লৈহাউগী ন্নাংগোলদা ইতোম্নতা ফমত্তুনা মখোয় হল্লকপা ওাইরি। করিদি তৌনি ইতোমতা। উপায় লৈতবনিনা মখোয়গী ক্লংখোলদু কোয়েং য়েংলি। ইংখোলদুদা থৈবোং পাম্বী মওা তরুক হৌরি। শডীক যানমথৈ পাল্লি। মমাও শঙ্গোয় অরাং শঙ্গোয় লৈ। চরু, ই, শীংমুৎ শীংজা থম্না পৈত্তুনা লৈ। শম্বল ফজনা থায়। ইংখোল থুংনা ইনশাং নাপী হৌরি। অবাংপা অমতা লৈতে। শম্বল থারিবা মওং, হৌরিবা পোং, পোংথা চৈথা উপ্যাল রাপালদা মরী চংতুনা পাল্লিবা শেবোং, মাইরেল, খোংক্রুম হরাই থাক্তপাক পুম্নমক উক্লবদা নীংশিংহল্লি বাঙ্গালা দেশ, আসাম, ত্রিপুরাগী লমদম।

লৈহাউ কৈথেল কুম্নক্লে। শূমাও ময়া হাইজিল্লগদাইদা হৌবা থৈবোও মখোওত্তু য়ৌরক্লে। শূমাওদি লানশিল্লক্লি। হায়রকই— 'হাইমা। ইচেম্মদি নতোমতা ফমত্তুনা লৌবে। কিশোবীহোয় কনামতা খোবক্লাও? ইচেম্মা নমস্তে। তানজা অত্তুদা চা পুত্তুনা কিশোরী লাকই। ও ফরে ফরে। চাত্তু ইচেম্মদা লানশিল্লো।"

কিশোরীন ‘চাহ্ন ঐঙোন্দা পীরগা হায় “ইন্দোয়মচাগীসু লৌরক্নিগে ?”

লৈহাউনা “লৈহৌরিব্রাও ? ঐবুসু থকও হায়ব্রাও ? লৈহৌরবদি লৌরক্নদনা”।

লৈহৌরি লৌরক্নগে হাযরগা কিশোরী চেনখিহুনা চা কপ অমা লৌরক্নহুনা মান্দামচাদা পী। ঐখোয় অনী লৈহাউগী মাঙ্গোলদা থারিবা লীগী চৌকী অনী অতুদা ফমহুনা চা থক্না থক্না য়ারী শারি।

লৈহাউনা হংঙি ‘ ইচেম্মা চুয়া সুম লেঙওকপরা ? মফম অতৈদা লেঙঙু,বদগী উনদবা কুইরে হায়ত্বুনা লেঙশিল্লকপরা ?”

“মফম অতৈদা কৈমতা চৎলুবা লৈতে। নঙগীসিদা অতম্না লাকপনি। অহীং অনী অহুম সিদা লেক্লুনা লৈগে নখোযগা লম্লাইগী ওইবা য়ারী য়াতাই খরা শাগে। সুংঙাই-থোক্কে হাযত্তুনা লাকপনিদা লৈহাউ।” হায়না ঐনা থুম্মী।

‘‘সুংঙাইরেদা। মপানসু হয়াওবনা লোইরনি। ঐখোয় অনীতা যুম অসিদা লৈবসে ইচিক হেক চিক্লদনা সুংঙাইত্তেনে। ইচেম্মখোয় খরা তোয়না লেঙক্লগা সুংঙাইনে।”

লৈহাউগী য়াহ্ন তাবদা ঐনা হায় নখোয় অনীগী অচিকপা থুগাইগে অহুগা থুঙ্গং অসিগী মরমদা খরা খঙনীংবসু লৈহুনা লাকপনিদা।

ইচেম্মনা খঙনীংলিবু করিনোনে ?

সিনেমা অমা নমগে খল্লিবা। অহুংগীনিদা। ঐনা লেক চাহনা লৈগে হায়রিসে নওগা কামেশ্বরনা যাগ্রগদি ?

করি য়াদনি। মহোয় মপাম্ন পাউসি তাবদা হন্না ওবনা লোইরনি। ইচেম্মনা পাওথোকপীগে হায়রিদো মানা পান্স-জরবা থবক্কি হাযজরিবা। এ লাকপু লাক্রে।

কামেশ্বরনা "কয়া কুইরে ওজা লেপ্তুকপা ? মহোযগী শোরাং অহুনা থেঙনগা হৌজিল্লে। শোবিন্দ য়ৌনবা শোল্লিবনি হায়হুনা শমজিনবস্ন যাত্রে। ঈশৈ হনবহুনা অহনগা ওইশিল্লে। অহুদা থর থেংদোকগ্রবনি। ওজাগী চা মুংকা তৌরব্রাও ?"

লৈহাউনা "ঐস্ন কৈথেল কুম্নকপদা ভাইরিযে। ইচেম্মগী চা মুংকা ঐথোয়গী কিশোরীনা হোংমরয়ে।"

কামেশ্বরনা ফরে ফরে হাযরম্নগা ইমুংদা মফি মরাল হোংদোকপা চঙগ্রে। লোইহুনা থোরক্রে। মাঙ্গোম্নদা ঐথোয অহুম ফমিন্নহুনা রারী শারি। লৈহাউনা ঐনা হায়খিবা পূন্নমক্তু কামেশ্বরদা অমত্তা টিংথদনা তম্মী। তাবদা কামেশ্বর হরাওই। মথোয় অনীনা ঐঙোন্দা কযানি লৈগদগে হাযনা হংভি ঐনা নিংথৌকাবগী অযুক্তা হাইগংখিগে। নথোয় অনীগী রাদি তাত্রি।

লৈহাউনা মরক থংনা হংলক্কই "ইচেম্মগী গাড়ীগা ড্রাইভরগদি ?"

ঐদি বসনা লাকই। ঐনা ক্ষৌগদৌম্নিবা থবকসি

লম্লাইগী থবক্তি। লম্লাইগী থবক্তা সরকারগী গাডী শীজিন্নবা প্যাম্নদে। অত্তুনা বসনা লাকপনি।

হেক্লা ইচেবেম্মা করিনোদা মীদি পণ্ডশী মশীক্তিনৈসে। সিনেম্মা য়েংবা চৎপদস্থু কৈথেল কাবদস্থু সরকারগী গাড়ী পাংতোং মতোংইদা। অস্থুক শাংবা লম্বী লমশাং অসিদা বস তোংলকপা ইচেম্মবু রাস্রাও?

রাদে। মীনা শীজিন্নরবস্থু ঐদি প্যামজদবা। ভসি অসি অক্তিসকী থবক খরা ওন্না লোইশিনলম্লগা লাকপনি। মুমিংনা ইরাইনি, হযেংনা সেকেন্দ সেতারদে হংচিংনা নোংমাইজিং। মুমিং নীনি ছুটিনিদনা। অত্তুনা ইরাইদগী নোংমাইজিং ফাওবা অহীং অহুম অসি সিদা লেক্কে অত্তুগা নিংথৌকাবগী অথুক্ত হাইগৎখিগে।

মখোয় অনী ঐগী তুমফমগী শীস্নি লাউলি। লৈহাউনা হায়রকই "ইচেম্মা নচা মুপাগী ফমুং অমা হাওহুনা লৈ মাদি ইম্ফালদা লৈখ্রে কুইরে। মরক মরক্তা তানজা চাবগা লাক্তুনা তুক হিপ্পবতনি। নীনী ফানা সিদা লৈবিযু যাদেনে। হেক্তা চৎখি। মপানা ইচেম্মগী ফমুং অতোপ্পা অমা অমুক শেমলু দ্রবস্থু মসিদনা ফবনি হায়রে। ইচেম্মনা হঙ্গোইগত্রা হায়বা অহুদি খওত্রে"

"এঃ করিগী হঙ্গোইরুদগে ইচাগী ফমুংবা।" ঐনা থুম্মী।

ফমুং শেম্বা হৌরে। কম্বোক খোংতোক তৌরে।

লৈহাউনা মোমলাক ফিদক অশূবা উপুদগী লৌখোক্তুনা থাদ্রে। অশূবা মোনথুম কুপথ্রে। ফমুং শেম্বা লোইরে। কামেশ্বরগি লাওবা পুন্নমক্তু লোইরগা মিটিং অমা ম্নাওরুদবা ম্নাদে হায়দুনা চৎথ্রে।

লৈহাউ চাক থোংলি। ঐনা মাগী চাকথুম কাদা লৈবা ফুংগা অতুগী মনাক্তা ফম্লী ব্রারী শাগদগী। লৈহাউনা ব্রা হৌদোরকই "ঐনা ঙসি মোইরাং কৈথেল কারুবসি তান ওম্ব্রোক্লা চাথ্রেদা। কৈথেল কারমত্রবদি ইচেবেম্মা ঙা থোংবা চাবা ফংলমলোইদো। হন্নাই থোংবা চারমনি হায়বা' ব্রাদু হায়রগা ঐখোয় অনী নোকমিন্নৈ।

ঐনা হায়— লাইনা চানবা তারেদনা। লাইনা চানবা মী হায়বসিদি ইনশাং অহাওবতা চাবা ফংবনে। অদুননে। অতুগা'নে লৈহাউ ব্রা অমতা হংগে নখোয়গী লম অসি কোনবা লাই করিনী হায়নবগে? নও খওব্রাও?

লৈহাউনা খুম্মী "অদুক হাক্লা মুন্নদি থওদে। মমাও অসিদা পাম্বোইবীগী খুভম অমা লৈ। অশেংবা ইবেম্মগী খুভমদি মসিনী হায়নৈ"।

ব্রাফমদু তাবদগী মফম অদো থংয়েং য়েংনীংলকখি। হয়েং কামেশ্বর হৌরগা মফমদু য়েংলু তারে হায়না ঐনা হায়। শোযদনমক লমসিবু কোনবা লাইদি ইবেম্মা পাম্বোইবী শোয়দনা ওইরম্ননি। পাম্বোইবীগী খুভমদো চৎতুনা থুরুমুদবা

হ্রান্দে। পোৎ চৈ করি করি কৎনবগে হায়বহ্ কামেশ্বর লাক্লগা তানতুনা তৌবা তারেনে। করি হায়গে?

খাংজগী অয়ুক্তি। কামশ্বগা লৈহাউগা ঐখোয় অহুম চা থকুনা কম্রি মাঙ্গোল্দা। ঐনা ইমা পাম্বোক্টবীগী খুভমদা করিগুম্বা থরদং কৎনীংবহ্ যোওদোকই। করি করি চঙগদগে হায়বহ্ মখোয় অনীদা হংণ্ডি।

কামেশ্বরনা ইমা পাম্বোইবীগী লৈগদবা তাযবব্ খ্বাংজেৎ নমথাং লফোই লফাং চঙ থাকপা লফাং অহুম, হৈ মনম নাইবা, অতৈ অতৈ মতমগী হৈবা থরগা ধুপ থাউমৈ লৈ-শু। অহুগা হৈ রা মযামহ্ হাপ্লবা কম্বী অহুমথকস্ন্ লৈবা তায়। খ্বাংজেৎ নমথাংদি পুথম অমদা হাপ্লবস্ন্ যাই করিস্ন্ অকায়বা লৈতে।

ঐনা হংণ্ডি — পোৎ চৈসি কদাযদা ফংগনি? কনানা লৈকনি?

কামেশ্বরনা খুম্মকই — মোইরাং কৈথেল্দা। লোইনা ফংগনি। পোৎ লৈবসি লৈহাউনা ফগদমাল্লে মানা ম্নুপীনিনা হায়জরিবা। কুপ্পসি ম্নুপীনা থর হেল্লিনে।

পোৎ চৈ পূম্নমক শুনা লৈবদা কয়া চঙগদদে হংণ্ডি। মখোয়না লুপা ৫০ মুক্তা ওকনি হায়। অহুবু ঐনা লুপা ১০০ পী শুনবা লৈরকউ হায়তুনা। কেথেল কাগদবা লৈববদি চাক শুন্দবা য়ারয়োই হায়তুনা লৈহাউ চাক থোংনবা থৌরাং তৌখ্রে।

হুমিদাংনি। ওরাংশুম লৈহাউগী চাকথুমগী ফুঙ্গানাক্তা

করি মৈ তীক্রহুনা। লৈহাউনা চাক থো লি। চাক থোংনা থোংনা লৈহাউনা হায়রকই— ঐদি ইকাউবু কাউথোকলুই। ঐথোয়গী ইচা অনীথক্তনি অমনা সুপীনি অমনা সুপানি। সুপামচাহুদি থবক তৌহুনা ইম্ফালদা লৈখিবনি। মাগী মচে অমা লৈ। মসুম পানখ্রে। মাদি বাঙ্গালাদেশতা লৈহৌরে। মরক মরক্তা থোরকই। মতুংসু চহী মঙা তরুকী মমুংদা অমুক্তনিদো তোয়না লাকপা ঙমদবনিনা। হাকুম অমা চহী অনীরোমগী মনাঙদা নীঙোল চাকোবদো সিদা কৌয়ে। মপানা মৈতৈগী চৎনবী খঙননবনি হায়হুনা ফনেক ময়েক নাইবা অমা দক্ষীনা তৌখি। ঐনা মাবু নীংশিংলকপদি ইচেবেম্মনা সিনেমা নমগদৌরি হায়বহুদা নীংশিংলকপগী রানিদা ঐগী ইচা সুপী অদো সিনেমা য়াওবীনে।

ঐনা হংঙি হৌজিকসু যাওরিব্রা হায়না।

লৈহাউনা "য়াওরিব্রা য়াওদ্রবরা তাংদাংবা খঙদ্রে। মানসু হায়রক্তে ঐথোয়নসু হংলুদে। মপুরোইবা অহুনা সিনেমা য়াওবা পামজদে হায় হায়নদি তাখি। ইচা সুপী অহুনা লৈশারীঙৈ সিনেমা য়াওরিঙৈ মতম অহুদা নম্বা ফোতো লৈ। ইচেম্মা য়েংবিগেরা পুথোরকে।'

'পুথোরকউনে। য়েংনীংঙি। করিগী য়েংনীংদনে হায়রগে?

"ঐ ইনশাংসে থাউ অমুক্তা ঙৌশল্লমখিগে অহুগা লৌথোকলুগে?"

লৈহাউনা ময়ায় থংবা কাদা মৈ থরা'ঙাল্লি মতুদা ঐবু খোরকও লাকও হায়না কৌখোকই। মান হায়বা মতুং ইল্লা ঐন্মু খোকই। 'ঐগী ইচানুপী হাল্লো সিনি" হায়দুনা খুদোনবী থিন্দুনা তাকই পাযরিবা ফোতো অতুদা। পুখো-রকপা ফোতো মঙানি। মতোমতা নঙন্ম্ যাওই। অনী নম্মীনবম্ম্ ময়াম নম্মিনবম্ম্ ইশু শুই।

ঐনা হায়, 'সিদি য়াম ফজেনা। মমাদগী মচানা হেল্লিবো। অতুবুদি ফিল্ম স্তারনিদনা" ঐগী য়াহযহ্ তাবদা মমাদো লৈহাউদো নোকচৈ হরাওজে। উখি মমিংতগী মপি তৈথোকপা হায়রকই "ইচেম্মা ইচানি হাযতুঙাই মশক ইশক তোয়না উনদ্রেদো। লম্মা তাম্মখিবনা।"

লৈহাউগী হুংঙাইতবা অদো থেমজিনবা ওইনা ঐনা হায় — ঐ য়া অমা হায়গে স্নুম তোবো নোংমৈ নিঙোল চাকৌবদা নচানুপীগা ঐগা চাকোবো। অতু ওইরবদি নচানুপীগা নঙগা উনরেদনা।

'অত্তুদা তাইয়ে' হায়রগা মোমোন নোকচৈ লৈহাউদো।

চাক থোংবা লোইরে। চাগদবদা মঙাইরে। কামেশ্বরদি হনজিল্লক্রি। মহাক ঙাক্টবা ওইনা হযেং ইমা পাম্ভোইবীগীদা করি করি কংননবগী মরমদা খল্লরি। লৈরুবা পোংচৈশিংহু পোংলম ওম্না শুরেকো হায়না ঐনা হংঙি।

লৈহাউনা "ঐনা টৈকেথেল কুম্মকপদা মপানা পোংচৈ লৈরকপা মখৈ লোইমা য়েংলবনি চিংথ নাম্বুবা য়াওব্রা

হায়রুনা। মানদি ভুরে হায়। রাৎলয়রোই, য়াম্না কুমনি মহোয় মপাদি। ফাল অরাংবা অমা চামথোকুনা পোক্লাং অহনবা অচৌবা অমদা হাল্লগা আদা থাক্লংলিবা অসিনী। লৈ শুনচিংবদি হুয়েং অমুক কিশোরীগা লৈশাবী মচাশিংগন্না মরাইনা হেক্কচগনি।”

ঐনা ফাল অরাংবা মথক্তগী লাইদা কংননবা পোং অচু য়েংঙি। য়াম্না চেকশিন্না থম্মী। মখোয় অনীগী থবক তৌবদা মমুৎ তাবা চেকশিনবা মওংচু উবা ফংঙি। পোং মথম অচু উবদগী।

নোংমাইজিং মুমিৎকী অয়ুক্কি। ইমা পাম্হোইবী থুরুম্বা চৎকদবা মী মখৈ শেম শাবা লোইরে। লৈশাবী মখৈনা লৈ থিরুবম্ হল্লক্রে। ফিশেং শেংলহুনা ইবেম্মা পাম্হোইবীদা কংননবা পোংচৈশিংঙু পুরহনা চৎলি। মফমদো য়োম্রে। থুভম অদো উবদা কনানসু য়েংশিনবিদ্রবা মাল্লি। অদুবু অমোং অরাক্তি অমতা তাবা থেংনদে। লমহাং ওইবগী নোং মুংশিং কনবগী উনা শিংনা তাহনা রাই থরা চাইবা নম্ভনা।

কামেশ্বর লৌবুক লমহাং অহুদা ওইরমগদবা ফিভম মতা মৎং অদো মুন্না থওবা তায়। য়োং থাওজৌনচিংবা পুই নহারোল পাথং মচা অম্মা অনী লেত্রুনা। লৈত্রুক শাওনা লাওনা চৎলবা ইম্মাগী লাইগুমাঙ মচাদো তেমথোকই। অদুগা

ৱাই য়াম ফজনা তৈ। মফম অদো ইমা পাম্থোইবীগী শঙ অমা লৈরম্মী হায়বগী খুদমদি উবা ফংঙি শঙ ওইনদি লৈরমদে।

করিগী ইমা পাম্থোইবীগী শঙলেন অমা শাদ্রিবনো হায়না ঐনা হংঙি।

ঐগী ৱাহংগী পাউখুম কামেশ্বরনা পীরকই— খুল অসিনা লাঈরবা অনংবা খুল অমা ওইবনিনা ঙসি ফাওবা ইমাগী শঙলেন অমা শাবা ঙমদ্রিদে। শাদি যাম্না শানীংবনি। হৱাওবা মতমদা তঙাই ফদবনিনা মতম মতমগী ওইনা খুল অসিদা লৈবা মীশিংনা মাগী মাগী অবৈবা পুথোকতুনা হাযবদি ই লৈবনা ই ৱা উ লৈবনা ৱা উ পযানচিংবা থাযনতুনা শঙ মচা অমা খনবনি ইবেম্মা লেঙশিন্নবা। শঙ অদো কুমগী নোং মুংশিং লাকপদা অতুম হুমদোকখি। তোর্ব্বুং অসিনদি নোং মু শিং কনবনিনা।

শেম শাবা পূন্নমক লোইরবদা কংননবা থৌবাং তৌরসি হায়নবে। কংলসি হাযত্নুা কামেশ্বরনা হৈরাম্থু শেম্মী। ইবেম্মগীদি অহুম অহুম কংকদবনি হাযনা অহল লমন্না তাক-পীরম্মী হাযত্নুা কম্বী অত্নুদা লফোই লফা অমমম হাপ্পী। চু, থবী, হৈনীং, হৈক্রু, হৈ মনম নাইবনচিংবা শুনা কম্বী খুদিংগী হাপ্পী। খ্বাংজেৎ নমখাংনা পুখম অমদা হাপ্লে। লালতেন অমম্থু যুমদগী চুখৎতুনা পুরকই। মত্নুমম্থু থাল্লি। মোমবাতী অনী অনী ফাংনা চুখৎলি, ধুপম্থু থায, ধুপ মচৈম্থু চুখৎলি। পূন্নমক অহুম অহুম্নি। কামেশ্বরনা মোমবাতী

অনী কাংনা য়ুংহনা চুখংলিবগী মরম লমহাংনিনা মুংশিং কল্লি মুৎতনবনি হায় ।

ধুপ, মোম চাকপগী মনম ওন্থোক্লা মুংশিংগ্রে মফমদো । কামেশ্বরনা ওসিদি থাউমৈশিং অসে মৈচাক ফগ্রেদা । মুংশিং কনবদা তোর্ব্বুংগী মুশিং হায়রিবনি । কনখ্রবা মুংশিং মরক-সিদা মৈশিং অসে অমতা মুৎতে হায়বা ।

লৈহাউনা— খঙদে ওসিগীসি মতামনি । থাউমৈকা অসিনা মৈচাক ফরিবা, ধুপকা অসিনা মনম মুংশিরিবা । ইবেম্মা শোযদনা লেঙক্লম্বা তাইদা । ওসিগী অসি মতা অমনি হায়জরিবা । তৌদ্রদো ইচেবেম্মা ?

ইবেম্মা খুরুম্বা লোইরহনা য়ুমদা হল্লক্লে । লম্বী লাকপদা হং হংহনা অসুম লাকই খঙনীংবনিনা । কামেশ্বনা হায় হোরেল মুংদাং চাক খর ওল্লপ চাথোকলগা তং তানা নীংথিজনা রারী শারসিনে । ঐখোয়গী লাই ওইগ্রবা গুরুজোন অহল লমনশিং অহনা লীবিরম্বা তাকপীরম্বা রারী পূম্নমক লোইনা ফজনা শারসি করি হায়বগে ?

মহনা হেল্লা ফৈনে হায়হনা ঐনা খুম্মী ।

রাফমহূ লৈবনা, রারী শানীংবগী লাওতক্লবনা ঐনা লৈহাউদা চাক ওন্না থোংনবা তকশিল্লি । মুমিং তাদ্রিঙৈদা চাক ঈশিং থোংবা লোইরে । য়াচংবা মতম অহুরাইদা ঐখোয় চাক তোক্লে ।

ফম্মিরহনা রারী শাগদবগী ঐখোয় শেম শারি । ফক

অনী মাযোক্লনা থায়। ফক অমদা কামেশ্বর ফম্মী। ফক অমদা লৈহাউগা ঐগা ফম্মী। মরক্তা মৈফু অচাকপা অমা লৈ। ঐখোয় অহুম্না তীকনবনি। খওনীংবনিনা ঐনা হ্রা হৌদোকই— তোৰ্বুং খুঙ্গং অসিদা ওসাই ঐখোয়না খুরুম্মুবা মফমদো করম্না করিদগী ইমা পাম্বোইবীগী অশেংবা খুভমনি হায়রিবনো? মতু ঐ ওম্বোক্লা খওনীংপ্রে।

কামেশ্বরনা "মতুগী হ্রারী লোইনা লীরবদি শাংপ্রেনে লোইবা ওম্মোই।" শাংবদো শাজসন্নু শম্না শম্না থর লীবীযু খংনীংমনগ্রতুনা তৌবনি ঐনা হায়।

ঐগী খওনীংবা অতুদা কামেশ্বরনা লীথরকই—"মীরগদমদগী লাক্লুনা তোৰ্বুং লমদমসিদা লৈতা খুন্দাখিবগী হ্রারী লীতুনা লোইবা নত্রেদা ঙো ইবেম্মা। লাই ওইপ্রবা ঐখোয়গী ইবুধৌ পুবেন অতুনা হৌতুনা ঐখোয মৈতৈ মচানি মৈতৈ লৈবাক ইরৈবাকঅতুদা লৈরুসি চৎলসি হায়না হৌনৈ হায়। মতুদা য়ানতুনা মখেয় মমাম্নবা তরুক তরেৎ হৌনতুনা লাকমাম্লে মখোয মৈতৈ মচানি। মখোয মরৈবাক মুংশিজতুনা লাকপনি মখোয়গী লৈফম পীযু হায়না নিংথৌদা হায়রুবদা নিংথৌনা তোৰ্বুং অসি পী হায। তোৰ্বুং হাযবা লম অসি কেগে মোইরাং লৈবাককী মীনা শোংঙি জঙ্গলনি শা কৈনা পীক থম্না লৈ হায়তুনা মখোয়গী শাদানফম ওইরম্মী হায়নৈ। মোইরাং কংলৈরোম্না মসিগী লেঙত্রবা সাখী ওইতুনা লৈরিবা অসিনী।"

হ্রাতু তাবদা ঐনা খুম্মী— ঐনা খুল অসিগী যুমথো,

থুদিং চঙলুব্রবস্তু থরগী মথৈদি চঙতুনা যেংলুরে। মতুদা উরকপদগী খঙবা ওন্মী, বাঙ্গালাদেশকী অমদি আসাম, ত্রিপুরাগী যুমশা কৈশা, য়ুমলৈ কৈরৈগী মওং থরা মমি তাবা উবা ফংঙি।

তাফম থোকপনি মতুদি মশানা তাবনি। হান্না লৈবম্বা লমদমবুস্তু পাক হেক থাদোকপা ওমদ আনৌবা লমদস্তু লৈনীং। ইরমদম ওইবতুদা মৈতৈ লৈবাক অসিদা লৈনীংঙিদো। মতম অতুদা ঐখোয নীংজিং মাওজিংন্দুনা যান্না ৱাখি। অতুবু ঐখোযগী লাই ওইখ্রবা অহল লমনশিংতুনা হনসি য়াখিদবনিনা ঐখোয অতুম লৈবা তাথি। তোর্ব্বুংগী উমং ৱামও কোক থোকপদা ইক্ত ইযাঙ পূমমক বেমখিবনি। মী তাবা যানবা শেম্বদা অযুক মুংদাং থাক্তনা উক্ত ৱাক্ত ফুকপনি জঙ্গল কোকপনি। লোইবা নাইদে হৌজিক ফাওবা উক্ত বাক্ত ফুক্লিবনি।

কামেশ্বরনা মথা শমথরকই, তোর্ব্বুং অসিদা অহানবা খুন্দাবা খ্বাইদগী অহল ওইরবা অমা লৈরম্মী হায়। অহল অতুগী মমডদা ইবেম্মা পাম্থাইবী মশামক লেঙডক্তনা তেরা পাম্বী হৌরিবা খোং মচা অমা চেল্লিবা মফম অসিদা ইবেম্মগী অশে বা খুভমনি। মফম অসিদা ইবেম্মবু ঈবাৎ পূজা তৌ হাযবম্মী হায়। নোংঙাল্লগা মওতাক অহু চুম্বরা চুমদবরা হাযবহু যেংনীংতুনা অযুক ওন্তা হৌগৎতুনা চৎলি হায় মফমতু তান্না। যেংলুবদা ইবেম্মনা মঙদা তাক্লম্বা পূম্নমক অমতা কায়দনা

লৈরম্ম'ল্লে। মুমিং অহুদগী হৌনা মফম অহু পাম্মোইবীগী অশেংবা খুভমনি হায়না লৌনরি। ঙসি ফাওবদা ঐখে।যনা লেপতনা ইবেম্মবু ঈরাৎ পূজা তৌরিবনি হরাওরিবনি। মসি ঐখোয়না কন্নি খঙবা নত্তে। অহল লমন লাই ওইথ্রবশিং অহুনা তাকপীবম্বনিকো। খুল অসিনদি লাঈরবনিনা চহী খুদিংগী হরাওবা ঙমদে। চহী অনী অনী কান্নরে হায়রগা হরাওই। হরাওবা হায়বসিনদি শেলগী মথৌ তাইদো শেল চঙইদো হৌজিক্কী মতম অসিদদি হাযজরিবা।

ঐনা মখা তায ইবেম্মগী খুভম মনাক্তা তেবা পাম্বী অচৌবা অমা হৌহৌবদো, পাক্লবা লৈতেম মান্নরবা লৌবুক্তুদা মথন্নতা হৌহৌবদো চাউথ্রোক চাউ মরুদি ইকোক কোক। উজাও অদো ওস্থোক্লা মগুন লৈখ্রেবো চীং লেম্মদনা। অহুগা হৌবস্থু ইবেম্মগী খুভম মনাক নক্লা ঙমখ্রবা লৈবায় অহুদা নপ্লহুনা হৌবা। মফম অদো লমহাং ওইববস্থু খরা শুকতক তৌই। তৌদ্রনে লৈহাউ।

'তৌই তৌই খবা শুকতক তৌই। চুম্মী ইচেবেম্মনা হাযবা' লৈহাউনা খুম্মকই।

কামেশ্বরনা শুকতক তৌগনি। তৌফমস্থু থোকপনি। করিনা হায়বদি লাইগী জাগাদি মফম অতৈগা খক মান্নদবনি। মান্নফমস্থু থোক্তে। থোং অসে ইপান থাদা ঈশিংনা পীক থন্না লৈদনা। লৈহাউদা ওনশিন্দুনা— নঙবু থোং অসিদা ঙ্গুপী

অমত্তা ইন চিংবা, মুপামচাশিংনা ঈশিংপা, লোংউপ তানবা, থোই চোপ্পা ঊরব্রনে ?

লৈহাউনা — হোয়নে উদেনে। ঐদি থনবু থল্লুদে।

কামেশ্বরনা মথা তানা হায়রক্ট— মুপামচাশিংনস্মু ঈশিংপা থোই চোপ্পা অমত্তা তৌরোই। কনামতনস্মু লোংঙুপ তানলোই। মীনা কিনবনি থোং অসি অঙাংশিংনা তঙ্গবু মুংথিল-দা, মুমিদাংব্রাইরমদা ঙানা প্রিক প্রিক শৌনা লৈহৌবা। চা চাহুনা। অতুগা নোংঙাল্লগা মথোয়না ঙাশিংহু ফাগে হায়হুনা চংলুবদা ঙা অমত্তা লৈরমদে। লৈবম্বগী থুদম ফাও ফংদে হায়। মতুগুম্বদগী মীনা কিনহুনা মফমসিদা চঙনদবগী য়ানি।

লৈহাউনা হায়— ইচেম্মা থুল অসে পাম্মোইবীনা কোনবা লম ওইবা তাইদা। অতুগনে য়াম্না ঙকপা অমনা মুংদাংদা অহৌং অথেঙবা মতমদনে যেনথাদা মীরা শারা চংপগী মথোল শঙ্ক চাউনা তাইনে। ই মংগুল চক্র মপুল চিংবগী মথোল, চক্র ইকু মরক্তা শক্র শুক্র নৈবগী মথোল তায়দো। অতুগনে নোংঙাল্লগা য়েংবদদি মফম করিমত্তা হেক কাযবমদবা। লোইনা লেঙদনা লৈবম্বা। মসিবু করিনো হায়বা ? মসে ঐথোযগীদদা থোকপা নত্তে। থুল অসিগী যুম অযাম্বদা থোকলিবনি।

অতুগ অমনা ইবেম্মা পাম্মোইবীগী থুডম লৈরিবসে লৌবুকনি লমহাংনি লম্বীস্মু লৈবা নত্তেকো। পাথং মুপামচাশিংনা শনশেন শনঙাক চংপদা, কৌথা কাওথুম তানবা চংপদা, মুপী

অঙাংশিংনা চীংদা শীং চনবা চংপদা মুপী মশক কজপ্রবী অমা লবুক শম শমচুনা চংপা হেক হেক উই য়েংদা য়েংশিল্লুরগম্মু খুনা য়াঙনা চংখিচুনা মশক হেক্তা উখিদেম্মু হায়নৈ। মসে খুল অসিগী নহারোল অয়াম্বনা উনরবনি। অতুগা ফত্ত মুংদদি ওসি ফাওবদা করিমতা থোকপা লৈত্রিদো ইচেবেম্মা।

ঐনা হায়—থোকলোই। ফত্ত মুংদা করিমতা থোকলোই। উমং বামং ওইনা লৈরম্লবা লমলক্কী শা কৈগী শান্নফম ওইরম্বা মফম অমা কোকথোক্লুনা মী লৈবা যানবা শেম্বদা অবাবা কোঙ্গায় খাওখি। অব্রাবা খাওখিবা খিবিক অতু উবিচুনা লাইনা মচা মনাইবু করিদা শোয়খিগদগে হায়না ভাকপী শেনবিরিবনি। শম্না হায়রবদা লমশেন তুশেনবা হাযবা অতুনি। মুংশা থীনিংঙাই, কিনিঙাই কৈস্মু লৈতে। লাই ওইরবস্মু অফবা লাই হাযবতুনি।

কামেশ্বরনা মখা তানা তেবা পান্থীতুগী মরমদা হায়রকই। তেরা পান্থী অসিমক্তি অচম্বা তেরা পান্থী নত্তে। ওসাই তাকপীখিবাদা অচুম্বমক্তি। মগুন লৈবা উপান্থীনি। তেরা পান্থী অসিগী অঙকপা অমনা নোংথী নোংমংবা অহীংদা, অমদি নোংঙাল্লমদাই ঈচিক হুনবা মতমদা তেরা পান্থী অসিগী মতোনদা মৈবুলগুম্বা অমা হেক হেক ঙানবা উই। মতু খুল অসিগী মী অয়াম্বনা উনরবনি।

লৈহাউনা নংহৌররোই মতাগুম হায়রকই—ঐথোয়স্মু উরে

মবী মঙাবক। ঙানম্মু ঙানখ্রে মচুম্মুনে ঙৌনা শংবাম্নরমদনা ক্কজখ্রে। মচুত্থবু করি হায়দনো মৈগী মচুমকম্মু নত্তেনে।

কামেশ্বর অমদি লৈহাউ অনীগী ৱারী তাবদা কযা য়াম্না মুংঙাই। ঐখোয় অহুম ঙহাক তুমিন লৈনৈ। অত্তুদগী ঐনা হায— তোৰ্ব্বংদা লৈবা ইবেম্মা পাম্থোইবীগী অশেংবা খুভম তশেংনমক অশেংবা খুভম্নি। মরমদি ইবেম্মগী লেঙদবা শঙলেন অমা শাবা ঙমহনদে। চহী খুদিংগী তত্তনা শীজিন্নরিবা শঙ অত্তুদি অমনবনি। অমুকপু শীজিন্নরবদি অমনবা তাবে। ইবেম্মদি শীজিন্নরবা অমনবা শঙ পামদে। অত্তুনা হবাঙবা খুদিংগী অহনবা ইবেম্মনা লেঙশিন্নবা শাহনবনি অত্তুনা অশেংবা খুভমনি। ইবেম্মনা পামজবা অশেংবা খুভম।

ইবেম্মগী খুভমদা হৌবা তেৰা পাম্বী অচম্বা উপাল নত্তে। অচম্বা তেৰা পাম্বী নত্তে। তেৰা পাম্বী মতোন্দা ঙানবা মৈবুল মৈবুল নত্তে ইবেম্মা পাম্থোইবীনা তেবা পামেন্দা শীঙেল লৈরাং লৈশাং তম শাংপনি। তোৰ্ব্বংগী চমজরবা মনাই-শিংদা ইবেম্মনা লৈরাং অত্তুবু উহনবনি মৈঙান ওইনা। ঈচীক হুল্লবা, মীচিক মীরাওখোল তাখিদ্রবা, অহীং মমৈ ৱাঙবক্লবা থবা মমৈ ৱায়রক্লবা মতমদা। নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা।

তশেংনমক ইবেম্মা পাম্থোইবীনা তোৰ্ব্বং খুনবু কযামুক যাম্না মুংশিবগে হাযবদো মুমিং অত্তুতদা খঙখি। নারক্ক মোংশোং ওইনা লৈরম্লবা, উমং ৱামংনা থল্লম্লবা ক্কমলক্কী শা কৈগী চাক্তাফম, শাম্নফম ওইরম্বা হৌজিক্কা ইমা পাম্থোইবীগী

আশংবা খুভম। ইমা পাম্থোইবীগী অশেংবা খুভম। ইমানা পামজবা খুভম।

তোর্ব্বুং য়েংবা লোইরে। ঐগী তোর্ব্বুংগী খোঙচৎ লোইরে। তোর্ব্বুং থনরে। পুন্থনা হল্লকলে ঐগী "তোর্ব্বুংগী তেরা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল।"

১২

# মুশৌরিগী ব্রেকফাষ্ট রাধিগী চাকলেন

মুশৌরিদা লৈবা নেসনেল ইনস্টিটিউট ওফ কম্যুনিটি ডেভেলপমেন্ট ( NICD ) দা শিন্দম লৌবা চৎকদৌরি। মসিদা ঐহাক থোইদোক্লা হয়াগ্ৰবা মুংভাইবা অমা পোকই। রাজ্যগী থাক্তা লৈবা বিভাগশিংগী মকোক থোংবা ওফিসারগীতা ওইবা শিন্দমনি হায়। চৎলে শিন্দম লৌবা মুশৌরি তম। কলিকাতা ফাওবা নোংথক্কী অপাইবীদা চৎলি। কলিকাতাদগী রেল গাড়ীদা চৎকদবনি। পূ: ৪৮-গী মতম হায়বদি অহৌং অনী রেলগাড়ীদা লেনগদৌরিবনি। থনবদা অকিবা অমস্ত পোকই। লমশাং চৎপস্ত মত্তুনা অহানবনি। করম্মা ইতোমত্তা হায়রত্নুনা থল্লি।

কলিকাতাদগী রেল তোংলে। রেল দাবা মফুংত্তুদা য়াম্না চীং লেম্বী মীযায় চল্লবী মুপী অমা কমলম্বা উরকই কোয়েং য়েংবদা। মপোং মচৈ য়াম্না পুই উপু মুংবু খোদিংনচিংবা। চানা থক্লবা পোৎসম মতীক চানা পুবা উই টিফিন কেরিয়ার

অনীদা। মানা পুক্সিবা অচা অথক ময়ামতু উবদা মাল্লি লম খরা শাংনা চৎকদবা মীতা। থজিক থজিক মফম হোং হোংদুনা চঙশিল্লি ঐহাক মাগী মনাক্তা। মানা নোকমি নোকমি তৌদুনা হরাওনা মাগী মনাক্তা ফমফম পী মপোৎ মচৈ চিংথোক চিংশিন তৌরগা। রারী রাতাই শাদুনা চৎমিন্নৈ ঐখোয় অনী। ষ্টেসন অনী অহুম চৎলবা মতুংদা মহাক্না হংলকই—

নঙবু করি লম য়োংদবনো? কদায়দা কনাগীদা চৎলিবনো?

ঐনা খুম্মী— মুশৌরিদা চৎলিবনি।

ঐস্থু মুশৌরি ফাওবা চৎলিবনি— হায়না স্থুপী অদুনা হায়রকই।

স্থুপীতুগী পাউথুম অতু তাবদা ঐ হরাওই। ইপাং অমা ফংলে থন। মনাক্তা চঙশিন্দুনা হান্নদগী অমুকা হেন্না নক্না ফম্মী অস্তি হায়না কৌশিল্লি।

স্থুপীতুনা গখা তানা হংলকই— নঙবো মুশৌরিদা কৈদৌবা চৎশিবনো?

এন, আই, সি, দি দা শিন্দম লৌবা চৎলিবনি— খুম্মী ঐনা।

— নঙগা ঐগা থুংফম চপ মান্নে। নাইনিটাল ষ্টেসন্দা ঐখোয় অনীমক কুম্মিল্লগদবনি। নাইনিটালদগী মুশৌরি ফাওবহু মাইল মরী নত্রগা মঙা ওইরম্বা রাই। ষ্টেসন্দগী মতু ফাওবা তেক্সীদা চৎপা য়াগনি।

— অস্থি, ঐদি কৈমত্তা থগুদে। অত্তুগা ল.ফৈ লমশাং চৎপস্থু মসিনা ইহান হানবনি।

অস্থিনা খুম্মকই— থগুদবত্থু ঐনা তাক্কনিদনা। মুশৌবি হায়বসি হিল ষ্টেসননি। চী. মথক্তা লৈবনি। হৌজিক্তি নীংথম থানিনা অহীংদা থরা হেন্না ঈ.গনি। ফৈজুব যাম্না শুপ ছবা যারোই। ঐনা চৎকদবদি নাইনিটাল ফাওবদনি। চৎকদৌ রিবা মফমসি নওগীনা থাপ্পা খিত্তং হেল্লি। ঐগীদি য়ৌব নাইনিতাল য়ৌরবদি।

ঐনা হংজি— ইমাদি কৈদৌবা চৎলিবা ?

মানা খুম্মকই— ঐগী ইচা ন্নুপা অহুমথকনি। নাইনি-টালদা থবক তৌতুনা লৈরিবা অসিনা ইত্তোন তোনবনি। ঘুমনা কলিকাতাদা। ঐ ইচাত্থু উনবা চৎলিবনি। মাগী মনাক্তা থা অহুম মবী লৈথোক্কে খল্লি ইমাদি।

ঐনা— লৈবিগদবনি অস্থি। মচাদি মমানা মনাক্তা লৈবিরবদি মপুক্লি. লুম্বনি মুংঙাইবস্থ হেনবনি। থা মবী মঙাদগী হেন্না লৈবিয়ু।

অম্মুম্না ঐখোয় ব্রারী শা শাত্থুনা চৎলি। মবক মরক্তা রেলগাড়ীত্থু তপথরকপদা অস্থিনা ঐঙোন্দা ষ্টেসন অচৌববা মচারা য়েংঙু হেক্তা হায়রকই। ঐনা থোংনাওদা ঙক লীৎ থোক্কুনা হেক হেক য়েংঙি। অচৌবনি হায়রবদি গাড়ী হেক থাম্বগা মহাক পাত্র অমা পায়রগা হেক্তা চোংথখি। অত্থুগা

ঈশিং শোক্লকই। মানা রেলগাডীদগী কুমথরমদাইদা ঐভোন্দা "ঐগী পোৎচৈশিংদো নত্ত থয় য়েংভম্মুকো" হায়।

হোয় হোয় হায়না ঐনা খুম্মী।

মানা ঈশিং শোকপা চৎখ্রিভৈদা তল য়োনবদগী ঐস্মু তলগা শাক্কা লৈহৌই। ঈশিং শোকলুবত্তুদগী হল্লক্লগা মাগী পুরকপা তলদু পুথোক্লুনা চায়। ঐস্মু ঐগী লৈজহৌবা তলদু লৌথোক্লগা চায়। মাগী তলগা চানবা আচার পুবকই। আচারদু মানা চাও হাযতুনা ঐভোন্দস্মু পীরকই, চায়। নত্তগীদি ঈশিং থক্লবা পাত্র য়াওরক্তবনিনা ঐগীসি থকও হাযতুনা ঈশিং গ্লাস অমস্মু পীবকই। অস্নুম্না অস্তিগা ঐগা শেৎনা থাইনা চামিন থকমিন্নতুনা চৎমিন্নে নাইনিটাল য়ৌবা ফাওবা।

অহীং অনী বেলগাডীদা লেপ্লবা মতুংদা য়ৌবে নাইনিটাল। নাইনিটাল ষ্টেসন্দগী য়েংবদা উবে লাপনা মুশোবিগী চীংথক্তা ফুবা দলান মযাম ইভৌ ভৌ। মুনা ইবং ল, থেকনা খোয়না লৈবিবা লম্বী শোভক উবা ফংভি। শোভক মথক্তা চেল্লি কাব মালগাডী, বস, মযামদো জিবি জিরি।

অস্তিনা তেক্সী অমা ভাওনবিবে ব্রাষবীরে। মাল হাপকৎতুনা তো খৎলে। টেক্সী ড্রাইভরদা ঐবু এন, আই, সি, দি ফাৎবা য়ৌনবা থিল্লু হায়রম্মী। অতুগা মহাকস্মু চৎখ্রে। ঐস্মু মুশোবি চীংথক তম হাইগৎলে। উচিন নাচিন্না এন, আই, সি, দি য়ৌরে। টেক্সীরালানা ঐবু থনমলে। মী অমতা উবা ফংদে। ওল্লবরা হায়না চিংনবা পোকই। কোয়েং য়েংঙি

অকোয়বত্থু। গেট্টা সাইন বোর্ড উরকই থম্মি—নেসন্যাল ইনস্টিটিউট ওফ কম্যুনিটি ডেভলপমেন্ট, মুশৌরি—হায়না থাবত্থু উরকই। মত্থু উরকপদগী শোইদি শোইত্রেদনা হায়না থম্মি। অত্থুগা মীদি অমত্তা উদে। করমনো হায়না ওহাক খনজাননা লেপলিউদা নীপা অমনা থোরক্লুনা হংলৈ।

ঐনা ঐহাক মফম অসিদা শিন্দম লৌবা লাকপনি হায়বদগী মানা মফম অসিদি শিন্দমশঙনি। হোষ্টেলদি আদগী উবিবা বাঙ্গালা অসিনী হায়দুনা খুদোনবী থিন্দুনা তাকই। মফম অসি তান্না চৎপীরো হাযরে। মফম অদো চীংনিনা অকা অকুম থরা ত্তৌই। উপুগা বেডীংগত্থু কনানা পুবিগনি। ঐনদি পুরা ওমলোই হায়। লুপা অত্থুনা মী লৈগনি হায়দুনা হোষ্টেলগী চৌকিদার ওইরিগদরা রাইশিংপা ওইরিগদরা খঙদে মী থাদুনা কৌহল্লুই। লাক্লে মানা ঐগী পোৎ অত্থু পুবিরে অত্থুগা ঐমু মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলে—থা অমা চুপ্পা লৈগদৌরিবা হোষ্টেল অত্থুদা। কেয়ার তেকর অত্থুনা ঐনা লৈগদৌরিবা কা অত্থু থোঙ হাংবিবে। শীনবা লাঙবা পুম্নমক লোইরবদা মখোয় লোইনা চৎখরে। ইত্তোমত্তা ঙাইহৌরে।

রাজ্য মযামগী মীভুৎ শিন্দম লৌবা ওম্না মথং মথা লাক্লরে। রাজ্যশিংদা শৈরিবা বিভাগশিংগী মকাক থোংবা, ডিষ্ট্রিক কালক্টর, ট্রেইনীং সেন্তরগী প্রিনসিপাল অসিনচিংবনি শিন্দম লৌবা লাক্লিবা মীওইশিং অদো। অযাম্বনা আই, এ, এস ওফিসার ওক্তা ওইনা ত্তৌই।

শিন্দম হৌরে। থন্ন নৈনবগী মওংনি। লেপথংতুনা ব্রা ভাওনদে চৌকিদা থন্না থন্না ভাঙনৈ নৈনৈ থরে। ক্লাস মতুংদা চুরুট থকপা অতুম য়াই। রাজ্য রাজ্যদা লৈরিবা সমস্যা ময়াম পুথোক্লুত্তুনা মত্থু করমা মায়োক্লগদগে থেংনগদগে হায়বত্থু কুপ্না থন্নে। থা অমগী শিন্দমনি।

ক্লাসকী মতক্তা কক্কি ব্রেক লৈ। মপান্দা লেপ লেপতুনা কক্কি থরক্লে মুংশা য়াইনৈ ক্লাস ভাইবা ওইনা। ময়াম পুল্লপ লেপমিন্নতুনা হিমালয় চীংগী ফজবা যেংনৈ মাগী মাগী মোং পীনতুনা ফজবা দৃশ্য থানতুনা। ক্লাস হৌদ্রিঙৈ, মরক্তা ক্লাস হাওলিঙৈ মতমদা মুনিং হুম্নি মরীনিদি ঐখোয়গী শিন্দমশঙগী অকোযবদা লৈরিবা মওং তানা ফজবা চীংদোনশিংদা সিনেমা নম্বা লাকপত্থু যেংন্বা মতম লেপ্পি থর্ম্মিন্দর য়াওই মানা হেরো ওইরম্বা তায। হেবোইন অক্তুদি পাওন মুপীনি। মমিংনচিংবদি কাউথোকখ্রে। মশক্কি ওক্তোক্লা ফজে মখোয় অনীনা চীংদোন অমদা লেপ্লগা মুপীতুনা "দেখো কুমার' হাযবা রাহুর অনীথক্ত অত্থু হাযবগী নম্বদা মুমিং হুম্নি চঙখি। ফিল্ম নম্বগী মওং উবা মতুনা অহানবনি।

থা অমা চুপ্পা ক্লাস লৈবনিন ক্লাস ভাইনবা ওইনা ঐখোয় মশেল রাবী কযানি শানখিবা। তপব চাবা মীওই ভাক্তা ওইবনিনা হ নৈ রাজ্য রাজ্যগী পে স্কেল। হাযনৈ মানা মানা ক নরিবা তলবকী চাং। আই, এ, এস ভাক্তনিনা তলব চাউই। ময়ামতুদগী ঐগীনা ইপীক পীকই। হংনরকপদা ঐগী মতাও

য়ৌরক্লে। তলবত্তি পীকই অশেংবা হায়দোক্লবদি ঐবু মীনা উশিংখিরোই হায়রুনা অশেংবা অত্থু হাযদোক্লরে। থাঙ্গৈশেং-বদি ঐগী তলব ২৫০ দগী হৌরগা ৮০০ দা লোইবনি। অত্থুবু ঐনা অরোইবা ৮০০ অত্থনা হৌহল্লগা ২৫০ অত্থুদা গুন্য অমা হাপচিল্লগা লুপা লীশী. ২৫০০ না অবোইবা ওইহন্দুনা হায়-জিল্লম্মী। মসিনী মীমান্নদবগী অৱাবা।

মুশৌরিগী কাউবা যাদবত্থুদি অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট অত্থুনি। অয়ুক্কী অমম্বুং মুমিদাংগী চাকলেন চাবা হেক লোইবগা চা নত্রগা কফি থকনৈ অপাম্বা তৈনবগী মতুং ইন্না। চাক চানবা টেবল খুদিংদা প্লেত, কাতা, চামস নেপকিন্নচিংবা ফজনা সাজাই-থুনা থম্মী। চাবা মতমদা কাতা চামসকী মখোল থোকহন্নদে। চাক শাইবা মতমদস্থু মখোল থোকহন্নদে য়া উমশিল্লগা শায়নৈ চানৈ। অচৌ অশাংগী চাকচা ওইবা তায় মদো। হঙ্গাম পেবে চমফুৎকা, যোংচাক্কা আলুগা ঈরোনবা অমগা মুংশা যাইত্থুনা ফু ফা চিংখৎত্থুনা চারগা ঐখোযগীদি লেমনৈ। মখোংগী উমশায শায়ত্থুনা চাবা অত্থুগুম্না চাবা উরবদি ঐখোয়গী অহল লমন্না হুবান চাকচা চায হাযত্থুনা চৈগনি।

অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট অত্থুদি ঐখোয় অনীগীদি কা মন্নুংদা পীরৈ। করি করি চানবা পীবগে হায়বদা শঙ্গোম বাউল্ড অমা, চিনীদি চাস্থু কৈস্থু ওক্লবা চিনী পীক থন্না হাপ্পা পাত্র অমা, তোঙানবা শঙ্গোম গ্লাস অমা, কোর্ন ফ্লেক্স চাকচা প্লেট অথনবা অমা, যেরুম অফুৎপা অনী, লফোই অনী, কমলা নত্রগা হৈথুম

কম্বা এপল অনী, মচুম্বা চিংপোক অমত্তা চা কপ অনী খর খোজা য়াউরবা মাই। ময়ামবি অমুকী ব্রেকফাষ্টতা পীবা পীরকপোংদ্রি ...নী অমমমবা পীরবি।

ঐগ লৈমিন্নবিবা রুম মেট অদু বড়োদাদগীনি। মহাক কো-ওপরেটিভ ডিপার্টমেন্টতা থবক তৌবনি হায়। মহাক তনৌয় তনৌয় শামু মচাগুম বেংবা ফনা মুংডাই। মুমিং নীনি ছুমনিদি চাবা ওমদত্তুনা ঐখোয়গী চাকথুং অচাপোৎতু হৈক হৈক মাওহল্লি। মরীনি ওরকপদদি ঐখোয় অনী মুংতিগী অচাপোং মাওহনবদু পাম্মুরকুনা খৈম্নে কমদোৗসিগে হায়দুনা। ঐখোয় অনীনা কুপনা থম্নরবা মতুংদা অস্লম্না য়ারেপ তানৈ— কোর্স ক্লেস অদু পীরকপা অদুদগী শরুক অহুম খোকপগী অমদি চীরসি। শরুক অনীনা থারুগা খাউ অমমমদা হানজিন্দুনা হাপ্লসি। চাখিবা মান্নবা চামচ প্লেটনচিংবদা থম থম তৈৎহল্লসি হায়না ডাওনরে। অদুদগী অওম্বা মখৈ চাবগা ওমদবমখৈ মাওজরসত্তু হায়নরে। কোন ক্লেক্সনা চেখাও অমদা অচৌগা চিনীনা চেখাও অতোপ্পা অমদা হাপত্তুনা তুওশিল্লে। মুমিং খুদিংগী অস্লম্না তুওশিনবা অসিনা ঐখোয়না ট্রেইনীং সেন্টার থাদোক্লমদাইদা ঐখোয় ঃঐখোয়না পুনগদৌরিবা অচাপোৎ-শিংদো ফনা য়ামলে। কোর্ন ক্লেক্স থাওজাও অমমম চিনী থাও অমমম ।~ কমলা, এপল ১০/১০ মুক। অস্লম্না পুরকপা কোর্ন ক্লেক্স অদু থা অহুমলোম খর হেল্লপনা চাখি। শক্লোম ক্লেক্সনা ওইরম্বত্তু য়াই।

মুশৌরিগী শিন্দম অচৌ অশাংগীনি। শাজং, চাকচা ঈথক তম্না ওইনা তৌই। ঐখোয়না কন্না হৈনবা মওং নত্তে। অহুবু য়াম্না কন্না হোৎনদুনা ময়ামগী মতুং ইনবদি অহুম মতম্দি য়ানা য়ানা ঃ

চৌংথক অহুদা রাজ্য কয়াগী ভবন লৈ। থাম্নগী রাজা মহারাজাগী কালেন পোৎথাকশিং হায়। চৌং লম্বীগী শড়ক ময়া চিলাইদা লৈরি পোৎয়োনফম কয়া। লৈনৈ চাখুমগী চঙগদবা পোৎলম কয়া হায়বদি হৈ মহী শুমবা খুৎলাই, চালোনী, ঝরপ, হৈজ্রাং, তা শেম্বা থাও মথল মথেল কয়াগী খুৎলাই। লৈরিবসি আই, এ, এস অফিসার মুপা মথৈননি। ঐনা খনবদা মতু মাগী মাগী মুপীগী লৈবিবা ওইরমগনি খুদোনপোং তম্বা। ওফিসারশিং অহুনদি নোংমত্তা মখুৎনা পায়দুনা শীজিন্নরোইদবা খুৎলাই ভাক্তনি।

মুপীশিংনা লৈনবা উই— ওভর কোত, কেপ, ফুরিৎ, শামতুগী পুল ওভর, স্যুয়েতর, কমফোর্তি, কাশমীরগী তুপি মতুচোম্বী অসিনচিংবা।

মুশৌরিগী শিন্দম মুশৌরিগী খোঙচৎ কন্না হৈনদনা লোইখি। চহী ৭/৮ থবক তৌরবা তুংদা শিন্দম লৌবা রাক্সিদা অমুক চৎলি।

রাখিদা চৎপা ঐখোয় অহুমনি মণিপুরদগী। ব্লোক লেভেল অফিসার অমা এম-এল-এ অমা অহুগা ঐহাক ইশামক। হৌজিক্তি চহী ৭/৮ থবক তৌররগনিদা

ডেভেলপমেন্ট প্রোগ্রামগী মরমদা থঙলে। চাউথং থৌরম পাঙথোকপদা থেংনবা সমস্যা ময়াম মায়োক্নবা ঙম্বা কয়া ঙমখবা কয়া শৃগাইনা থঙলে। থৌরম শিল্লম থঙলবনিনা খীগা মরৈ য়েংনবত্থু ঙমলে। সমস্যা ময়ামত্থু কোক্নবা মায়োক্নখা খন্না নৈনবগী থৌরমদা শক্লক য়াবা ঙমলে। মতাঙ অসিদ ন ঐনা য়াখিবা শিল্লম লৌবা চংলিবা।

লৈফমদি কমদৌই? মুশৌরিদনা বাঙ্গালা নীংথমখাদা মৈ তীক্নবা চিমনীনচিংবা য়াওবা। মিংশেল চনবা থোঙনাঙ, কক্লাংদা নক্সী আলমিরা। লৈমায়দা গ্যালিচা। মথক্তা টেবল লেম্প, চেয়ার, ড্রেশীং টেবল, শকয়েং মিংশেল অপাকপা অয়াং-বা। অস্নুয়া নীংথিনা লৈতেংলবা কাদা পী ঐথোয়গী লৈফম। য়াখিদদি মত্থুগী ওয়া তৈনবনি। মুপী ঐথোয় অনীথক্তনি য়াওরিবা। মুপী অমত্থু অন্ধ্রপ্রদেশ হায়বা রাজ্য অত্থুদগী লাকপনি। কুচু মুনা লংডি। মমিং অত্থুগী অঙৌবা শক্লক অত্থু শংবায়ে চোংঙা মরুম মচু য়াম্লি। মুপী অত্থুগী মমিং স্টেলা কৌই। খৃষ্টান ধর্ম চংপীনি। ঐথোয় অনীগী লৈ। মি হায়ত্থুনা পীরিবা অত্থুদি উবদা অঙকপা অমস্থুং অকিবা অমা পোকই।

ঐথোয় অনীনা লৈগদৌরিবা রুম অত্থু কেম্পাস অত্থুদা মুমদোমপোক ওইনা তৌই। চিদাইদা মতাই ওইরগা লৈ। কনাগুম্বা অমনা লৈরম্বা কাটর য়াম্লি। কা অচৌবা অমা, মচা অমা, চাকশঙ তোঙাম্না লৈ। ইরুকফম কা লৈ। ইরুকফমদা

তৌটি লৈ। তোটি কোঞ্জিল অনী পাম্লি অনেম্বদা অমা অরাংবদা অমা। বালটিন অনী লৈ মত্থু মকে থাংতুনা বাল-টিনগী জিঙ্গগী শঙ্গক অত্থু উত্রে। মগ অহোবা অমা লৈ মত্থু এনামৈলগীর। সিলভরগীর। হায়বত্থু পাক হায়বা ভমর্ত্রে। ময়ামত্থু উবদা মতম কুইনা পীজিন্নত্রবা মী লৈনত্রবা যুম মাম্লি। কা অচৌবা অত্থুদা কাংথোল অনী লৈ। মত্থু য়ুবি থৌরিনা লোনবনি। মিংশেল চনবা ড্রেশিং টেবল অমা লৈ। মিংশেল অত্থুদা শক শেংনা অঙ্গদ মশেন মরাং উবোই উদবোই তৌই। উফুল মরোল অত্থুম মরী তৈবনা ওইবা তায়। টেবল অম্না মথোঙ মরী শুনা পান্দে অত্থুমত্তমক পাম্লি। মথোঙ অমদি উ মচা অমা তৌরগা চ্যেক্না ভাকখৎতুনা লৈ। লৈগী সোফা অশাংবা খোঙতেকপা অমসু লৈ ইপৈ পৈনা থাতুনা। যুম অত্থুদা স্টেলাগা এগবু লৈযু হায়রতুনা পীরিবনি।

ঐখোয় অনী সোফা অতেকপা অত্থুদা ফমত্থুনা খরে। লৈফম নুংঙাইতে হাযতুনা হনবা য়াবা খোঙফমসু নত্রে অত্থুনা শেংদোক খোংতোকুনা লৈবা য়ানবা শৈম্লসি হায়নরে। শেংবা হোরে ইরুজফম হান্না। ইরুজফম লৈমায়, বালটিন অনী মগ কেংবা চামথোকখদি উচিন আচিন্না লোইহোরে। তোটি ঈশিংদি খকথ্রে তারক্রে। ঐখোয় অনী ঈরুজহোত্রে। চাকলেম চাবগী বেল খিংত্রে। "মুপা মখেদি চাবা লোইনত্রে। জিজি অখোয় অনীগা ঠাকুরগঞ্জ ভাইহৌরে চাক চাথোক্লরো' হায়তুনা

পিরন অমা লাকুনা হায়রিবে।। মতু অমদা ঐখোয় অনীমু খুদেং থুনা খুৎশা লোদোক্লগা চাক চাবা চৎলে।

ঐগী হৈরিগদৌরিবা মুপী অতু মনগ থর কল্লি তিনদ্রহৌ চনম মনম নন্দী মশাতু। চনম মকবু হরায় মঙ্গল শায়বদৌরো চায়। নমধী চাগত্রু হায়রবদি মাদবনিনা ফজবী মওংদা হায়—ঐখোয় অনী কা তোঙান তোঙান্না লৈসি। ঐদি ওম্মা ওম্মা তুমশল্লি।

মানা— লৈনবা ফমুং থাবা মাবা কাদি সিমতনি। করম্মা কা তোঙানগনি?

ঐনা — কা মচা অসিদা ঐ লৈগে। নঙনা অচৌবসিদা লুম লৈহৌ।

মানা— কা মচা অসিদা কাংথোপ থাবা চল্লোই।

ঐনা— চনগনি।

চনগনি হায়রবদি যেংলসি হায়রুনা ঐখোয় অনী কাংথোল থাংবা হৌরে। থারে। চনবদি চপ চানা চল্লে। মরুদা ঐখোয় অনী হরাওই। মাগী মাগী ফমুং থানরে পুনরকপগী বেদিং লৌথোক্লতুনা। সিজবসাতা ইরকপা মতুং ইন্না কাংখলং নচিবা রাংতনা পুনরকপনি। কাংথোপদি কাংখল হৈথোক য়াওবা নজবনিনা কাংখল থনবদা অরাবা অমা ওইরে। ফক্রাংদা য়োংপী রৈনদা মুতলী লৈরুনা পুল্লগা থল্লে কাংখলদু। ঐখোয় অনীগী ফমুং অমগা অমগা য়েংনে হায়রনে—নঙগীদি ফজনা কাংখল থনজে। লোল্লজ তায়। নজীনা হেল্লি অসুম্মা।

অমনা খুম অদো থোঙ থোঙনাও থিবা পৌরোল থাক্লী লোনবা অমতা যাদে। থরনা চিংডি থরনা কবচ য়াওনে, থোঙনা কেপ্পুনা তা লৈবত্তু যাউই। য়াদবা মরামদো হয়েং রিপোর্ট তৌরসি হাযনৈ। থোঙজাও লোনবা যাদে হায়রবত্তুদি খুমিং তারবা মতুংদতা থণ্ডলকই। উপায লৈত্তে খুমিং তাঞবনিনা। চাক থোংনদবা চাকশঙ অত্তুগী থোঙবা নায়া য়ানবোই করিবোই লৈবত্তু কোয়েং যেংবদা ঐথোয় অনীনা উরক্রে। মত্তু ঐথোয় অনীনা নোমত্তুনা চিংত্তুনা লৌথোক্রে, অত্তুগা পুরক্রে। থোঙবা অত্তুনা অহীং অত্তুমপীদমক থোঙজাও ভাক্লে।

রাক্তিদা ঐথোয়না লৈবত্তু কালেন থানি কাও য়াম্না চীকপা মতম। খুমিদাংদনা থরা হেন্না চীকই। কাওথল থল্লিবত্তু যেপকম লাকফম কযা জুগোং চাদে। অত্তুনা কাওথল মত্তুংদা কাওনা ঙেং ঙেং ঙংত্তুনা ত্তুম্বা ইয়া যাদে। অহীংদা হৌগংত্তুনা ফমুং ময়ায়দা ফম্লগা থুবাকনা কাও হেক হেক হাংলি। ঐগী থুবাক মথোল তারগা স্টেলানা মাগী ফমুংদগী হংলকই— করিনো নওনা তৌরিত্তুবো?

ঐনা থুম্মী— কাও হাংলিবনে।

মানা— কাও হাংপবু থুবাক থুবা হৌনবরা? মীদি খুংঙাইবা লীলাগী ফজবা এ স্কীং উরগা খুংঙাইবা ঊশৈ তারগা, নোক্লীবো ফাগি তারগা, জগোয়গী ফজবা শাথেক উরগা,

মুংঙাইবা ভাষণ তাব্রগা হন্নাও মুংঙাইবা কোক্তেদোক্লে থুবাক থুহ্না। নঙদি কাঙনা থুবাক থুরিবোরে।

ঐনা— থুদি। কাঙনা শকপা ঈশৈমুক মুংশিবদি পৃথিবীদা অনী শুদেনা। হায়রগা ঐগী ঐগী কমুদো মোক্তে ঈশি শিমথৈ ঐথোয় অনী।

ঐথোয় অনী তোপ্তি তাদহ্না চিন য়া নীংথিনা শেংবা ঈক মায়থজদবা হুমিং হুমদি ফাজিল্লকদৌরে। হুমনি শুরক-পগী অপুক্তা মহাক ঈশিং শোকলুগে হায়হ্না বালটিন অমা পুহ্না চংখি পূংমুক লৈরগা মা ঈশিং পুহ্না হল্লকই। অহুগা অহাওবা বালটিন অমহুদা মফি মরোল শুদোক চামথোকদবা থরা নমশিল্লুনা পুখি। চংনা চংনা মানা হায়রম্মী— বালটিনদা য়াওরিবা ঈশিং অহুনা ঈরুজথোকউ নওগীদমক্তা পুবিরকপ্নি।

নওগীদি? হায়না ঐনা হংহৌই।

মানা— ঐদি অা ঈশিং শোকফমদা লুরক্লগে। অহুগা ফিশিংসিত্থু খর শূদোক চামথোরক্কে।

ঐনা হংঙি— কদায়দগী শোকলুগদৌরিবা ঈশিংনো?

মানা থুম্মী— আদা চৌকিদারগীদা। মাগী ইংখোলদা শুহ্ অমা লৈ মহুদগীনি।

ঐনা— হয়েংবৈদি ঐগু ঈরুবা চংকনি। ঈশিং শোকপা রাওগনি তোপ্তি তাদ্রিফাও।

মানা— য়াম লাপ্পীদা। নও চংপা ভস্মোই রাগনি। ঐ হেক হেক শোকপীরক্কে।

য়াখিদা মুশৌরিদা শিন্দম থৌরে। অমত্তা মায়রেক। কম্যুনিটি ডেভলপমেন্টকি কিলোমিটারদি মায়রকপু থৌনৌদি ওইছোক্কা মায়দে থেয়রে। মুশৌরিদা চাকচা ঈথক খুজংগী নত্তে য়াম্নচৌ অশাং মুংতাই য়াইফকোনগীনি। য়াখিগীদা ঐখোয়গা ওয়োক্কা চূনৈ। য়াম্মক হৈনরে। কিজেং চাকশেংলবী চিংনা। কনামত্তা কেনদে। মুপা অমত্তা টাই পুন্দে। য়াম্না চম্নী অরৈ অরৈবা কি শেং চাত্নবা ক্লাস যাওনৈ। ঐশু অচম্বা কনেক শেংলি মচু ওইরবসু।

মুশৌরিদা লৈরগুম য়াখিদা অখুক্কী বেড টি লৈত্তে। কাদা ব্রেকফাষ্ট পীদে। মযাম পুম্না ব্রেকফাষ্ট চামিনৈ তল অপাকপা অনী অমীগা শাক্কা পী। পুথমদা হাপত্তুনা পী। ঐখোয় হরাওনা চায। ঠাকুরনা য়েল্লি তলগা শাকচু। চা নত্রগা কোফি মুশৌরিগুম পীদে। চাতমক থকইল্লি। তল অনীতুগা চাগনা লোইরে অখুক্কী ব্রেকফাষ্ট। পূং ১০ 'তাবদগী ক্লাস হৌরে পূং অমা তাবা কাও। অতুদগী অযুক্কী চাকলেন চায়।

চাকলেন্দি মতৌ কররম্বা চায়? ট্রেইনী লাকপা মযামত্তুদগী অহুম অহুম্না টিম অমমম শারগা কৈথেল কায়। মী অহুম অহুম্না মশানা য়াত্নরা চোংথোক্লকই। অতোপ্পা ট্রেইনী থবা নত্তে। অহুম অত্তুগী মচুংদা অমনা শেল প্লায়বলি অহুম্না ম্নীনা প্লোং-ঠে লৈবনি। মখোয়না চনীংবা অমদি মীয়ামত্তুনা চানীংগদবা থম্নুনা লৈরকই। চরা অনী অনীগী কৈথেল কানৈ।

ট্রেইনী খুদিংমক শরুক য়াগদবনি। মাগী মাগী পাম্জি তানবা ঙম্বা হোৎনবনে। চরা অনী অনীগী এইমা ট্রেইনী ময়াম পৈশা খায়নৈ।

বামন পুজারী অমনা থোং থাকপহু তৌই। য়েনবন্স মানা য়েন্ত্রি। ঐখোয়গী মুরাইদা বামন্না য়েন্নগা চাবদৌনা চায় পুথম অপাক অপাকপদা হাপলগা। লৈপাক্তা চাকচাকান থারগা কমহুনা চায়। লুথাক মশা মশানা শেংনৈ মপান্দা পুখোক্কে পুথম গ্রাস কোনফেংফমদা থনম্মী। কোনফেংবা কোনফেংবীনা ফেংভি। চাক তোল্লগা মুশৌরিদা চা নম্রগা কফি থকই। মাফিদনা পানা ক্বা চায়। চাকচা ঈথক ঐখোয়গা য়াম্না মান্নে। থরায় তানা চানৈ চাকপূক থম্না ইখুংনা লৌহুনা। মুশৌরিদা চাবদি কাম্তা চামচনা চাবনি পূক থক থম্লক্কে।

অমনা মুংখিল মুমিদাংরাইরমদা হন্না চাবা মণিপুরদগী চৎপা ঐখোয় অহুম পুন্না পুন্না চৎলি মুমিৎ খুদিংগী। মুংখিল মুংখিলদদি ট্রেইনী পুম্নমক মানা মানা পাম্বা মায়কৈদা চৎনবি। ঐখোয় অহুম্না পাম্বনা হন্না চাবা থুঙং থুনয়াদা চৎপনি। মাফিগী থুঙংদা লৈরিবা চীংহুম মচা ময়াম থোং মচা ঈচেল পীক্লা চেল্লিবশিংহু মশীং থীবা গুজিল্লক্কে নোংমা নোংমগী লেপ্তনা চংশিল্লকপনা। মতুদা মুমিৎ খুদিংগী তত্তনা উরকপা অমখক্তদি মন্নামদা চিথদনা ভমজনীংই। মতুদি মুমিদাংরাইরমদা থবক থারবা মতুংদা ময়ুম ময়ুমদা হন্নরকই কুলী কুলী মুপা ময়াম

লাউ থোংহুনা। লম্বজাও নতক অদো মথোয় ঙাক্কনা লীক্ষল্লি। মখোঙনা চংতে রিক্সোদা চংল্লি। অনী তোংবা য়াউই, অহুম তোংবা যাউই, মুপা ঙাক্কা তোংবস্তু, মুপী ঙাক্কা তোংবস্তু, মুপা মুপী তোংমিন্নবস্তু য়াওই ইত্ত ওই। মথল মথেলনি।

মংথায়শিংদা কুলী মুপীশিংদো কুলী মুপাশিংদো অম্না থবক রানা রানা শুরুরগা য়ু ঙাওহুনা হন্নরকপনি। মহুনা মথোয়গীদি অরাবা পোংথাবা ওইরম্বা তাই। রিক্সো থৌরিবা অহুম্ব অহুমঙাই। কুলীশিং অহুদগী মানা ঙাওবা হম্ববা নত্তে। ফুন চৈনবন কোঙ্গায়নি। ফু মথৈ ফুনরগা মথোয় মশেল থেমজিন্ন-হুনা নোকমিন্নরগা চংখিংস্কু যাউই। ইস্থহুনা থনম্বদা মখোঙনা চেন্দুনা তান্নখিবস্তু য়াউই। রিক্সা মথক্তা ঈশৈ শক্তুনা লাকপা ঈশৈহু খোনগাইদা শকপনি স্থুর, তান মেন য়াওবা ঈশৈ নত্তে। ঈশৈনি হায়বতনি। ফুনরকপদগী ও থোংনা কম্নরকপস্তু য়াউই। শিথমথৈ নোক্ক নোক্কহুনা চংপস্তু য়াউরি। লম্বী অদো মযামহুনা ইরংও লাওভি ইনীল নীল্লী। মলিনী রাক্ষি থুঙ্গংদা লৈবা লম্বীগী দৃশ্য।

ট্রেইনীং লোইরে। হয়েংদি রাক্ষি থাদোক্লগনি। স্টেলাগা ঐগা মুংথিল চা থকলুরগা হল্লক্তুনা তিংথৌ মথক্তা ফমহুনা রারী শায়। রারী শামথৈ শারগা স্টেলাদি মপোং মচৈ লোটশিনজি হায়হুনা ইমুং চঙরে। ঐখোয়না লৈরিবা য়ুম অহুগী অকোয়বহু কোয়চং চংহুনা য়েংলি ঐনা। থা অমা

চুপ্পা লৈবদো নোংমতা কমপাউন্দ অতুদা গুহা লৈ হায়বা খঙলমদে। চিদাই অমদা গুহা অমা লৈরম্মী। শিজিন্নদবা কুইরবা মাল্লি। গুহা অতুগী মপান ঈশিং চিংখৎনবা শেম্লম্বগী মফম, লৈকোল লৈরম্বগী মফম অতেক অকায় তারিব। ময়ামতু উরগা মফম অতুদা, যুম অতুদা মচু তাবা কালাবু মুপশিবা, কালাবু মমুৎ তানা খঙবা মীওই অমা লৈরম্মী হায়বদো, অতেক অকায় তারিবা মযামতুনা, হৈকোল লৈকোল লৈরম্বগী খুদমশিং অহুনা লৌরী তম্মী অরাকপা য়েংলবা মীপুম খুদিংদা।

